# ইবেন মায়োগী লৈপরেং

( ন-। কায় যাম্মী )

প্রমোদিনী

কোওজবী — বেবী গৌরিশ্রী
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল



ফোঙবা চহী — ১৯[illegible]

নমফম — আর বি প্রিন্টিং হাওস
নাগামপাল
ইম্ফাল

কপি মশীং — ১০০০

মমল — লুপা ৩০

ফংফম — ও কে স্টোর
পাউনা বাজার
ইম্ফাল
কে পী স্টুডিও
কাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল

মখুম য়েকপা — অহনজাও

খুদোল ওনজরি

ইবেমদা

"ইবেম মাস্নোগী লৈপরেং"

# ৱাহৌদোক

অহল ওইশিল্লক্রে। নীংশিংবৈ পাঙ্গল য়াওরক্রে। হকচাংগী পাঙ্গলস্নু শোল্লে। ঐগী পুন্সীগী ইতিহাস ফাক্তোকল্লুই। মহুস্নু লৈখাং চারমলে। মচেৎ মচেৎ মতৎ মতৎ তারমলে। করি উপাইদি লৈরি? পূক্নীংদা হংজৈ ইতোমতা। মচেৎ তারবা ঐগী পুন্সী ইতিহাস, মতৎ মতৎ ওইরবা ঐগী পুন্সী ইতিহাস, মল্লবা কনানস্নু থৌওইবিত্রবা ঐগী পুন্সী ইতিহাস অতুদৈ খুনগৎপা য়াবা খর খুনগৎচরগা পরেং লেংজবনি মচল চাদা ইবেন মায়োদা খুদোল তমজনীং। "ইবেন মায়োগী লৈপরেং" মিংথোল্লি লমকোয় ৱারী মচাসি। মরীক চুমদে. মচল চাদে, ৱাহয় ৱাতা ফজদে হায়বিন্নু। থম্মোয়গী পরেংনি। মুংশিগী খুদোলনি।

লাইরিক মচাসি ইখিবনি খুৎ অনী চঙনা। মসি ইবদা থৌইনশিন পীবিখিবা মরূ ওইনা অৱাম্বম সমোরেন্দ্র, বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম. শরতচান্দ থিয়াম, লনচেনবা মীতৈ রাজেন শরাংথেম, অৱাম্বম ওংবী মেমচৌবী; অসিনচিংবনি। মহোয়না উনবা, থেংনবা খুদিং হায় "ওজাদি, ইচেদি লমকোয় ৱারী ইবনা ইপক পক্লে। লমকোয় ৱারী; মথা ইথখো। মথা ইথখো।" লমকোয় ৱারী ইবা মসিনা অরোইবা ওইগন্রা! থল্লি। মরমদি ইবা ঙমদ্রে।

ঐনা শোল্লক্লবনিনা ইখিবা পুন্নমক অমুক হঙ্গৎনা পাবা ঙমদ্রে। অহুনা হঙ্গৎনা পাবগী থবক ঙম্না ছাপা তৌবা মতমদা ঐগী ইবুং

খুমল্লম্বম রাসবিহারীনা লোইনা তৌবিগ্রে। রাহয় রাতা অয়ান-অহুই মরু ওইনা বানান হিন্দী, সংস্কৃত, বেঙ্গলীদৈ হায়বদি মীয়োনদৈ পুরুবা রাহয় মখৈগী বানান মহাক্না চুমথোকপীবনি। প্রুপ লৌবিবনি। রাহয় পরেংগী তাংকক শৌম্বিধনি। শম্না হায়রবদা ইবুং অসিগী মপানদৈ লাইরিক অসি ছাপা তৌবা ঙমজবনি। লাইরিক অসিত নত্তে ঐগী লাইরিক পূন্নমক ইবুং অসিনা তেংবাংবিবদৈ নত্বা ঙমজখিবনি।

১৯৯৬ ইং

প্রমোদিনী

# য়াওফম তাকপা

| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|

# ইবেন মায়োগী লৈপরেং

( ব্রাহ্মী অসি মতেক থম্ব ইস্রবনি। ঐগী অনীশুবা ফোঙবা "ভোর্দ্ধবুংগী তেম্না পাম্বীদা শাংপা মৈবুল" হায়না মিংথোনবা লমকোয় ব্রাহ্মী অহল্দা। লাইরিক অহল্দা য়াওরিবা ইবেন মায়োগী মরুপ্নদগি থম্বতনি। জিরীবামগী ব্রাহ্মীনা অয়াম্বনি। অহূনা ঐ পেজহোৎলে। অমুক্কা হননা ইনীংঙি ইবেন মায়োগী ব্রাহ্মী মপুং ফানা। ঐনা থেংনখিবা পূম্বা অমতা চিংথদনা। )

হায়দি খড়বেক্রা চৎপদা হিনা চংলক্ষ্মী মতম অহূদদি ভীব লক্ষ্মী ফাওরে। জীবনা বেক্রা য়োবা য়ারে। লক্ষ্মীপ্রিয়াগা ঐগা লোয়ননা চৎকদৌরি বেক্রা খোঙচৎ। লক্ষ্মীপ্রিয়া জিরিবাম স্রোক্তা থবক তৌবা গ্রুপী অমনি। ফম্মা মুখ্যা সেবিকা। মহাক ঐগী থায়নগী মরূপনি। ঐনা ছাত্রী ওইবিঙৈ নবদ্বীবতগী হৌনা ভিন্নরকপা। অনীশুবা পৃথিবীগী লানজাও ঐখোয়না জাপানগী লান হায়না খঙনবা অতুরাইদৈ ভিন্নরকপা মরূপনি শুংশিগ্রবা। হৌজিক্ক মহাকনা স্রোক্কী মুখ্য সেবিকা। ঐনা গ্রুপী অঙাংগী থৌরম পুবা ডাইরেক্টর।

ঐখোয় অনী পুম্না জীব তোংমিন্নদুনা চংলি বেক্রা তম।

ডিবোং খুল লাম্বোকলমদাই লম্বী অদুব্রাইদা লক্ষ্মীপ্রিয়ানা হায়, "ইচেম্মা! ঐ রা অমতা হায়জনীংবনি। ইচেম্মনা চৈরককত্রা খঙদেনে।"

"কৈ চৈরুদগে? মীবু মরম চাদনা পংচৈ চৈবা য়াত্রাও? হায়য়ুনে কৈনো?"

"লাটিংখালদা হন্নুবী অমা লৈ। ঐখোয়গী ব্লোক্কী কেস্ফ তৌবা খুদিং হায়রুদ্রস্নু মা তত্তনা য়াউই। ব্লোক্কী মীবু লাকপা উরদি মাদি মতুং কোয়ইন ইন্নবনি।" লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মোমোন নোক্লহুনা মখা তাথরকই, "কৈগীনো খঙদে মানা তুং ইন্নবসি ঐগী তুংনা খরা খিৎ হেল্লি।"

ঐনা খুম্মী "নঙদি য়োৎচাবিনি। অতুননি ইবেম্মা।"

লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মখোল থোক্লা নোক্নুনা "ইচেম্মসিমা" হায়রগা মখা তাথরকই "ইচেম্মা অহলদো মাগীনি হায়বা সংসার অসিদা কনা হন্না য়েংবা উদ্রবনি। খুন্না মাবু থাকলি। খুৎ চঙদবা অরায়বা থুমোক তায়রুক পোলাংগুম্বা শাবদি মহাক খর খর ঙম্মী। মতুংস্নু মীনা পয়া শিবিরগা শাবনি। য়ুবী মনাদৈ মনা শিংতোক্নুনা মরুং লৌরগা শুমজিৎ শেম্মী, কোনা মনাগী থুম্মোক হুমায় শাই। শাবা লোইরবা থুম্মোক হুমাইনচিংবদু খুনতুই মুপী কৈথেল কাবিশিংনা য়োনবিরকই; শিংলকপা পৈশাহুনা মাগী দরকার ওইবা ঙা, থুম, থাউ লৈবিরকপনি। হন্নুবী অহনদুগী মমিং মায়ো কৌই। খ্বাইনদি মাই মমিং ইবেন মায়ো হায়রগা খঙনৈ। ইবেন মায়োনা ইচেম্মবু জিরিদা লেঙঙকঅদি মাগীদা অমুক্তা পুবিরকউ হায়বা কুইরপোৎনি।

মাননে ইচেম্মা থাজরোই উনবা খুদিংগী হায়রানি। ঐনা ইচেম্মাদা হায়গে হায়গে হায় খনবা কুইরপোৎনি। অদুদা লেঙঙক্কবসু কুইরেদো। চহী অহুম মরি শুজিল্লক্লরিনি হায়জরিবা। য়ারবদি অমুক্কা লেঙশিল্লুসিবা।”

“ইবেন মায়োনা ঐবুদি কম খঙভিবা?”

“ইচেম্মনা ভোয়না লেঙঙকপদো মাস্থ উবা জাৎনি। অদুগা ইচেম্মগী রারীসু মঙোন্দা ঐখোয়না লী হায়জরিবা।”

“কৈদোগে চঙঙ্সি। নঙনা ইবেন মায়োগী রারী লীবদে ঐসু মাবু য়াম উননীংঙি। খঙননীংঙি। কৈদৌঙৈ চঙঙ্সিগে?”

“ঙসিমক চঙবদি মা পাউ ফংদবনিনা হায়জরিবা।”

“অদুগা হংচিং বেক্রাদৈ হল্লকপদা চঙঙসিদনা। করি হায়গে। অদু ওইরদি অনীরক থোকত্রেদনা।”

“য়াম ফরে ভানজা অমা চাপ্রে। পাউসে ইবেন মায়োদা পীরম্মগে।”

লাটিংখালদা গাড়ী থামলে। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা কুমথরগা চৎপ্রে। যুবক মণ্ডলগী সেক্রেটারি কৌথোকলুরে। অদুগা রাফম পূম্নমক মঙোন্দা শিন্নরম্মে। ইবেন মায়ো উনবা হংচিং মুংথিল লাক্কনি। শোয়দনা লাক্কনি হায়বদু ইবেন মায়োদা খঙহনখো হায়না লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মুম্না শিন্নরম্মে।

বেক্রাদৈ হল্লক্লে। ইবেন মায়োগী ময়ুমদা লাক্লে। লেপতুনা লৈরম্মী ইবেন মায়ো মাগী কোম্থোং কানশিনফমদা। মখুৎতা লৈ পরেং অমা পায়। লৈ পরেংদু লৈ থিতুনা ইবেন মায়ো মশানা

লেংজবা মাল্লি। ঐভোন্দা হুক্কবা পরেংনি। ঐনা মাগী খোঙ্গালদা খোঙ হেক থাংজিনবমক্তদা ইবেন মায়োনা লৈ পরেংহু ঐভোন্দা হুকই। খোঙ্গাল অহুদা লক্ষু মচা অনীখকস্থু য়ুংলম্মী তুরোই ঙামলোই। মহু ইবেন মায়ো মশামক্তা মতোমতনা য়ুংজবা মাল্লি। শুমাঙহুদা ময়ায় ওইরপনা চৌকি অমা থারম্মী। মোন্না অপয়বা অনী অহুমস্থু থায়। চৌকি মোরাশিং অহু লীমা শাবা ঙাকনি। উগী অমতা য়াওদে। ইবেননা মাই লৈজদহুনা য়ুমলোন্নবদৈ য়াইকুবনি হায়।

ঐনা অহানবমক্তদা খনখি ইবেন মায়োনা ঐবু মাগীদা অমুক্তা চঙবিরকউ অমুক্তা লাকপীয়ু হায়রিবসি করিগীনো? ইবেনগী য়ুমদা শোয়দনা মহিলা সমিতিগী অফিস অমদি থবক শুকম শিনশুশঙ লৈরম্বা তায়। মহু য়েংবিরো হায়বা ওইরমনি অশুম্না। ঐনা অহানবদা খল্লুবা নীংলুবা পুন্নমক্তু অমতা ওইরমদ্রে। শুম্না তয়নরমলে। ইবেন মায়োগী পুন্সী ইতিহাস পারো হায়বা ওইরক্লে।

ইবেন মায়ো মালেম তাইবংপান অসিদা মাগী নক্লবা মরী মতা লৈজদ্রে। হন্না য়েংবদা উদ্রে কনামতা মমিদৈ হেন্না। লৈকাইনা অরৈ অরৈবা খায়নহুনা পুথোক্লহুনা ইবেননা লৈরিবা খাংপোক অদো খনবিবনি। খাংপোক্তো কা অমতনি। কা অহুগী কাচিন অমদা মাগী চাকথোংফম ওই। মচি অমদা ফমুং থারি। ফমুংদি য়াগী কাংথক্লি। কাংথক অহুদা পার্শেল য়োম্বগী বোরা শেঙ্গায়বা খরা তারি। মথক্তা য়াম্না মল্লবা সেরা কাম্বা অমস্থু তাহুনা লৈবা উই। কাচিন অমদনা ঈশিংখিন্নবা পুল লৈ। মসিনী ইবেন 'মায়োগী

যুম্বান। ইবেনগী ইংখোলদো উ ম্বা ইহৌ হৌদে। হৌরিবা হায়বু য়ুবী পাম্বী, কা পাম্বী খবতনি মতুংসু অনী অহুমদগী হেন্দে। ইকোক কোকই ইংখোলছু।

ইবেন মায়োদি কেম্প, ট্রেনীং কেম্প মখল মখলগী য়াওই। কেম্পব ওইনা য়াওবা নত্তে অতিথি ওইনা য়াওবনি। অচৌ-অশাং লাকপা কয়াগী মিটিং, ভোৎ খোমবৈ মিটিং, রাজনীতিম্বালাই ভাষণ কয়া তারকলবনি, উবক্লবনি, য়াওরক্লবনি। ইবেনদি পুম্নমক খঙংনি পুম্নমক হৈবনি। মখল মখলগী মীওই কয়া থেংনরক্লবিনি। মহাক মুমিৎ অহুদি মথরাই য়াম মুংঙাইবা মাল্লি।

লক্ষ্মীপ্রিয়াগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইবেননা হায় "ঐ ঙসিদি করিগীনো খঙদে থরাই য়াম মুংঙাই। দিদিমণীনা য়ারবদি ঐ জগোয় শাগে ঈশৈ শকে দিদিমণীদা উৎকে।" ঐসু মানা বঙ্গালী লোন্দা হায়বদো ঐ খঙভি। ঐনা য়াই য়াই উৎলো হায় ইবেনদা। ইবেন ঈশৈ শকই, জগোয় শাই, ফাগি তৌই। ভোট লেপ্পা মীনা ভাষণ পীবতু মানা মতৌ তম্মী। ইবেননা মতৌ তম্বনা হেন্না মানথ্রে হেন্না ফজথ্রে। ইবেননা তৌরিবা পুম্নমক অদো মোনো-লোগনি। ঐখোয় তিল্লিবা খবদো মুংঙাইহল্লি। ফাগি তৌরকপা মতাংদদি নোক্লিংবনা পূকলি পায় খাঙনৈ। তিল্লিবা মী খরতু কনা কনানো ? ঐ, লক্ষ্মীপ্রিয়া, ম্নোকী গ্রাম সেবিক, লাটিংখাল পুম্নিবা নার্স, ধাই, জীবকী ড্রাইভর, যুবক মণ্ডলগী মেম্বর অনি অহুম, অহল্ল ওইরবী মুপী অমা অনী, অঙাং খব অসিতনি।

ইবেনগী মোনোলোক্তু লোইরগা মহাক চঙশিল্লকই। হায়রে "—দিদিমনী! ঐগী য়ুম অসিদা নঙনা লাকপীবসে সিমুক মুংঙাইবা অনী শুদ্রে। স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুমখ্রে।"

ইবেন মায়ো থাঙ্গৈশেংবমক ওলদ এজ পেন্সন ফংবা য়ারবা মীওই অমনি। অদুবু মাদি ফংলোই। মাগী অত্তাই ওইনা চ্যেনবিনবা, চে লানখৎপীনবা মী লৈজদে। অঙম্বনা পীখৎলকপা লিস্ট অদুদা মাই মমিং য়াউদে। মরমদি রাজনীতি দল অমত্তগী ভোৎ খোমলুদে মাদি।

চৎলমদাইদা ঐনা লুপা কুনথক্তুং পীরগী। অদুদৈ হেল্লা ঐগী বেক্তা য়াওরমদে। পৈশাদু পীবা মতমদা হায় ইবেননা উৎখিবা জগোয়, তাহনখিবা ভাষন, ঈশৈ, অদুগী মনানি। লুপাদু ফংবদা ইবেন কয়াম হরাওই। ইবেনগী হরাও মায়থোঙদো ইবেনগী থম্মোয়না পেঙ্গবদো, পোকপৈ মহয় য়াল্লে খনজবদো।। উরি ঙসিস্তু ইবেন মায়োগী পেল্লবা মায়থোঙদো।

ইবেন মায়োনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা ওনশিন্দুনা "মাইমু লুপাসি নঙ খরা থমজিনবিয়ুবা। ইবেনগীদি থমফম লৈত্তেনে।" হায়রগা লুপা কুনদু লক্ষ্মীপ্রিয়াদা পী। ইবেনগী মত্তৌ উবদা, অমদি মাগী রাহয়দু তাবদা থম্মোয় অসি কায়খিগদৌই। কয়াদা মুংশিল্লবা ইবেনগী রাহয়শিংদো। করম্না কাউগনি?

ইবেননা পৈশাদু পীবা মতমদা লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মমিংত্তা পিগী ঈরা চেন "ঐদি আ বাবুপারাদা লৈরগা করম্না ইবেনগী শেন থমগনি? সে ইবুংঙো! ইবেনগী পৈশাসে নঙ খর থমজিনবিয়ু।

ইবেননা দরকার লৈরে হায়রবকান্দা পীবিয়ুকো।" হায়না যুবক মণ্ডলগী সেক্রেটারি অহুদা শিন্নরম্মী। মসিনী ইবেন মায়োম্নী পুন্সী।

ইবেননা ঐখোয়বু থিন্দোরকই সডকফাও। লেপতুনা লৈহৌই মমিংতা ঈরা চেন, মখদাংদি ইকোপ কোপ ঐখোয়গী জীব গাড়ী য়েং। ইবেন মায়োম্নী খুল লৈহৌরে। জিরিবাম পাং গাডী থোরক্লে। গাডী মন্নুংদা ইবেননা হুকপীরকপা লৈ পরেংতু লৌথোকই। লম-খাওদা তৎতুনা তাহৌবা য়াই চিংনবদৈ। ঙসাই মখৈদি লৌথোক্কবনি ইবেন মায়ো মথরাই মুংঙাইখিরোই খন। ইবেনগী লৈ পরেং অদো হান্নদি উদে। হৌংদা লেংবা পরেং নত্তে। উরকই লফু চনামগী মশিং থাঙজী তারগা লেংবা পরেং ওইরম্লে। লেংলিবা লৈনা সনাবৈ মচা অমা অনীগা হন্নুবৈ মনা অমা অনীগা অতৈ ট্রাংলৈনচিংবা লৈ খরগা মনা অশংবা খরগনা পরেং ফানবা লেংবা ওইরম্লে।

ঐনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা লৈ পরেং অদো য়েংহল্লি। লফুচনাম মশিংনা থাঙজী তারগা ইবেন মায়োনা কয়াদা হৈশিংনা লেংলিবা। লক্ষ্মীপ্রিয়া মপি নৌই থম্মোই থোৎলি, মীগী শি চাউই। মবমশিং অসিনা মহাক মপুন্সীদা মায়থীববা মুপী অম ওইথিবনি। মায়থীরবা লক্ষ্মীপ্রিয়া লৈ পরেংতু মঙোন্দা উৎপা মনম্দা মমিংঙগী মপি অব অর শিন্থে। মপি ভৈথোক ভৈথোক্লকৈ। 'ইচেম্মা ইবেনগীদি লৈপরেং লেংনবা লং ফাওবা লৈজদবনিনে' য়েংতুমকাম্থু লৈরম-মোইয়ে। ওম্ভোক্লা পিদোন্না লৈপ্রবা অহলনিনে। মাননে ইচেম্মবু অমুক্তা পুবিরকউ হায়জবা য়াম কুইরবনি। ইচেম্মনা চৈরকপা হায়

কিজহূনা হায়দবনিনে ঐনা। তানস্থু ইচা হেক চাখিদে। ইচেম্মবু উবদা ইবেন মায়োনা হরাওজবদো, নুংঙাইজবদো, মায়থোঙ মকা লামজবদো।” ব্রাহয়শিং অসি লক্ষ্মীপ্রিয়ানা মতেক মতেক ওইনা মপি তৈথোক তৈথোক হায়খিবনি।

লক্ষ্মীপ্রিয়াগী মায়থীরবা পুন্সী ইবেন মায়োগী পুন্সীগী লৈপরেং অনীসি পুত্থুনা হল্লকখি জিরিবামগী খোঙচৎ অদো।

চহী অমরোম হৌখ্রে ঐনা জিরিবামদা চৎলুবদো। কুমসি অসিমস্থু চৎকে খল্লি। খল্লিবৈঙ অসিদা নোংমা ডেভেলপমেণ্ট কমি-শনরনা ঐবু কৌশিল্লগা হায় ‘নঙ চয়োন অমারোম জিরিবামদা চৎলুবা তারে।”

ঐ খুমদে। কমিশনরনা মখা তাথরকই, ‘সে সি পাও। মসিগী মরমদা নঙ মুন্ন' থিজিল্লকদবনি। অত্থুগা মত্থুগী মরমদা রিপোর্ট অমা ঐঙোন্দা পীগদবনি। নোংমা নিনিদা নঙনা থিজিনবা ঙম্লবা অত্থু শুইরবদি হেক্তা হল্লকপস্থু য়ানি। তৌবতদি মুন্না অশেংবত্থু খঙদোকলকপা তায়। নত্রবদি মথকলোমদৈ অমুক তকথরক্কদৌরিনি।”

ইরুজনীংবগা থোং তেকপাগা মান্নরে হায়ত্থুনি। ঐ জিরিবাম চৎপা তারে। চৎলে। লক্ষ্মীপ্রিয়াদা ঐনঃ হায় অফিসফি থবক হৌদ্রিবৈঙ ইবেন মায়ো হান্না উনরুখিসি। মানস্থু ফৈনে হায়ত্থুনা য়ারে। ঐখোয় অনী লাটিংখালদা চৎলে।

ইবেন মায়োগীদমক ঐনা পুরকপা পোং লোইনা য়োমশিল্লে। হাপলে খাও অমদা। ঐখোয় অনী চৎলে ইবেন মায়োগী য়ুম লাটিংখালদা। ইবেন লৈরম্মী ফাল অমদা ফম মাই য়ুমগী দারী-বান্দা। চিন্তা তৌরি মথুং মখদাং শোরক্লুনা। ঐখোয় অনী লাকপা হেক উবমক্কুদা ফমলম্বদে হৌগৎ চেষ্টোরকই ঐখোয়বু ওকপা। নমস্তে তৌই।

ঐনা কৌই "ইবেন"

খুম্মী মনাস্থু 'দিদিমণী নওগা মাইমুগা মওদা উরম্মী হায়দি মওফাওনরেদনা।" নোকই হরাওনা।

ইবেনগীনে ঐনা ইম্ফালদৈ করি করি খরা পুবকই। সে হায়ড়ুনা খাওদা য়াওরকইবা পোংচৈশিংড়ু লৌথোকই। সিনা ইবেনগী শেংনবনি। কোরাগী ফি খুড়ুপ তরা শাংবড়ু পী। ইবেননা তিং-থোক্লুনা য়েংজে। মাইমুদা ওনশিনড়ুনা "মাইমু সিদি শাংমল্লি। শেৎপা ডমলোই ইবেনদি। লৈপাকতা চিংগনি। মচেৎ অমা শেংতোক্লগা মোনথুম ওইবা য়াবোইদ্রা?" লক্ষ্মীপ্রিয়ানা খুমখি য়ানি হায়না।

মথংদা পী তেরাগী ফুরিং খুদাং চোনবী অড়ু। ইবেননা লিংননবা পুরকপনি। নীংথম থানিনা তেরান। খর লুমগদরা থন। ফুরিং অড়ু ইবেননা লিংশিন্দুনা য়েংডি। চপ চাগ্লে হায়ড়ুনা মা নোকই হরাওই। অড়ুদগী শেংনবা ফিড়ু পুড়ুনা চংখ্রে ইমুংদা। ডহাক লৈরগা থোরকলে ফি কোরাগী অহনবড়ু শেং ফুরিং অড়ু লিং। ইমুংদৈ থোরকপদা ফজদরা য়েংড়ু হায়দুনা ইবেন হরাও মায়গোঙগা

লোয়ননা মোমোন তৌই। অদুবু ঙহাক লৈরগদি মহাক শকফম হনজিনখরে। মমিৎত ঈবা চেল্লকল্লে। মমিৎতা মপি মতম মতম শিন্থরক্লে। হায়রকই "সংসাব অসিদা ঐবু মুংশিবিবা কনা লৈত্রমাগ্লে খনবনি। অদুবু দিদিমণী নঙগা মাইমুগতদি ঐবু মুংশিবিবি ঐগীদমক খনবী" অদুগা কপ্পী। ইবেননা কপ্পা অদুদা লক্ষ্মীপ্রিয়াগা ঐগস্মু পি তাখিবা খঙহৌদে। অমুকস্মু ইবেননা হায়রকই "ঐ পেল্লে।"

ঙহাক লৈরগা ঐনা পুরকপা চা চিনিদু লোথোকই। ইবেনদা পী। ইবেন লৌই ঐনা পীবদু। অদুগা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা ওনশিন্দুনা হায় "মাইমু দিদিমণীনা পুরকপা চা চিনি অসে হনবদি হন্নীংদে অদুবু ঐগীদি শীজিন্নফম লৈতেনে। চা থকতবদি নত্তে ঐ থকই মীনা পীরদি। ঐগীদি চা লোম্নবা পাত্র লৈতে। থকুবা পাত্রস্মু লৈজদে। অদুনা চা চিনি অসিদি নঙ পুজাগ্রো। নঙ থকলুরো।"

লক্ষ্মীপ্রিয়া ঋা ভাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। মথুংতমক তিংথোকই ইবেন মায়োনা পীবিব, পোং অদু লৌনবা। মথুং এইনা লৌই। য়েং থংবা খুৎনা মাগী বেগতগী লোথোকপা লপা তরা চৎপী অদু পী ইবেনদা। ইবেন মায়োস্মু ঋা ভাঙথোকপা ঙমখিদ্রে লক্ষ্মীপ্রিয়াস্মু ঙমখিদ্রে। পোংকা পৈশাগাতমক খুৎশিন্নখি।

মুংঙাইক্ত নুংঙাইত পি তৈথোক তৈথোক ইবেন মায়োগী য়ুমদৈ থোরকখি।

ইবেন লৈহৌরে। ঐখোয়গী জীব গাড়ী থোংমিনদু য়েং, শোড়কী চিদাইদা লেপ। ঐগী অফিসকি পপক লোইব্রে। জিমিবাম

থাদোক্লমে। গাড়ী মন্নুংদা ইবেনগী দ্ৰুশ্ত উরকই খল্লি ইবেন মায়োগী পুন্সী ইতিহাস তাংকক খর অমসু হন্দক পাম্নকপেদনা হায়না।

চৎনা চৎনা গাড়ী মন্নুংদা লক্ষ্মীপিয়ানা ৱারী লী "ইচেম্মা! ঐনা ইবেন মায়োবু থরায় হকচাং য়াওনা নুংশিজে। ঐগী ইমাবোক অহুগা মান্নবা খর লৈ। ঐ ঐগী অপোকপা ইমানা ঐবু য়োল্লক্তে। ইমাবোক অহুনা য়োকপীরক্লুনা চাউরকপনি ঐ। ইমাবোক মচা পোক্তে। লুখ্রাবীনি। ইমাবোকপু লৌরম্বা পাবুংহনদু মশক খঙহৌদে। ঐনা জ্ঞান খর খর তারকপদা ইমাবোক্তু ঐবু পোকপা ইমা নত্তে ইমাগী মচেনি হায়বা খঙলকই। অহুবু অপোকপা ইমা নত্তে হায়বতনি ইমান লুনা তৌবদে ইমাবোক্না ঐবু লুনা তৌবনা হেল্লি। ইমাবোক লৈখিদ্রে মাগী লমন ঐ শিংহৌবা ঙমখিদে। ইমাবোক লৈখিদ্রবা তুংদা ঐ থবক তৌবনি ঐনা সরকারগী থবক তৌরবা মতুংতাও হিংলম্লবনি ইমাবোক্তু খর মখৈগীদি সেবা ফংলম-গদবনি। ঐ নীংবা থুংহৌদে ইমাবোক্কী লমন শিংহৌদে। ইবেন মায়ো থেংনবদে ঐনা ইমাবোক মানমনগ্রহুনা ইবেনবু থরায় হকচাং য়াওনা নুংশিখি। মান্নবা হায়রিসে ইচেম্মা শক নত্তে ওইরিবা ফিভম অসিনি। ইবেন মায়োগুম ইমাবোক্কীসু কং লৈহন্দবা। ইবেন মায়োবু ইবেম মায়োনি খন্দে ইমাবোকমক অহুনি হায়না খল্লি। অহুনা ঐ তত্তুনা কপলিবনি। খল্লু খল্লুরগা ওহারা নীংঙমখিদ্রেবো ইচেম্মা।"

মতম কয়া হৌদ্রে। হৌভিক অফিসকি থবকসি খুৎচিন অমনি। হায়ফম খঙদে। ময়াম কুম্নবা মতমদা ঐ অফিসত্তগী

কুম্বা খক ঙমদে। নোংমতা ঙমদে। মীনা হায়নবী থবক লৈথোকপা হৈত্তহনা ভৌরিনী হায়না।

চহী খরদি ঐ টুব চৎপফাও ঙমখিদে। নোংমা অহীং অমা মঙদা ইবেন মায়ো উবম্মী। ময়াম মবাঙ মরাঙ ভৌই। হায়নবা ঙাঙনবা তাগুমস্ু ভৌই। ইবেন মায়ো মৌ নহা মচা ওনম্মোক্লম্লে। পুন্সীরনি। মপোক অমা নৌনা ফংলবনি। কেম্প লোইবৈ বড়াখানানি হায়বগুমস্ু ভৌই। চাকলুকলা থাবহুনা ময়াম চাক চাম্মিন্নরমগুম ভৌই। মথোঙ মরম ইখঙ খঙদে। লক্ষ্মীপ্রিয়াস্সু উরম্মী কেনা য়াম কেনা। নাপ্পদা নত্রগা শমজীদা আত্তরগুলাব অঙাঙবা মচা অমা থেৎপা হায়বসে মাগী হৈনবী পামজবীনি। নাপ্পদা আত্তব গোলপ অঙাঙবা পীকতকপা অশঙবা মনা অনী পানবা অমা থেৎলি। মরায়বক্তা সিন্দুর ঙাঙশঙ ঙাঙনা নম্মী হায় কালি দেবীগী পূজা চৎলুরিনি। মফম মরাং খঙদবা মবী লৈনদবা ঙাক্তা। ইবেন মায়ো উই ফি অহনবা অঙৌবা ঙাক শেৎচাহনা। ফম্বগুম ভৌই লীগী চৌকি অমদ। ইবেন কনাদস্ু ৱা ঙাঙবা তৌদে য়েংস্ু য়েংদে কনা অমতদা। তুমিন মথন্নতা ফম্মী।

মিকপ খংথোক থোকই। ঐগী কাদা কোয়েং য়েংডি। ঘরী য়েংঙি। পুং অমগা মখায় তাবে নোংয়াই মতুং। অহীংনি হায়বা খঙখি। উখ্রিবা অহু মঙনি তাইবং নত্তে। চহী মরি মঙা নোংমতা নীংশিংলুত্রবা ইবেন মায়ো অমদি মরূপ লক্ষ্মীপ্রিয়াবু করম্মা উরমলিবা। ইত্তোমতা হংজখি।

অহীং অদো অত্থম তূম্বা য়াদ্রে। মিকপ থোক্তুনা নোংঙানবা ঙাই-রি। নোং ঙাল্লবদা হৌগৎলে। অহীংমঙদা উরম্বা ইবেন মায়ো অত্থতা উত্থনা লৈরে। পুক্নীং তয়াং তশোই রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লি। করি থোক্লগদগে হায়না ইচিং চিংনৈ। চৎনীংঙি জিরিবাম। ইবেন মায়োগী পাউ তানীংঙি। করি উপাইদি লৈরি? ছুটি লৌরগা লন্নাই জীব অমা রায়রগা চৎসিরা? নত্রগনা টুর প্রোগ্রাম অমা শেম্লগা অফিসিয়েল ওইনা চৎসিরা? করিগুম্বা ডেভেলপমেণ্ট কমিশনরনা য়ারক্কুবদি কমদোবা? য়ারক্রগনা লন্নাই। অত্থবু টুর প্রোগ্রাম অমা থাজিন্দুনা অমুক্তুংদি য়েংসিরা? খনমখৈ খল্লগা মমৈদা য়েংদদি ময়েংলগে খল্লে।

মুমিৎতু ঐ ঙন্না অফিস কায়। টুর প্রোগ্রাম অমা শেমলে। চৎকদৌরি মরম, য়েংলুগদবা থবক লোইনা মরীক চুম্না ইরগা টুর প্রোগ্রাম অত্থ থাজিল্লে। থাজিনখিবগা থিন্দনা এপ্রুভ হায়তুনা ইরগা থাদোরকই ডেভেলপমেণ্ট কমিশনরনা। চে অত্থ ফংবদা ঐ হরাওবৈ ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

অফিস লোইদ্রিঙৈদা ঐনা পুগদবা গাড়ী, ড্রাইভর, থাউ থৌরাং তৌরে হয়েংগী জিরিবাম খোঙচৎকিদমক। ঙসাই অয়ুক অফিস হেক য়ৌরকপগা লক্ষ্মীপ্রিয়াদদি ঐ হয়েং লাক্কনি হায় টেলিগ্রাম তৌগ্রবনি। অফিসিয়েল টুর ওইনা চৎকদবা অসিদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাই।

নোং ঙানফুং ঙানক্সুং তৌরকপা অমম অঙান শিন্নবৈ মতমনি। মতম অত্থরাইমক্তুদা জিরিবামগীদমক যাত্রা তৌই। ঐ য়াম থুনা

য়ৌনীংঙি। ইবেন মায়োগী পাউ খঙনীংঙি তানীংঙি। অদুবু লম্বী শেম্বগী, বোম পোকখাইহন্দুন চীং লম্বী ককপগী লম্বীদা মতেক মতেক পূং অহুমলোম অহুম পনখি। অদুনা মুংথিল পূং অহুম খর হেনবৈ অদুরাইদা জিরিবামদা থুংখি।

লক্ষ্মীপ্রিয়া ঙাইদুনা লৈরম্মী আই বিগী গেটতা লেপ। ঐনা হংঙি ঐনা ভৌখিবা টেলিগ্রাম ফংব্রা হায়না। মহাকস্থু খুম্নকই ফংদুনা ঙাইরমলিবা অসিনি।

জীবতগী কুমথরে। চঙলে আই বিগী মাঙ্গোলদা। চৌকি অমমমদা লক্ষ্মীপ্রিয়াগা ঐগা মায়োক্লনা ফম্মী। ঐদি রুম নম্বর টুদা লৈগে। রুম নম্বর টু নত্রবদি অতৈদদি লৈনীংদে। হাঙদ্রগা কনাদনো লক্ষ্মীপ্রিয়াখোয়দ্রা লৈরুবা হায়দুনি। হাঙলি হায়দুনা চৌকিদারগা ঐগী ড্রাইভরগা মখোয় অনীনা ঐগী পোৎ পুশিনবিরি।

করিগীদমক রুম নম্বর টু তবু অথন্নবা পল্লিবনো? জিরিগী আই বি মতম অদুদা লৈননবা কা অহুমথক্তনি। রুম নম্বর রাননা ভি আই পী গীনি। ঐ খোয়গুম্বা অফিসার মচা মশুগী থুংফম লৈফম নত্তে। রুম নম্বর অহুম শুবদদি ঐহাক মুপলৈ লৈনীংদে। পনবদা অকিবা অমা পোকই। অহুমশুবা কাদা ঐনা লৈবা অনীরক্তা অশিবৈ পাউ ফংখি। অহানবদনা ঐগা চংমিন্নরিবা গ্রাম সেবিক। অদুগী মপা শিবৈ পাউ অকোনবদনা ঐগী ইমা শিবৈ পাউ। পাউ অনীমক্তু টেলিগ্রামনা ইম্ফালদৈ খঙহল্লকপা ঙাকনি।

মতুদৈ হৌরদুনা রুম নম্বর থ্রিদা লৈবা কিখিবনি। খোঙচৎ অনীরকমক ইম্ফালদৈ নোংমাইজীং মুমিৎতদা যাত্রা ভৌখিবনি।

অহল লমন্না হায়নৈ নোংমাইজীং নুমিৎতা নোংচুপ চৎলবদি অশি অনা নংঙি। অহল লমন্না হায়নরম্বা অচুম্বা খরদি হেক্তা লৈরম্মী। মতুদগী হৌরদুনা ঙসি ফাওবা ঐহাক নোংমাইজীং নুমিৎতা নোংচুপ থক পাংদ্রে চংদ্রে।

"লক্ষ্মীপ্রিয়া ঐখোয় হৌজিক লাটিংখালদা চৎপা নংখিনিকো"

"কৈদৌবা?"

"ইবেন মায়ো উনবা।"

"ইচেম্মা মাদি লাটিংখালদা লৈত্রে।"

"কদায়দা চংথ্রবা?"

"জিরিবামগী ডাক্তরখানাদা?"

"চুমলে ঐগী মঙ চুমলে। ইবেন মায়ো কয়া কন্না নারবা?"

"কন্না নাবা হায়বু ইচেম্মা র ঙাঙবা থোক্রে। করিগুম্বী অমতা য়াতোল তংখিদরে। ঈশিং খর খর য়োৎপা নত্তনা। ইচেম্মা মাগীনি হায়বা কনামতা লৈতবসিদনে। ভস্তোকনা নুংঙাইখিদ্রেদা" হায়রগা লক্ষ্মীপ্রিয়া হিক হিক কপ্পী।

চৌকিদারনা চা পুথোরকই। টেবলদা থম্মী মাঙদা থারিবা অতুদা। মতু থকপদি লায়রদনা হন্না য়েংঙমদনা ঐখোয় অনী ডাক্তর পাং চংলে। চৌকিদার ঙক্তুনা লেপ য়েংহৌই।

ডাক্তর খানা য়ৌরবদা ইবেন মায়োনা লৈরিবা কাতু তম চঙলে। ডাক্তর খানাগী অনাবৈ কাংথোল অমদা ইবেন লোংনা মমিৎ অনীমক উইশিন হিপতুনা লৈরম্মী। স্বরদি হোনবা মাল্লি। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা ফমুং নাকল অমদা লেপ্পী ঐনা নাকল অমারোমদা

লেপ্পী। ইবেনবু কৌই। অহুম মরীরক কৌরবা তুংদা ইবেন খজিক খজিক য়াম্না তপ্পা মিৎতু পাঙথোরকই। ৱা ঙাঙথোকপদি ঙমদ্রে। ঐঙোন্দা অমুক য়েংঙি লক্ষ্মীপ্রিয়াদা অমুক য়েংঙি। ইবেননা য়েংঙম্বদো অরোইবা ওইরমাল্লে। ইবেন মিৎ উইশিনখরে। পুন্সীগী ওইনা মিকপ ভানখ্রে।

ইবেন মায়োগী পুন্সী ইতিহাস পাবা লোইরে। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা খোঞ্জেল থোক্লা তেংথাদ্রুনা কপ্পী—"ইবেন নঙদি ইচেম্মতবু ঙাইদ্রুনা লৈরমবোইকো! হো ইবেন!"

# মহাপ্রভুগী লৈবাক্তা

ইং ১৯৪২-৭৪ গী মাৰীনি। নীংশিংবা খৰতং পাউদমজবনি। পৃথিবীগী অনীশুবা লানজাও জাপানগী লান হায়না খঙনবতুগী মতমদা ঐহাক মণিপুৰদা লৈতে। বোম অহানবা অমস্তুং অনীশুবা থাদখিবা অতুদি থেংনখি। মতুই অৱাবা নংবা য়াওখি। ইমাই মপাম তাকয়েন খোঙবান্দা লান চেল্লি। মেত্রিক পৰীক্ষা বোম তাদ্রিঙৈদা থাখি। বোম তাগ্রবা মতুং লান মস্তুং অতুদা পৰীক্ষাতু হায়দোৰকই। পৰীক্ষাতু ঙমলক্তুনা কলেজ তম্বা ওইনা অতুম চৎলে শ্রীধাম নবদ্বীপতা।

শ্রীধামনি। মহাপ্রভুগী লৈবাক্নি। ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াগী মৰানয়াইনি। লাইনীংফমনি বৈষ্ণবশিংগী। গৌৰ ধৰ্ম্মগী অশেঙবা চংনবী লৈফমনি হৌৰকফমনি।

ঐহাক য়ুমদা মণিপুৰদা লৈৰিঙৈ মতমদা একাগাড়ী তোংবদি হায়ৰুন্নু পায়ফাও পায়ৰক্তে। একাগাড়ী অহনবা অমা লৈতুনা তোংবা তম্মী। একাগাড়ী তোংতুনা কলেজ কাগদৌৰিনি। খৰা খবা হৈৰকপা মতমদা লম্বী অপাকপা অগৌবদা য়াম থৌনীংঙি।

নোংমা খৰ থৌবা হৈৰবা তুংদনি। টৈঘৰীপাৰাদৈ নবদ্বীপ বাজাৰ য়ৌনা চৎথ্রিবা লমজাও অতুদা ঐনা ঐগী একাগাড়ীতু থৌজৰতুনা চৎলি। ফনা শাংনা চৎলে। ঐ য়াম হৈৰে হায়তুনা

হরাওবা নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা থোই গাড়ীদু। লম্বী ফনা শাংনা থোরে হল্লগে নীং গাড়ীদু মমায় ওল্লকই। থোই কন্না হৈরে হায়বৈ মৎ অমা কানা। টেঘবীপারা য়োরমদাইদা হল্লকপদনি। তোতি অমা লৈ। তোতি অদুদা মুপী ময়াম ঈশিং শোকলম্মী মাই মাই লৈজবা তেক, বালটিন, কোরফু, সনাবুল পুনরকতুনা। ঈশিং অথনবা পাত্রশিংদু খিল্লি তোতি মনাক্তা কোয়না। সোডক ময়ায়দদি নত্তে মতায়দনি।

কদোমদগীনো খঙহৌদে ভাব তাহৌদে ঐহাক ঐহাক্না থৌরিবা গাড়ীদো ঈশিং অথনবা খিল্লিবা পাত্র ময়ামদুগী মরক্তা থৌজিনখি। ঐ তুরে, ঈশিং হৈদোকলে পাত্র পুন্নমক্তো থরো থরো ওল্লে। ঐহাক তুবদৈ হৌগৎতে। থীনা শোক্তুনা হৌগৎপা ঙমদবদি নত্তে। খরা খোবাৎপতনি। ঈ লোক্না শোকপা নত্তে। মুপীশিং অদুনা হৈদোকলিবা ঈশিং থরো থরো ওল্লিবা পাত্র ময়ামদুগী চৈরক্কদ্রা হায় কিবদৈনি। কোইরুপ কোইরুপ মীরৎ নারৎ য়েংলগা ফুক হৌগৎতুনা তুবিবা গাড়ীদু হৌগৎলগা কন্না থৌরকই। ঐনা তুথ্রগা ঙহাক হৌগৎলক্তবা অদুদ ঐ শোকলম্লগনি হায়না খল্লমবা য়াই মহোয়না। মহোয় ঐবু য়েংদুনা লৈহৌই। খরা থাপতোক্লগা হন্না য়েংবনি। কিদুনা নকলিঙৈদদি হন্না য়েংথোকলুদে। য়ুম য়োর কান্দা গাড়ীদু য়েংবদা ইপয় পয়দুনা লৈরম্মি। মমায় ইপয় পয়বা গাড়ীদু করম্না ঐনা থৌরকপা ?

শ্রীধামদা ঐনা লৈরকপসি চহী অনীরোম শুজিল্লক্লে। ঐনা য়োবা ঙম্বা লম মখৈগী মরমদা মুন্না খঙলে। বেঙ্গলী লোনমু

ঙাঙবা শকপা ঙম্মে। কৈথেল কাবা হৈরে। পোৎ চৈ ইনশাং নাপি, ঙা মমল হুম্নহুনা লৈবা ঙমলে।

খোংক্রম অশাংবা, থবী অশাংবা খন্দুনা লৈবা হায়সে ঐগী পামজবীনি। পাম্মুবৈ মরমদি ঐ একাগাডী খুৎ নামা থাদোক্তুনা থৌবা ঙমলে হায়বা উৎননবনি। খোংক্রম অশাঙবা থবী অশাঙবহু লৈরবদি লেংবান্দা থোনগৎলগা খুৎ নামনা পায় খুৎ নামনা একাগাড়ী পায় থৌবদো ঐ য়াম পামজে। খুৎ নামা থাদোক্তুনা গাড়ী থৌবা ঙমলে হায়বা অহু ময়ামদা খঙহনজনীংহুনা উৎচনীংহুনা তৌরিনি।

শ্রীধামদা মণিপুরদৈ লাকপা যাত্রাকশিং ওকপা চৎনৈ। কৃষ্ণনগরদৈ লাকপা রেলগাড়ীগী থাফম স্টেশন নবদ্বীপ ঘাতকি তুরেল ৱাংমদা লৈ। যাত্রীক পুম্নমক শ্রীধাম লাক্লিবহু কৃষ্ণনগরলোমদা লাকপা ঙাকনি। ঘাত অহু হীনাও তোংহুনা লান্থোবক্লগা নবদ্বীপ য়ৌবক্কদবনি। শ্রীধামদা বাস তৌহুনা লৈবা মীওইগী কারবারদি করিনো? যাত্রীক ওকপা, যাত্রীকশিংবু উৎসব কৎহল্লগা প্রসাডী খুনবা। মহোয়না লাইফম অতৈ খুকম্বা চৎপা লমজীংবিবা। কৈথেল কাবা পুবিবা অসিনচিংবা অসিনী। নবদ্বীপ বাসীশিংগী শিনফম্নি। শিনফমসিনা মহোয় হিংলিবনি।

ঐসু যাত্রীক ওকপা, মহোয়ন উৎসব কৎহনবা, লাইফমদা পুবিবা, কৈথেলদ পুহুনা কৈথেল কাহনবা ঐগী থবক ওইরক্লে। হৈনবা অমসু পোকলক্লে। নবদ্বীপ বাজারহু ঐহাকপু খঙদবা য়াওশিল্লক্লে। পোৎ শোৎ শোৎতুনা লৈবা য়ারে। দোকান্দগীতা নত্তুনা ইনশাং নাপি, ঙায়োনবী ফাও য়ারে। য়ান্না হেন্ন খঙনবা থাজনবা দোকান

অচৌবা অমা লৈ। দোকান অদৈ প্রোমীজরি নোট ইনরগা শেল পূত্না যাত্রীকশিংগী মতেং পাংঙি। পাংঙিবসি ঐগা থাজনবা মী অমদি মরী মতা নত্তনা অতৈগীদি ঐ তৌদে।

নোংমা এনা ইনে হায়না মীঙ্গৌবা ইমাগী মমান্নবী অমা মাগা তীর্থ লাকমিন্নবা কাঙবু অহুগা লোয়ননা কৈথেল কামিন্নে। মখোয়বু ঐনা পুহনা চৎপনি। কৈথেল পোৎলক্তা চঙহনা পোৎচৈ অহোঙ অচাউ য়েংলি। মখোঙ শামুগী মখোঙমুক চাউনা পোমখৎপা মীওইস্নু লৈ। মহু লাঙ্গনা ওইরম্বদি য়াই। লৌনগনবা লাঙ্গনাদি নত্তমাল্লে। মহাক কোল লীক য়োনবনি। মাগী মনাক্তা ইনেহু ঙেক হেক ফমথগ্রে। লৈমায়দনি ফমলিহু। অহুগা ইনে অহুনা নুপা অহুদা হায়রুই "নঙগী নখোঙসি য়েংবদা নুংঙাইত্রে। খোঙ থাংবদা লূম লুম লাউরদনা য়াম নুংঙাইরম্মরোই রাস্নু রারম্মনি। ঐ হিদাক অমা তাক্কে নঙ ঙসিমক তৌকো।"

"কি"

"কিগন্নু কিগন্নু। শোয়দনা ফনি। হৈবী মনাদো চফু অমদা ফজনা ফুৎল্লো। মুন্না ফুৎকদবনিকো। অহুগনে মনীল অহু ফিবুল অমা শেন্নগা নখোঙ অপোম্বসিদা হিগা ফজনা য়েয়ু। শোয়দনা ফগনিফো।"

"জানিনা"

"'নখোয়গী' লোনদনা জানিনা হায়বা ঐখোয়গী লোনদনা হৈবী মনা হায়বা। য়াম্না ফত্ত্রবা হিদাকনি। অহল লমন্না তাকলম্বা হিদাকনে।"

ঐনা মহু তাবদৈ ইনেহ্ চৎলসি লাকও হায়দুনা লাকখি।

অসিনিদনা শ্রীধাম নবদ্বীপকি মুংঙাইবা হায়ববু। লাইফমনি লাইফম। অশেংবা তীর্থ মফমনি।

ঐগী ওজা অমগী য়ারীনি। ওজাগী মুপী ইনমা ইবেম্মা অহুগা লোয়নদুনা শ্রীধামদা তীর্থ লাকপনি। ঐখোয়গী লৈফম থিরকই। থিবদুনা ঐখোয়গী লৈফমদা ওজাহোয় লৈরে। ওজাগী অহল লৈখিদবৈ উৎসবনচিংবা কৎলে। ওজানা তীর্থ লাকপগী পাঙথোকদবা থবক পুম্নমক পাংথোকপা লোইবে। নোংমা নবদ্বীপচন্দ্র খুরুমসি হায়দুনা চৎলি। নবদ্বীপচন্দ্রগী থোঙ চঙফমদা পান্দা অমনা মী অমমম্না লুপা মঙা মঙা পীদ্রবদি লাই খুকম্বা চঙবা য়াবোই হায়রে। ওজাগা মুপা অহুগা কন্না খৎনরে। ওজানা মুপা অদুদা হংঙি— নদ্বীপচন্দ্রনা মী অমনমদা লুপা মঙা মঙা লৌদবা য়াদে লৌ হায়না হায়ব্রা হংবদ, মুপা অহুনা খুম্মী হায়দে। হায়দ্রবদি করিগী লৌ-গদৌরিবা? মসিদি ঐখোয়গী চৎনবী ওইদুনা লৈববনি অহুননি। ওজানা হায় লায়বব। মী লুপা মঙা পুথোকপা ঙমদবা কাঙবুদি নবদ্বীপচন্দ্র খু খু ফংদ্রে হায়বা। মীনা শেম্বা মথোঙ চাদবা নিযম চৎনবা অসিগী মথাদা ঐ লাই খুকম্ন। পামদে হায়দুনা ওজাদো নবদ্বীপচন্দ্র খু- মদনা থোরকখি। ঐখোয়সু মাই মতুং ইন্দুনা অদুম থোরক্লে। নবদ্বীপচন্দ্র খুম্মকত্রে।

ইম্লকপা লম্বাদা এনা ওজাদা চা থকখিসি হায় হৌদোকই। ওজানসু য়াই থকখিসিনে খুমলকই ঐনা নবদ্বীপ বাজার কাবা খুদিংদা চা হেক হেক থকপা হোটেল অমা লৈ। নবদ্বীপ বাজাব

হাইজিনফমদা হৌরিবা খোংনাং অচৌবা মখোঙদা কালিমাতা লাং-লিবা অদুই ময়াদা লৈবা হোটেলনি। হোটেল অদু চা য়াম হাউই। মরমদি খাংজাও অচৌবা অমদা অয়ুক হোটেলদু হেক হাংবদে শঙ্গোম লোল্লি। লোল্লিবা শঙ্গোম অদু হাপলগা খুদক খুদক্তা চা মনা অহনবা শীজিন্নদুনা শেম্বা চানি। অদুনা হাউবনি। কালিমাতা লাংলিবদু উবদা ওজানা হায় সিদস্থু লাই অমা ফজনা লাংলিনা। লাইসি হান্না খুরুম্মুখিসি। ওজাই রাদু তাবদা ঐখোয় লোইনমক ফমফমদে হৌগংলে। হোটেল মপুদা লাকলিবা ঐখোয়গী মশীংদু থীরগা চা শেমলম্মু হায়রম্মে। ওজাগা লোয়ননা ঐখোয় কালিমাতা খুরুম্বা চঙলে। ওজানা কালিমাতদা লুপা তরা চংপী অমা কংলম্মী। ঠাকুরদু হরাওহৌই। সিন্দুর নমবিরকই, লৈস্তু, হৈরুকনচিংবা পীরকই। হোটেলদা চঙদুনা চা থকলে। অদুগা হল্লক্লে।

তীর্থ লাকপা কাঙবু মখৈ গঙ্গাস্নান তৌবা হায়বসে তঙাই-ফদ্রবা থৌরম অমনি। ভোঙন তোঙানবা দেবালয়দা থুংনরবস্থু গঙ্গাগী স্নান তৌফম ঘাট অদুদদি লোইননক লাক্তুনা পুল্লবনি। ঈরুপনৈ, তর্পণ কংনৈ। কনা অমনা ঈকপ্পদো মন্ত্র শোল্লি। সুর্যা দেবদা ঈশিং খুজোক খুজোক কংনবস্থু য়াউই। শোল্লিবা মন্ত্রনা করিনো হায়বস্থু খঙদে। ময়াং খরনা রাম কোত্তাল মপা অমমম পায়শিন ঈশৈ শকলি "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, হরে রাম হরে রাম" হায়না। ঙহাক শরুগা মখুৎ তিংথোক্তুনা স্নান লাকলিবা মৈতৈশিং অদুদা পৈশা নিরি। মুপী নহা মখৈদি অরৈ অরৈবা পৈশা হাপনৈ। মুপা অমখক্তি ময়াংশিং অদুগা চপ মান্ননা ঈশৈ শরুদুনা চোংলি। ঙহাক

ঈশৈ শক শকুনা চোংলম্মগা ময়াংশিং অতুনা তৌবগুম তাম্ন তাম্ন শেল নিরি মখুৎ তিংথোক্কুনা। অতুদ্বগীদি মখোয়শিং অদো খাণ্ডবা ঙমদতুনা মহৈ মহৈ চেম্মত্রে ঙম্মা।

হাজাম ময়াম্মস্থু লাকই ঘাট অতুদা। যাত্রিক ময়ামতু মশম কোকনৈ শ্রিৎ নাম্না ইরং লংনা। মুপীস্থু মুপাস্থু কোকই। অতুগা শমতু পূষ্ট ফংনবনি হায়তুনা গঙ্গাগী ঈচেলদা থাদনৈ। লুকোপী লুকোকপা ময়াম লুপ্নরি পাপ কোক্লবনি হায়তুনা। মসিনী শ্রীধাম নবদ্বীপত্তা তীর্থ চৎপনি হায়তুনা মৈতৈ ঐখোয়না চৎনরিবতু। উরকপা খরত তমজবনি।

অয়ুক পুং তরেৎ নিপাল তাবৈ অতুরাইদা অহল এক্টরবী মুপী ময়াম চৎপা উই। লম্বীনা টেঘরীপারাদৈ নবদ্বীপ বাজার তাবা অপাকপা কোলাস থাবা লম্বীদুদা নল্তে। মখোয়না চৎলিবদি গঙ্গা মপাললোমদা লৈবা বাজার তাবা লম্বী অতুদনি। অহলশিংতুই মখুৎত্তা খাও মচা অমমম পায়। খাওশিং অতুগী মন্নুংদা করতান মচা অমমম য়াওরি। কদায়দা চৎলিবনো খঙদে। তুমিৎ খুদিংগী সুম উবা অতুদা খঙনীংতুনা হংডি। মুপীশিংতু চন্দন চরা পাকনা ইরং লংনা থিল্লি। হেক য়েংবদা শেংদা শেংবা অশেংবা মাল্লি। মখোয়তু রাধেশ্যাম লাউবা চৎলিবনি। ঐনা মখা তানা হংডি কদায়দনো করিগীনো? রাধেশ্যাম লাউবা হায়রিসি করিনো?

মুপীশিংদো অহলশিংদো লম্বোইবী ব্রহ্মচারিনী ভাক্তনি। কনা লৈজত্রবীনি শ্রীধামদা বাস তৌতুনা লৈবনি।

নবদ্বীপ বাজারগী মন্নুং অতুরাইদ আচৌবা আখড়া অমা লৈ।

মচুন্দা লৈত নায়রশিংবু পীজ পীথক তৌই। মফম অদু তান্না মুপী অহলশিংদু চংলিবনি। অয়ুক পুং তরেৎ নিপালগী অদুরাইদৈ হৌবগা পুং তবা তদা মাথেই ফাওবা রাধেশ্যাম লাউরুগদবনি। বাধেশ্যাম লাউবা হায়রিবসি কবতান মচা মহোয়না পায়রিবা অদু খিংলগা মচিন্দনা ‘হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ . হরে রাম হরে রাম” হায়না ঈশৈ ওইনা শক্নুনা চোংগদবনি। মমিৎ যুংলমদাই অদুরাই ফাওবা চোংলগা মখোয় পোৎথ গনি। প্রসাদি থুনগে হায়মথৈ অদুনা প্রসাদি থুনগনি। থুন্নোই হয়মথৈনা চেঙ খর খর হাপ্পীরকনি। অদুগা হল্লকনি। মচুনা মহোয়গী চরা ওইনরিবনি।

লম্বোইবীশিং অদো লাকলিবা উৎসব কৎলরিবা যাত্রিকশিং অদুগা খঙন চান্নবা ওইরবা নত্রগনা সেবাইত ওইনা লৈরিবা অদুনা বার্ত্তন তৌবিববদি উৎসব থুনবা য়াউই। অদুন্না তৌরবদি হন্নুবীশিং অদু চবা অনদি য়েংথোক্লে। মসিনী শ্রীধাম নবদ্বীপতা বাস তৌদুনা লৈরিবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিংগী পুন্সী। রানা লৈবনি মপানদতা শ্রীধামদা লৈবি লাইফমদা লৈরি হায়জবতনি।

নবদ্বীপতা এনা উবকপা অমদি য়োং খৎনবনি। মথক্তস্ত পনজখরে। মমিং থুদিংগী এ কৈথেল কায় হায়বা য়াই। এনা নবদ্বীপতা চনুবা কলেজদো টেঘরীপারাগা নক্লে। কলেজ অদুদগী খরা চংলগা লেবা পাবা অমনি। মফম অদুগী মমিং অদো এ কাউখ্রে নীশিংবা থোক্লে।

নবদ্বীপতা লৈবা য়ুম পূন্নমক সাত হয়দুনা শাবা ভাক্তনি। নোংম এনা কৈথেল কাবদা থেংনৈ। লমজাওগী নাক য়েংতা লৈরিবা

য়ুমগী সাত মথক অদুদা য়োং ময়াম কুনমুক ওইগনি নাকপাক অমমমদা লৈরিবা য়োংশিংদো। কাওলুপ অনীমক হাইফেৎ চাং মান্নে। কাওবু অনীদো মীচঙ মীচঙ নাইনা খৎনবা মাল্লি। য়োংনা করম্বা য়োং? মমায় মুণ্ডক মুবা, অচৌবা, মমৈ শাংবা ঙাক্কনি। রাবনগী লঙ্কা মৈ থাবদা মৈথুনা মমায়দো মুথিবনি হায়নৈ। অদুনদি য়োংয়ামদো হনুমানগী ধারা নালা ওইরম্বা তাই।

ঐ লেপতুনা ঙহাক য়েংঙি। মখোয়গী মখৎনদি কাইদা অমনি। অমগা অমগা ওনশিন ওশিন ময়া হিগৎনৈ। মায়কৈ অমদা লৈবনা হিগৎলক্লদি অমবোমদা লৈবনা ওক্লুনা হেক্তা হিগৎলি। য়োংয়াম অদুই মরক্তা য়োংজাও থুল্লাকপা অনমমসু য়াউই। ঙহাক য়েংলম্লগা নুমিং থেঙথ্রে হায়দুনা অদুম হল্লক্রে।

মথংগী নুমিৎতসু য়োংশিংদো মফম কায়দনা অদুম লৈরম্মী। অসুম্না মখোয় মুমিৎ তরেংনি চুপ্প খৎনৈ। ঐসু মখোয়গী মতৌদুদা মুংঙাইবা অমা পোক্লদুনা থবক লৈরসু লৈত্রসু মুমিৎ খুদিংগী চৎতুনা য়েংঙি। মুমিং নিপান্নি শুবা অদুদদি য়োং অমতা মহোয় খৎনফম অদুদা লৈরমদ্রে। কনানা করম্বা কাওবুনা ঙমখিবনো খঙদে। নত্রগনা ঙম্নদদুনা সন্ধি তৌনরম্বসু য়াই। হনুমানগী ধারা নালানিনা য়োংশিংদো শোয়দনা চক্রি চাউরমনি চক্রী কল্লমনি।

য়োং খৎনবৈ থৌদোকসি ইং ১৯৪৪ দা উখিবনি। চহী ১০ লৈরবা মতুং ইং ১৯৫৫ দা ঐ দিল্লী সেন্ট্রাল ইনষ্টিটিউশনদা বি এড ট্রেইনীং চৎলি। ট্রেইনীং লোইরবদা ওজা ময়াম অমপুং ট্রেইনী ময়াম পুল্লগা কলচরেলগী কুম্মৈ অমা তৌই। মতুদা করিনো অহৈবা

অমা ঈশৈবু ওইরম্মু জগোয়বু ওইবম্মু মোনোলোগপু ওইরম্মু উৎতবা য়াদে হায়রে। ঐদি কৈমতা হৈতে করি উৎকনি? খল্লিভৈদা ঐগী মিং মাইকতা কোথোরকলে। উপায় লৈতে করি তৌসিগে খন্ন খন্না চঙই। কাখৎলে প্লেটফৰ্ম মথক্তুদা। খঙহৌদে খঙনীং নীংশিংলকই অতুঙৈ নবদ্বীপতা য়োংয়াম খৎনবদো। ঐনা য়োং খৎনবা উরকপৈ ব্বারীতু লীরে ডিমোস্ট্রেশন তৌতুনা উৎলে ময়ামদা। ভাবোক ময়ামদো পেল্লহুনা খুবাক কন্না খুরকই। হোলহু পুমনীল নীল্লি। ফাগি হৈবগী মেদল অমা ফংলকই।

# কামাখ্যাগী মশাইগোন্দা লৈপুল খয়োম

ইং ১৯৪৬ তা গুহাটিদা লাকই। ছাত্রীবাড়ী হোস্টেলদা লৈ। তমফম্না রাধাকান্তা হেন্দিক কলেজদনি। আর কে হেন্দিক কলেজ হায়না খঙনৈ কলেজডু। তম্নীংডুনা লাকপনা কটন কলেজদনি। সেকেণ্ড ইয়ারগী মী লৌদবনা কটন কলেজদা তম্বা ফংখিদে। আর কে কলেজদা মিং চন্দুনা তম্লে। লৈরে ছাত্রীবাড়ীদা।

আর কে কলেজ মুপীগী কলেজনি। নৌনা লিংখৎপনি। মুপীনা অয়াম্বা ওজা ওই। কটন কলেজদে ওজা খর লাইডুনা পার্ট টাইম ওজা ওইনা শীজিন্নরিসু হায়। প্রিনসিপাল অডু মুপীনি। অহল ওইরে। আর কে কলেজ অডু লিংখৎপা মুপা রাধাকান্তা হায়বডুগী মুপীনি হায়না ময়াম্না ভাঙনৈ।

প্রিনসিপাল অডুনা তম্বীরিবা বিষয়দি লোজিকনি। চঙবু চঙলক্লবদি মহাক থোকপা হৈতবা মীতানি। তম্বীরিবা বিষয়ডুদা মহাক তাংকক নাইনা লোইশিনবা ঙমদে, লোইশিনফমসু খঙদে। অডুম মরী লৈনদবাঙাক ভাঙডুনা লৈ। মীগী পীরিয়দ হেনজিন্না অডুম ভাঙডুনা লৈ। মানা তাকলিবা ভাঙলিবদো করিনো হায়বা মুন্না খঙদে। মাসু পাংভাঙতা মঙাওই ঐখোয়সু পংতাত মতাই। মনীং ফান্দা ফম্বা কাঙবুদি উই উইডুনা অডুম লৈথোকপনি। ঐসু মনীং ফাল ফম্বা পামজবা মীতানি।

ইং ১৯৫৭ কি মার্চ্চ থাদা ঐ আই এ পরীক্ষা থায়। মতম

অতুদা গুহাটি বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎত্রি। অতুনা ঐখোয় কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা পরীক্ষাতু থায়। পরীক্ষা হায়দোরকলে ঙমলক্লে পরীক্ষাতু হন্দক্তি। মখা তমথবা তারি কটন কলেজদা। অতুনা বি এ তম্বা লোইদ্রিফাও ছাত্রীবাড়ীদা লৈগদৌরি।

ছাত্রীবাডী নুপীমচা লৈশাবীশিংগী হোসটেলনি। ফুগায়না শাৎলবা লৈরাংশিংনা লৈতেংলবা লৈকোলগুম নীংথিজে। লৈরাংনা অরাং নোংপোক ভারতকি লৈকোলদা শাৎপা লৈরাংনি শিঙলনি পুল্লরিদো ছাত্রীবাড়ীদা। পূক্নীং হূনঙাইনি থম্মোই শুমহৎনীংঙাইনি। মখল মথেল কয়ানি। লৈচল শুই। লৈচু শুই। য়েংবা য়াবা ঙাকনি।

ছাত্রীবাডীদা থেংনরকপা খরদং পাউদমজগে। চয়োল অমগী মনুংদা শা নত্রগা ঙা অনীরক পী। শা চাদবা কাঙবুগী য়েরুম থোংবা পী। নোংমা নুমিদাংনি শ থোংবা পীবা নুমিৎনি। সত্যপ্রভা দাস ঐগা কা অমতদা লৈমিন্নবা মরূপনি। কলেজদসু ক্লাস অমতদা তম্মিন্নবনি। নুমিৎ অদো মাগা ঐগা মায়োক্নুনা চাক চামিন্নে। খর চারগা মহাক্কী তেঙ্গোৎতু পুখমদা থাঙ্গৎলম্লগা মথুৎ হামদোক্তুনা মহাক দাইনীং হোলদৈ থোকখ্রে তুমিন মরূ লুথতুনা।

চাক চাবা লোইরতুনা ঐসু লাক্লে ঐগী কাদা। সত্যপ্রভা লৈরমদে। ঐনা মাবু কোইথি থি। লাইরিক পাফম কা, ফমফম খা রাং নাঙ্গোল লোইনা য়েংলে। মহাক থিবা ফংদ্রে। ফংদ্রবদা ঐ মথক কাখৎলক্লে। ঐগী কা তান্না চৎকদগী মায় ওস্তোরকপদা উবে থাবলদা নী অমা পোর্টিকোদা ঙাতুনা ফমতুনা লৈবত্তু। চঙ-শিন্দুনা য়েংলুবদা সত্যপ্রভা ওইরমলে। মহাক কপতুনা তুমিন

কমলস্বনি। মনাক্তা চঙশিন ঐস্যু ফম্মী। মরেংবান পায়তুনা হংই—"সত্য কৈদৌরে ?"

"কৈস্যু তৌদে।"

"কৈস্যু তৌদ্রগা কৈগী কপ্পিবা ?"

ঐনা অহুম মরিরক হন্না হংবহুদা খুমদবা য়াদতুনা "ইমা ইপাদি নংবনিনা ঐনা ইনশাং অহাওবা চারিব' অস্মুন্না চারমলোই খল্লুবদা মুংঙাইতভুনা তৌবনিদা" হায়না খুমলকই। অদুদে ঐখোয় ঐখোয়গী য়ুমগী লৈত লায়রগী ৱারী কয়া শানৈ। ঐনা হায়—

"নঙনা কপলিসি য়ুমগী অহল লমন মীংশিবৈ নত্তমাল্লেদা"

"নঙ কম খঙভিবা ?"

"ইবেম্মা! ঐখোয়দি মাইবঁ'নে মাইবী। অদুনা হেক্তা খঙবনে।"

"নঙ ঐখোয়না চাক চারিরৈদ .রডিওদা শকখি ঈশৈদু তাহৌবরা ?"

"তাহৌই।"

"কমদৌই মুংঙাইবরা ?"

থাঙ্গেশেংবদি ঈশৈদো ঐ তাহৌদবনি অদুবু তাহৌই হায়না খুম্বনি। সত্যপ্রভানা অশেংবা হায়দোরক্লবা হায়তুনা। মানা মথা তাথরকই "ঈশৈ শকখিদু ভুপেন হায়জাবিকানি। মানা শকপ্রিবহু ঐবু থাদুনা শকখিবনি। শৈরেংদু ইবনা ঐখোয় অনী চঙদুনা ইমিম্নবনি।" হায়না। মখোয় অনী মরী লৈনরম্মী। মরীদু হৌজিক্তি ভংগ্রে। মখোয় অনী উনখিদবস্যু কুইরে। মাগী ৱাহয়শিংদু ভাবদৈ

খঙখি সত্যপ্রভানা কপ্পগী মবম। মরম খঙলবদা ঐনা চঙলসি থেঙখ্রে হায়তুনা ঐখোয়গী কাদা ঐখোয় অনী চঙলকলে।

নোংমা অমনা থৌদোক মচা অমা থোকখি। ঐখোয হোস্টেল অতু তুই মুলানি। মথক মখা লৈবা। মথক্তনি ঐখোয় ছাত্রীশিংনা লৈরিবনা। মুমিং অদো ভিজিটব মুমিংসু থোকই। চয়োল অমদা অনীরক ভিজিটর মুমিং লৈবনি। সেকেণ্ড ইয়াবদা তমলিবী টিম্মুলা কৌবি আও মুপীমচা অমা লৈ। মী পীকই নেম্মী। মাগী ভিজিটর অমা লাকই। পাখঙনি। মহাক্তু থাসীনি হায়। মখোয় অনী রারী শাই চৌকী অমমমদা ফম অরাং থংবা মাঙ্গোল অশাংবা অতুদা। মখোয় অনী রাবী শারি মমলফাও ফকলাং ময়াদা নপ। ফনা য়াম্না থেঙজিল্লক্লে মখোয়না রাবী শারীদো। করি রারীবু শারিবা খঙদে।

অৱাং নোংচুপ থংবদা থোঙ অমা পাল্লি। ঐখোয়গী মথক কাফমনি বাথরুমলোমদৈ। থেঙলক্লতুনা মতুগী থোঙ অতু লোনবা মতম য়োৗবকলে। থোঙতু লোনশিনখ্রে। টিম্মুলা চঙফম লৈত্রে। থোঙ হাংদোকপীযু হায়না হৌনা কৌবসু য়াদ্রে। তপ্পা কৌবদসু কনামতা তাবিদ্রে তুমথনখিবা মতম থোকপনা। অহীংতুমা মহাক চৌকিদা ফমতুনা লেনবা তারি। সুপারিনটেন্দেন্ট মিস বর্ণহামনা থেংনখ্রদি মহাক হোস্টেলদৈ তান্থোকপা রাবিবনি। মহাক মুংশা য়াম থীনা দাবীদা হঙ্গং হন্দা চংতুনা লৈরি। তানজা অতুমক্তদা ঐ মপান থোক্কে হায়তুনা কুমথৈ। থোঙ হাঙদোকপা মখোল হেক তাবদা টিম্মুলা চেনশিল্লকই ঐবু চেজেং কোনশিল্লগা হায় "নঙ থোরক্লমদ্রদি অহীংসিমা ঐ মপালদা অতুম লেল্লমগনি।"

মসিনী ছাত্রীবাড়ীগী কুমহৈ। মসিনা মসি ওইরে। মথক্তা পনজখ্রিবা থৌদোক অনীসি পংনা থোকপা নত্তে কদাচিংনি। থৌদোক রাথোক পূন্নমক খর খরতা ওইরম্ম পনজনীং ভৌবনি।

ছাত্রীবাড়ীদা ঐনা লৈরকপসি চহী অষ্টম হায়ঃিল্লক্রে। ছত্রী-বাড়ীগী যুম অসি দলান মথোল অনীনি। চেকনা মখোঙ হৌই। মথক্কু উপাক শীবনি। সাত হয়বা নত্তে। মথক জিজ্বনা কুপ্পী। উপাক্লা শীবা মথক অতুদা ঐখোয় লৈ। মখাদ লৈবা অরাংথংবা কাজাও অতুনা ময়ামগী লাইবিক পাফমনি। শিড়ি কাফম কৈরাক লৈবা কা অতুনা ময়ায় থংবা কানি। মতুদা ময়ামগী ফমফম কা ওই। মতুগা থংনবা মখ থংবা অতুনা মিস বর্ণহামগী লৈফম কানি। কা অতুগী মনীং থংবদা কাজাও অমম্ম লৈ। মতুনা চাক চাফম কানি।

ওল আসাম ব্যাপটিস্ট মিশনগী টেঞ্জররনি বিস বর্ণহাম। মহাক চহী খুদিংগী কনফারেন্স য়াওবা চৎলি। গুমিৎ কুমনি চঙবা মীফমনি। মহাক্লা চৎপা খুদিং হোস্টেলগী শো ঐঙোন্দা হেক হেক শিন্নরম্মী। শোদা নত্তে চাকথোংবা মুপা অত্না অরা অথকনচিংবা কৈথেলদগী লৈরুনবা পৈশাফাও ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। হোস্টেল অতুদা লৈরিবা মীওই জাৎ শুই। অরাং নোংপোক বাজাশিংদা লৈবা ঙাক্কনি। অবোব, মিকির, অঙ্গামী, আও, খাসী, মিজো, গারো অসিনচিংবনি। মখোয় লোইনা খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চৎপা ঙাক্কনি। বেঙ্গলী, অসামী, ত্রিপুরী, মণিপুরী খর অসিদি হিন্দু ধৰ্ম্ম চৎপনি। মখোয়গী মশীং য়ামদে। খৃস্টান ধৰ্ম্ম চৎপ। মীনা নমনা লৈবা মফমদা করিগীদমক হিন্দু ঐঙোন্দা শো শিন্নবমলিবা? হংবা য়াবা রাহংনি।

ময়ায় থংবা কা অতুদা চৌকী অমা লৈ। মতুতনি সিঙ্গল সিটেত। অতৈদি সোফা ঙাক্তনি। সিঙ্গল সিটেড চেয়ার অতুদা ফম্লি ঐ শো চবুন অমা পায় মিস বর্ণহাম শা। হোস্টেল অতুগী অশীন অরাঙ মুম্নিং হুমনিত ওইরম্ ঐনা তৌরি। হোস্টেলগী মপু ঐনা ওইরি হায়বে রাখন্দা ঐ মুংঙাইরি। চাউথোকলি মিস বর্ণহাম শারহুনা।

মিস বর্ণহাম লৈত্রিঙৈদা হোস্টেল অদুদ. লৈব. ছাত্রীশিংনা তঙাইফদবা করিগুম্বা মরুপ মপাং উনদবা য়াদবা অনদি কৈথেল কানীংলদি মহোয় ঐঙোন্দে পারমিশন লৌবা তাই। পার্মিশন পীবা মতমদা ঐনা মহোয়দা হায় চৎলু চত্তবা যাত্রা তৌবতদি খর ঙন্না হল্লকউ মিস বর্ণহাম লৈত্রিঙৈ করিগুম্বা ঘটনা অমতা থোকহন্নীংদে। মহোয়ম্ য়ানীংনা লৌই ঐনা হায়বতু। ভিজিটর লাকপা ঐ য়েংশিল্লি কোয়চৎ চৎ। খর কুইনা ফম্বা কাঙবুদদি মতম হেল্লে হায়হুনা মহোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ ঘরী য়েংঙি খুদাং ভিংথোক।

অম্সুম্না ছাত্রীবাড়ীদা মিস বর্ণহামগী অফিসিয়েটিং চার্জ মরক মরক্তা পুহনা লাকপা চহী মরি হায়জিল্লকলে। চহি মরি অসিগী মন্নুংদা খৃস্টমাস মরিরক থোকখি। থোকখ্রিবা মরিরকমক্তা মিস বর্ণহামনা ঐবু খৃস্টমাস ফাদর হেক হেক শাহল্লি। খৃস্টমাসকি কুমহৈ হেক লোইবগা মনা পী, অথুম অহাও য়েন্দুনা পীজে। মনাদি মমল য়াম্বা পীবা নত্তে। টাওয়েল মচা, সাবোন হাপ্নবা কেপ, ইনবা বোই, পেন্সিল, সাবন, অসিনচিংবনি। অতুবু তোপ তোপ্পা অমদি

পীরিবা পোৎশিং অদো অপীকপা মচা ওইরবস্থু আমেরিকাদা শাবা ঙাক্তনি।

মীস বর্ণহামনা তম্বীরকপা অমদি ঐখোয়নস্থু তমলকপা কয়ামস্থু লৈরি। থবক শুনোম্বনা ঈশ্বর ফংঙি হায়বত্থু মা চপ চানা উৎপা মুপী অমনি। লৈকোল শেংদোকই, কান্নররোইদবা মনা, মশা লৈপালদৈ কাতি পায়ত্থুনা ককথৎলি, লৈখোঙ শোম্মী ঈশিং চাইবী। নোংমা ছুটি থোকপা মুমিৎ অমদা কোকশেৎ অমস্থু শেৎলি। ঐগী থোঙজিন্দা মা চঙঙক্কে হায়বগী খুদম তেক তেক কাপ্পী। চঙংকলে, মা ঐঙোন্দা কৈমতা হায়দে। ফক্লাংদা থেৎলিবা লাই অত্থু লৌথৈ। অত্থুগা মত্থুদা পকলম্বা মিরাং উফুল রাইফুল শেংনা কম্থোকই। কম্থোক তৈথোকপা লোইরগা লাইত্থু হান্নগী মফমদা অমুক থেৎ-চিল্লম্মী। ইলেকত্রিক থাউমৈ থানবগী বলব, সেদ শেংনা শেংনা তৈথোকঅমই। মত্থুগী মতুংদৈদি ইকায়ত্থুনা ঐনা অতুম ঐগী কাত্থু তত্তনা শেংদোকচরে।

ইরুফমদা, পায়খানাদা, টৌতি কোঙিন মফম খুদিংদা কোনজিন হাংদোক্লগা ঈশিং তারকত্রদি অমুক লৈশিল্লম্মু থিংজিল্লম্মু অসিনচিংবা ইত্থুনা চে মচেৎ মচেৎ থেৎলি। মৈ থানগে হায়ত্থুনা স্থুই নমলুবা মতমদা মৈ ঙাল্লক্ত্রবদি স্থুই অত্থু ওফ তৌরম্মু হায়বনচিংবা। অত্থুনা ঐখোয়না ইরমবৈ মতুং ইন্না চৎলি। মমৈথংদদি ঐখোয়গী হৈনবী হায়বত্থু ওইখি। অস্থুন্না চোকশিনবৈ থবক অসি মানা ঐখোয়দা তম্বীরকখি। লমগী শলনা মচি শাংঙি হায়বত্থুনি। য়ুস্থানলোন ঐখোয়গী অহল লমন্না তম্বীরক্তবা নত্তে। ঐখোয়না তাবিদবনি মহোয়না হায়বা ইনবিদবৈ রানি।

নীংথমথানি মতমদো। নোংমা ঐখোয় হোস্টেলগী মমাঙ লমপাক অদুদা ফম মুংশা য়াইরি ময়াম। বেঙ্গলী মুপী অমনা ঐঙোন্দা ওনশিন হংঙকই "তোমরা ভাত খাও?" নহোয় চাক চাব্রা হায়বনি। মতুদা ঐনা শাউনীংদুনা 'অমরা ভাত খায় সব কিসু খায়" হায়না ঐখোয়না ফমলিদুগী মনাক্তা হৌরম্বা পেরুক, য়েনশীন পৎ পৎ থত্তুনা য়াদা হুকচিল্লি। শায়রগা য়োংশিল্লি। মনাকুদা থাংতুপ পাম্বী কয়া চাউদবা অমসু হৌরি। চরোং চরোং পাল্লি। খুৎনা লাম্বা ফংবা মফমদা পানবনি। ঐন। চঙশিন্দুনা চরোং অমা হেকলুরে হায়রগা তুপ তুপতুনা চায় অদুগা হায় ' আমরা জঙ্গলী মানুষ. বান্দর।"

মহোয়দি অহানবদা মণিপুরী ঐখোয়সি জঙ্গল উমং ৱামংদা পঙলৈ লৈজবা, পংচা চা পংথক থকপা শা ঙাগুম খংলম জাৎনি। মুমিৎ অদে হৌনা মহোয় ঐঙোন্দা চাবা থকপগী মরমদা করিগুম্বী অমতা হংখিদ্রে। উশিৎতনা য়েংলম্বা মিৎয়েং অদুসু হম্মখ্রে।

নীংথমথা চঙলকপদা চহিগী ওইনা ছাত্রীবাড়ী হোস্টেলদা লৈবা ছাত্রীশিংদু পিকনিক চৎলি পৈশা খায়নদুনা। অহানবা চহীদদি পৈশা খায়দুনা পিকনিক অদু ঐসু য়াউই। মথংগী চহীদদি পৈশা খায়নীংঙাই লৈত্তে হায়দুনা ঐ য়াওররোই হায়বদৈ শেনখায়গী লিস্ট পুদুনা লাকপা মুপীমচাদু ঐগী কাদৈ থোকখ্রে। পিকনিক চৎকদবা মুমিৎনি। হোস্টেলদু পুম্নলাঙ লাঙডি। খাসী মুপীমচা অনী ঐগী কাদা চঙঙকই। মহোয়না পিকনিক চৎসি হায়রে। ঐনা ঐদি পৈশা লৈতদুনা পিকনিক্কী শেনখায় পীখিদে ঐ চৎলরোই লৈহৌরগে

হায়রে। নঙগী শেনখায় পীরেনা লিস্টতা পেইড হায়না ইহৌই লাকও চৎলসে নফি নরোল হোংদোকলো। মী পুম্নমক ঙম্না বসতা কাখংনরে লাকও চৎসি হায় কন্না তকশিল্লকই। মরক অতুদা মুপীমচা অমতুনা লিস্ট অতু লৌকুরগা থাজদ্রগা য়েংঙুসে পেইড হায়না ইরিসে। উবদা ঐ ঙকখি পীমু পীদনা পেইড হায়রম্বতুদা। খল্লি কাননা ইশিনবা ওইরমদগে? কনাগুম্বা ঐব নুংশিবিবা অমনা পীবরা? নত্রগনা মহোয়না ঐ চৎলু হায় য়ানবা ইশিনবরা? ঐ ভাব তাবা ঙমখিদে। ঐ চৎলোই হায়তুনা ফিরোল শেৎলগা ফমুংময়ায়দা ফম লৈরে। ঙসিফাও শেনথাং অতুগী মরমদা অতুম খঙখিদ্রে।

খাসী মুপীমচা অনীতুই মরক্তা অমদি সেকেণ্ড ইয়ারদা তমলি-বিনি। মী পীক্লসু মশা মউ ফৈ তীক তীক লাউই। মানা চঙসিল্লক্লগা ঐবু মাই মনঙ্গলদা কোল্লু পোবিগে হায়। ঐসু মানা হায়বা মতুং তন্না কোল্লি। মানা ঐবু পোরগা রাংথ্রবা ছিড়ী অতু মথং মথং থাক্কু কুমথরগা বস থারিবা মফম অতুদা পুরে। গাড়ী মনুংদা সিট অমদা ঐবু থারে অতুগা সিট অতুদা ঐবু ফম্মু হায়তুনা ফমহল্লে। মী শুরে গাড়ী থোরো হায়নতুনা গাড়ী থোরে। চাক ঈশিং থোংনবা ঐখোয় হোস্টেলগী চাক থোংবা অতুগা লোয়নননা মালি অতুসু পুই। মাগী মতেং পাংনবা ওইবা তাই। হোস্টেলদো কনমতা লৈহৌদ্রে। মুংশা থীরকই লাকঅম্বা ফগ্রেদা ইতোমতা করম্না চাউথ্রবা হোস্টেল অতুদা।

গাড়ী কাখৎপদা ঙাইরিঙৈ ঙহাক তুমিন ফমলম্মী। গাড়ী

হেক থৌবা হৌখিবদগীদি ঐসু ফাগি তৌবা হৌরে। ময়াম ৱা ৱা নোক্নুনা চৎলি। ঈশৈ হৈবা কাওবুনা ঈশৈ শকই পালি নাইনা নাইনা। অসুম্না লাকপনা পিকনিক্কী পনথুংফম য়ৌরে। ঐখোয়গী হোস্টেলগী চাক থোংবা পুজারী অতুই মমিং পোতি কৌই। পোতি চাক থোংবা হৌগৎখরে। মালিনা ইনশাং শেমলি। ময়ামদো অমমম অনীনি হৌনা মানা মানা চৎনীংবা মায়কৈদা চৎনখ্রি। মুংঙাই মুংঙাইরবা ৱারী শার শাবতুনা। ঐখোয়না পিকনিক্কী চাক চাফম ওইদৌরি অতুদগী খরা চৎলগা খোং অমা লৈ। খোং অদো নীংথম থা ওইবনা ঈচেল খর কংনা চেল্লি। কালেনগী ঈপান থাদদি অচৌবা অপাকপা তুরেল অমা ওইরমনি। ময়ামতু চাক চাবা মতম য়ৌরক্লে ঈরুথোকসি হায়নরক্লে।

খোং অতুগী ভোর্ব্বান্দ ঐখোয় ময়াম লাক্লে। তুরেল খোঙমুং অতুদা চাওর চাওরবা মুংজাও ময়াম পীক থন্না লৈ। মখোয়তুবু থয়-দোক থয়দোক্লুতুন চেল্লি খোংগী পীক্ল ঈচেলনা। মতুদা ঈরুবা তারদি ঈচেল মচাতুদা উপ্রাক উপ্রাক্লনা হিপতুনা কুন্দুনা লুবা মক্তনা উপায় লৈতে। শোকৎনবা পাত্রসু য়াওদে। ময়ামতু হিপ হিপতুনা ঈশিং মশা মশাদা তৈরতুনা ঈরুনরি। ইশংদা নানথুত্তুনা তুবসু কোঙ্গায়নি। য়েংবদা মুঙাইবা অমা পোকই। ঐদি হোস্টেলদা লুরকলে হায়তুনা ঈরুবতু য়াওদে. পিকনিক্তু লোইরতুনা হোস্টেলদা হল্লকলে ঐখোয়।

ছাত্রীবাড়ীদা লৈরকপা চহী মরী ফাল্লিকলে। ইং ১৯৪৯ গী মার্চ্চ থাগী লেইরনদাইদা বি এ পরীক্ষা হৌগনি। ঐসু বি এ পরীক্ষা থাদৌরি। মুংশা থীবা অমগা লোয়ননা লাইরিক পারি

অহীং মুংথিল থাক্লনা। শান্তিদিনা মরক মরক্তা ঐগী কাদা তুমিন তুমিন লাক্লনা য়েংলৈ ঐ লাইরিক ঔরাইরিব্রা নত্রগা উইরিব্রা হায়বত্তু।

বি এ পরীক্ষা লোইরত্তুনা মণিপুরদা থোরকলে। খর লৈরগা পরীক্ষা হায়দোকলে। ঐগী মিং য়াওরক্রে ঐ পরীক্ষা ঙমদ্রে। হায়দোকখিবা মতুং তরেৎ নিপাননি লৈরগা চিঠি অমা ফংখি। চিঠিতু গুহাটিদেনি। শান্তি চক্রবর্ত্তীনা ইরকপনি। মহাক্না ঐখোয় ছাত্রীবাড়ীদা লৈবা ময়ামদে অহল ইওই ওইবনি। চহীদতা অহল ওইবা নত্তে। বুদ্ধি লৌশিংদসুনি। ভাবসু য়াম তাই। মহাক এম এ ফাইনেল ইয়ারনি। এম এ পরীক্ষা থাদৌরিনি। মীগী মতেং পাংবা পাম্বা মীতা ওইনম্ব তৌই। মীন্নুংশি চাউই। মানা ঐবু পরীক্ষা থাদোকখো। নঙ ঐনা হায়বসি য়ানীংলবদি থুনা জবাব অমা পীরকউ। থাবা তারবদি গুহাটিদা সেন্টর ওইনা থাগদবনি। পরীক্ষা থা অহুলোম রাংলিঙৈদা গুহাটি য়োরকউ। মিস বর্ণহামদা মানা ঙাঙনবে হোস্টেলদা ঐবু লৈহনগনি হায়রে। অতুনা হোস্টেলদা লৈবৈ ফী, পরীক্ষাগী ফীনচিংবগী করিমতা রাবা ভোগম্ব হোস্টেলদা লৈরিবা ময়াম্না থায়নরগা পীগনি হায়রে। অতুন ঐবু লাক্লবা য়াদে পরীক্ষা অমুক থাগদবনি। ঐবু ময়াম্না মুংশি হায়তুনা শোনতুনতা লৈ। রাফমসি কনাই মফমদা হায়দোক্কনসু হায়রকই।

শান্তিদিগী চিঠি ফংবদা ঐ অনৌবা অশা অমা পোকলক্লনা কয়াম হরাওই। পরীক্ষা অমুক থাবা ফংলগনি খল্লুবদা ঐ কয়াম মুংঙাই। ঐনা মণিপুরদে লাকপগী ভারা লৈত্রবসু থাবিরক্কনি

হায়বকই। শান্তিদিগী চিঠি হনগ্রে। হায়খি শান্তিদিনা হায়রকপা পুন্নমক ঐ হরাওনা য়াজবে। অমুক হন্না ময়াম উনগনি খনবদা ওন্থোকনা মুংঙাইজখরে। লাক্লবৈ শেলদি থাবিরক্রুস্নু য়ানি। ঐগী মরূপ মপাংদৈ লৌরগা অতুম লাল্লগে। অতুগা ঐনা গুহাটিদা থুংলগদবা মতম খঙহনবিরকউস্নু হায়খি।

গুহাটি অমুক হন্না চৎলে। ছাত্রীবাড়ী হোস্টেলদা লৈরে। ময়াম্না হান্নদৈ হেন্না লুনা মুংশিনা লোয়নবী। ঐহাক পূক্নীং মুংশি। থা অহুমলোম লৈবতু মুংঙাই। মিস বর্ণহামনস্নু হান্নওম অতুম লুনা চান্না তৌরি। বি এ পরীক্ষা পীরম্লে। পরীক্ষা লোইরতুনা মণিপুরদা থোরক্লে। পরীক্ষা হায়দোকলে মতুদস্নু ঐহাক ফেল ওইরকলে।

ইং ১৯৫১ গী জুলাইগী তাং অনীদা তম্ফাসনা স্কুলদা মেট্রিকুলেট ওজা ওইনা চঙলে। ইং ১৯৫২ দা অমুকস্নু বি এ পরীক্ষা থাই মতুদস্নু ফেল ওইরকই। ইং ১৯৫৩ দস্নু থাই মতুদস্নু ফেল ওইরকই। তম্ফাসনা স্কুলগী কমন রুমদা ঐ৫ ওংরকপা ওজা অমনা ঐঙোন্দা হায়খি—পরীক্ষা তোয়না চহী খুদিংগী থারগা ফেল হেক হেক ওইরকপসি মীগী মমাঙদা ইকায়। ইজ্জং মাঙনবনি পরীক্ষা থাবা তোকলো হায়না খাম্বীখি। ওজানিনা ঐ কৈস্নু খুমজবা ঙমখিদে। অতুবু পুক্নীংদদি মুংঙাইতবা অমা পোকখি লমন মচা অমতংদি খুমগে খনখি। ওজা অমা ওইনা, মায়থীবা হায়বসি মায়পাক্লবা যুম্বীনি ( Failure is the pillar of success ) কা হায়তুনা থৌগৎপীগদ্রা হায়না খনজরম্বনি। মতুগী ওন্ন তৈনবদা ঐবু য়ৈথবিখি।

ইমা ইবেম্মা কামাখ্যাদা থরাই হকচাং য়াউনা লাপ্না খুরুমজখি

অমুক্তদি ঐবু থৌজানবিয়ু মীগী মমাঙদা চাং তাদনবা হায়না। হায়জখি ইমা ইবেম্মদা ইমাগী নসাইগোন্দ লৈহুনা তাইবংগী হৌনা লোনচৎ, ইহৈ তমজবকপীনি অমুক্তদি মঙ্গল ওইহনবিয়ু ইমা। ইমা ইবেম্মনা থৌজানবিরমাল্লে ইং ১৯৫৪ দা থাবদদি ঐ বি এ পরীক্ষাহু ঙমলক্লে।

মথংগী চহীদা দিল্লীদা বিএড ট্রেইনীং চৎলি। মহুদদি অমুক থাবদা ঙমলকই। ঐ বি এ, বিএড ওইরে। ঐ মুংঙাইরে হরাওরে। নোংমা ঐবু পরীক্ষা থারুবমু হায়না পাউত্তাক পীবিথিবা ওজানা কমন রুমদা ফনহুনা লৈবা কান্দা ঐনা ময়ামদা হায়খি - অহল লমন ওজা গুরু খরগী পাউতাক ইন্দুনা পরীক্ষা থারমদ্রবদি ঐনা ঙসি ওইরিবা বি এ, বিএড হায়বা মিংথোলসি ফংলমলোইদো। ঐনা ৱাহয়সি হায়বা মতমহুন্না ওজাহুদা য়েংঙি। মহাক মমায় ঙাঙশং ঙাঙখি।

বিএডকি মতাঙদা ৱাৱী অমসু নাংশিংলকই। অহানবদা দিল্লীগী বিএড অসি মমল য়াম্না কাওখৎনা লুনা খন্নরম্মী। মণিপুরদা অনীশুব ওইন পাস তৌবকপা ওজাহুপানি। মাগী মথংদা চৎপা ওজা মুপীহু মশা নাবনৈরা করিদগীনো খঙদে পরীক্ষা পীরমদনা থোকলকখি। ঐখোয়না বিএড ট্রেইনীং চৎলমদাইদা বিএড পাস তৌরবী ওজা মুপী অহুনা শোনথাংননা হায়খি—দিল্লীগী বিএড য়াম্না লুবনি। পাস তৌবা ঙন্নদহুনা চেন্নখিবনা অয়াম্বনি। দিল্লী নত্তবা লম অতৈদা চৎপনবু ফনি। মাগী ৱাঙাংহু ঐখোয়বু দিল্লীদ চৎহন্নীংঙবৈ ৱানি।

ওজা মুপী অহুগী মমাঙদা ঐনা অমুম্মা হায়খি দিল্লীগী

বিএড মণিপুরদা মমল য়ামখ্রবা, য়াম্নস্ লুখ্রবা অসে ঐনা পাস তৌরকপদৈ মমল য়াওখিদ্রে লুখিদ্রে। ওন্থোকনা পাম্মুখ্রেদ্রা। ঐগী রাহু ত্াশিন্নদা মপান থোকখি ওজা মুপীহু।

থম্মোইগী মন্দিরদা ইমা ইবেম্মা কামাখ্যাব্ লাংচরগা থরায় য়াওনা খুরুমজখি। ইং ১৯৫৪ দা ইমানা মচাই রাবা উবিহুনা বি এ পাস তৌহনবিরকই। অতুনা ইমা ইবেম্মগী মরমদা উজরকপা তাজরকপা খওজরকপা খরদং লীজগে।

কামাখ্যা ইমা ইবেম্মসি চীংদোং মচা অমগী মথক্তা ঙানথোই-হুনা লৈ। ব্রহ্মপুত্রগী পুক্লীং হূরবা লেপতবা ঈচেলবু য়েং। হাইফেং রাংচি. ঙম্মী চীংদোং মচাহু। কারিবা যাত্রিকশিংদা কয়া কনবা মীভানো কাবা ঙমত্রা হায়বা পরীক্ষা মচা অমা লৌবনি ইমানা। যাত্রিকশিংদি কনা কনানো? অয়াম্বনা নহানি পাখও লৈশা। অহল লমনস্ য়াওদবা নত্তে য়াওই। মীওই জাৎ শুই ইমাবু খুরম্বা লাক্লরিদো। অহবু য়াম্বদি পাখং লৈশাগী মশীংনা হেল্লি। করিগীনো খল্লি অহানবদা। কাইনথংদা ভাব তারকখি মরম খঙলকখি। ইমাই অকোয়বদা লৈরিবা দৃশ্যশিং অতুননি।

কামাখ্যা ইমা ইবেম্মাগীদমক খিনবিরে চীংথক মত্তোন্দা চাউ-রবা ঈশিং কোমফু অমা। লূরবা লাঈজনা লৈরে ইথল থল। পাখং লৈশা লাকই জোরা জোরা। অহানবদা ইমা ইবেম্মবু খুরুম্মী। মথংদা চৎখি অকোয়বদা লৈরিবা উখোঙ রাখোঙ নাক্তা। রারী শাই নাপ্পা চীকনা চীকথনৈ। কোমফূগী অকোয়বা মপান মপান্দা ফম্বস্ য়াওবি। শানৈ রাবী কয়া, শেম্নরী পুন্সী লৈপুল। কয়া অমনা শবী

পন্দোল লোম্নরি। মপাম্ রি মমোমশিংনা ভৌরিদু ইমানা মিৎ কুপত য়েংলি মোমোন নোক। পেনজৈ ইমানা মপাম্ রি মমোমশিংনা ভৌরিদু উরগা। থাঙ্গেশেংবমক ইমা নঙগী নশাইগোনসে পুন্সী লৈপুল পরে লাকফম ওইহল্লেদো ইমানা। কামাখ্যা ইমা ইবেম্মনা মীওইবা সমাজদা পীরিবা দান মসিদৈ হেনবা অমা লৈত্রবনিনে তাইবংসিদা।

করম্না কাউগনি কামাখ্যা ইমা ইবেম্মবু। কাউঙমদে কৈদৌন্নুং ইমা ইবেম্মা কামাখ্যাগী মশাইগোন। ইমাগী লুরেলথক্তা পুরিবা লাইজকোনগী লুরবা লাইজ ঈশিংদা ওইরি পাখং লৈশাগী লৈপুল খয়োম লাকফম।

# ফক্লোংনা খাবা কলেজ

ইং ১৯৪৫ গী রারীনি। কুইগ্রবা। নীংশিংবা খরতং খুনগংদা ইথোকচবনি।

"নদিয়া কলেজ ফোর উইম্যান" নবদ্বীপতা লৈবা নৌনা লিংখৎপা কলেজনি। প্রমোদ ভট্টাচার্য্যনা প্রিনসিপালনি। কলেজ অদুদা তম্লগা ইং ১৯৪৪ দা ঐ আইএ পরীক্ষা পী। নবদ্বীপতা পরীক্ষাগী সেণ্টার লৈতবনা কৃষ্ণনগরদা চংলগা পরীক্ষা থাই। পরীক্ষাদু ফেল ওইরকই ঙম্মক্তে। অমুক হন্না থাবা তারি।

বনলতা সরকার নবদ্বীপতা লৈবনি। ঐখোয় কলেজ অদুগী ওজানি। মহাক কলেজ অদুদা কুইনা ওজা ওইনীংদবগুম উই। নোংমা ওজা বনলতানা ঐঙোন্দা হংঙি 'তুমি আমার সঙ্গে যাবে?' নও ঐগা লোয়ননা চৎনীংব্রা হায়বনি।

ঐনা খুম্মী. কথায়? কদায়দনো? হায়না।

ওজা বনলতানা মখা তাথরকই—ঐ টাঙ্গাইলদা লৈবা কুমুদীণী কলেজদা থবক ফংলে। মুপীগী কলেজনি। ভলব য়াম চাউই। ঐগী মরূপ স্বর্ণলতা কৌবী অমসু ঐগা লোয়ননা চৎকনি। মহাকসু কলেজ অদুদা ওজা ওইরুগদবনি। কলেজ অদু মফম অদুদা লৈবা রানাদা প্রসাদ সাহ হায়বা শেঙ্গাও পায়বা কারবাররালা অমনা লিংখৎতুনা মমাগী মমিংদা কৎপনি। কলেজ অদুদা ছাত্রী পুম্নমক ফ্রীদা তমগনি। চাবা থকপা ফ্রীনি। ফীস হল্লোই। চংথোক

চৎশিনগি ভারাফাও কলেজনা পীগনি। খুদোং চাবা পূন্নমক ফংগনি। নঙনা য়ানীংলদি ঐগা লোয়ননা চৎসি। নঙনবু চৎনীংলবদি বিনোদিণীদা ঐ হায়বিগে। মাস্থ ঐনা হায়বদা শোয়দনা য়ারক্কনি।

ফ্রীদা শেল তিংদনা লাইরিক তম্বা য়াগনি হায়বচু তাবদা ঐ কয়াম মুংঙাই কয়াম হরাওই। হায়ফম খঙদে। পূক্নীংসে মথুম মরাঙ হৌই। ঐনা হায়বিরো হায়জরে। মাইবেম্মা বিনোদিণীনসু ওজা বনলতাগা লোয়ননা ঐনা টাঙ্গাইলদা চৎপচু হরাও হরাও য়াবিরক্নে। লংফৈ চৎকদৌরে হায়বচুদা ঐ মুংঙাই পূক্নীংসু তয়াং তশোই ঈরাঙ লাঙডি।

টাঙ্গাইল হায়বসি করি লমদা লৈবগে? মফম্মা কদাইদনো?

টাঙ্গাইল হায়বা লম অসি মতম অমদা ভারতকী মন্নুং চন্না লৈরম্বা লৈবাক্নি। অদুনা মফম অদুদা ঐখোয় লাইরিক তম্বা চৎলুবনি। মতমচুদা নোংপোক বাঙ্গলা হায়না খঙনরম্বনি। হৌজিক্না মফমদো বাঙ্গলাদেশ হায়না কৌখ্রে। ভারততগী তোখায়খ্রে। তোঙানবা মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইখ্রে।

তোখায়খ্রিবৈদা ময়মনসিং হায়বা জিলা অদুগী টাঙ্গাইল সবদিভিজন অমা ওইরম্মী। টাঙ্গাইল লিমোন য়াম্না পুথোকপা লমনি। অমুৎপা ঈশিং তুংবা লম ওইবনা অনানবা পাম্বী য়াম্না থাই। লম অদুগী লৈহাওগসু চুনবা পাম্বীনি। অদুনা টাঙ্গাইল লিমোন পুথোকপদা মমিং চৎপনি। টাঙ্গাইল থোইদোক্না ছাড়ীদসু মমিং চৎলি। নোমুনা ফজবদা ফি কনবদা হায়নরিবনি।

টাঙ্গাইল চৎপা মুমিৎনি। যাত্রা তৌরে য়ুমদগী। কাটরাগী

বেলগাড়ী তোংদুনা চৎলে। কলিকাতা য়োরে হাওরা স্টেশন্দা কুমলে। বনলতাগী মরূপ স্বর্ণলতানা হাওরা স্টেশনদা ঐখোয়বু ওক্লম্মী। মহাক্কী য়ুমদ অহীংদুমা লেকলে। নোং ভানফাৎত্রিবেদগী মরূপ অনীদু চৎপগী লাওবা হোই। চৎকদৌরি খোঙচৎ অদুদা পুনবা অচাপোৎ ময়াম অমা লাওডি। লম্বীদা চানবনি মহোয়না লাওলিদু। শগোল গাড়ী অমা অয়ুক পুং ৭ তাবৈ অহুরাইদা খোঙ্গালদা থারে।

শগোল গাড়ী অদুদা ঐখোয়না পুগদবা মাল চাং, উপু মুংবু বেদিংনচিংবা হাপকৎলে। ঐখোয় অহুমমু কাখৎলে। গাড়ী থোরে চৎলে। খরা চৎলগা শগোল গাড়ীদু হোটেল অচৌবা অমগী মপাদা থাম্মী। স্বর্ণলতা গাড়ীদে কুমথদুনা হোটেল মনুংদা চঙখ্রে। থিন্দনা মথুম চেৎনা থুম্বা উয়াল অচৌবা অমা পায়দুনা থোরকই। বনলতানা ওকই উয়ালদু। মহাক গাড়ী কাখৎলে। অদুদে সিয়ালদাহ তম শগোল গাড়ীদু কল্লা থোই। সিয়ালদাহ য়োরে। সিবাজগঞ্জগী বেল গাড়ীদু থাদোরে হায়দুনা স্টেশন্দু মীনা কুক কুক ইম্নে। হঙ্গৎ হন্দা, মনীং মমাঙ কোয়চেন চেম্নে। মরক্তুদা ঐখোয় অহুমমু মাল চাং পুরকপাদু গুনা গাড়ীদা হাপকৎলে। সিরাজগঞ্জগী মেল গাড়ীদা ঐখোয়মু কাখৎলে চৎলি টাঙ্গাইল তম।

স্বর্ণলতা মশা কৈ। ফুরৈনে মশাদু তীক তীক লাউই। বনলতাদি উরুমহন্নাই মতোন্নি। স্বর্ণলতাদি মশাদো লিংঙি মথীক মথা কৈ। মখোয় অনী অরে অরেবা য়ারী পুথোরুদুনা শানৈ। মুংভাইবা মতাংদা শিথ শিথনা নোকই। ঐনা মহোয় অনীগী ভাবক ওই।

রেল গাড়ীগী তাম্থা নাইনা গদক গদক লাউবা মখোলদুনা গুমবগুম তূমনীংবসু ফাওরকই। উই উইদুনা চংলি। মিকপ থোকপদা মরক মরক্তা রেলগী থোংনাওদা মহৌশাগী ফজবা দৃশ্য য়েংবা মুংঙাই মিং পেল্লি। অয়ুক পুং নিপাল মখাইদগী তোংলকপা গাড়ীনি। মুমিং য়ুংবা মতুং পুং অমারোম তারকপা কান্দা মখোয় অনীনা "ন্নারীদা মুংঙাইমনখিদুনা চাবা থকপা পুমকাউ হেক কাউথোকলুরে" হায়দুনা অগাপোৎশিংদু মখোয় অনীনা লৌথোরকই। অদৈ ঐখোয় অহুম চাবা হৌই।

স্বর্ণলতানা ঙসাই অয়ুক হোটেলদৈ পুরকপা উয়ানদু লৌথোক চেৎনা থুমজিল্লিবা মখুমদু হাংদোকই। সোমদা বনলতানা পুরি, আচার সবজী, লৌথোরকই। উয়ান অদুদৈ ঙা মপুম অচৌবা অথোংবনি অমা পায়খৎলকই। পুন্সীদা ঙা অচৌবা মপুম ওইনা থোংবা উবসি মদুনা অহানবনি। ঙাদু মবুক হোগায়রগা মখোয় মরীন ফত্তবা মখৈ লৌথোক্লগা মরু মরাঙ, মরোই মপাং হীংনচিংবা নমশিনলগা পুম্না চৌরগা থোংবা মাল্লি। ঐখোয় অহুম্না ঙাদু শেৎ শেৎতুনা তলনা য়োম্লগা চায়। কয়াই মতীক হাউই। মরক অদুদা আচারসু হূকচিল্লিবনি। মহাওদু হৌজিক নীংশিলুবদা তিল চো-রিবনি। পুক পীক থম্না চারে। চাবা তোক্লবদা পুক থল্লবনিনা তূমনীংবা ফাওরক্লে। থোক থোক চিংন্রে উইনরে।

মিকপ থোরকপদা সিরাজগঞ্জ হিথাংফম য়োৌরম্লে রেলগাড়ী। রেলগাড়ী থাম্লবদা ঐখোয় বুমথরে। পুরকপা ঐখোয়গী পোৎ লোইনা লৌথরে। তহা তহা জহাজ তোংনবা হোৎনরে। জহাজ

তোংলে। ঐখোয়না জহাজ তোংবহ্ন ফনা থেঙলে। হ্নমিদাং পূং তরামথোই তারে জহাজ অহ্নুনা খোঙ শানবহ্ন। অহীং অহ্নুমা জহাজ মম্নুংদা চৎলি। ম্নুংঙাইনা তুমখুল হুন্না তুমহ্নুনা জহাজগী ন্নুংঙাইববা ফজরবা ফমুং অহ্নুদা। নোং ঙাল্লকপদা ঐখোয় মিকপ থোকলে। টাঙ্গাইল য়োরমলে। জহাজদৈ ঐখোয় কুমথরে।

শগোল গাড়ী তোংহ্নুনা চৎলি। কলেজ য়োবে। ঐখোয় গাড়ীদৈ কুমথৈ। কোয়েং য়েংঙি কলেজ কদায়নো হায়না। কলেজ মানবা বাঙ্গালা অমতা উবা ফংদে। ঙকচানৈ। ঐনা কৃষ্ণনগবদা হাকুম অহানবা আই এ থাবা চৎপদা উরকপা কলেজ অহ্নুদি ফজৈ চ্যেকনা শাবা দলাননি রাংঙি। নবদ্বীপতা লৈবা বিদ্যাসাগর কলেজগী ব্রাঞ্চ অহ্নুস্নু পাক্কানি চ্যেকনা শাই। ফজৈ তমফমশঙদা তমফমশঙ মাল্লি। মহৈগী মবেম্মা ইমা স্বরসতীনা লেঙশিল্লকদবা য়ুম্মক মাল্লি। ঐখোয়না কলেজ য়োরে হায়হ্নুনা কুমথরিবা মফম অহ্নুদা লৈবা য়ুমশিং অহ্নুদি কলেজ মানবা অমতা য়াওদে। থোঙ্গালতদি কজৈ চঙখোল্লি। য়োৎকি বারনা পানবা থোঙ্গালনি। সো অচৌবা অমনা গেট অহ্নু লোল্লি। চৌকিদার অমনা থোঙ্গালহ্নু পান্নহ্নুনা ঙাক শেন্দুনা লৈ।

গেট হাংদোক্লে লৈরম্বা চৌকিদার অহ্নুনা। পোৎ চৈ হোন-জিন্নবা মা অমা অনীস্নু থোরক্লে। পোৎশিং অহ্নুগা লোয়ননা ঐখোয় মম্নুংদা চঙলে। মম্নুং অহ্নুগী লমহ্নু ওখাক চাউই। অকোয়বহ্নু জিঙ্ঘনা থুংনা খাজিল্লি। ফাংলিবা হায়ববু থোঙ্গাল ওইরিবা গেট অহ্নুতনি। গেট অহ্নু লানশিল্লদি উপু মম্নুংদা লৈবগা অম্মানি। পোৎশিং অহ্নু

মফম অমদা পুলপনা পৈশিল্লম্নগা থনম্মে। মীয়ায় চল্লবী মুপী অমা থোরকই। ময়াম্না মাসীমা হায়না কৌই। ওজা বনলতাগা, ওজা স্বর্ণলতাগা মাসীমা অদুগা লোয়নদুনা কলেজ অকোয়বদু চৎ চৎতুনা য়েংলি। ঐস্মু মখোয়গী মতুং ইন চৎলি। জিজ্ঞ খারিবদুগী য়ুথ্বী-শিংদু চাউনা চাউনা য়ুংডি অদুগা য়োৎপী অচৌবনা ঙাকস্ত য়েশিল্লি। জিজ্ঞ অদুস্মু হাইফেৎ রাংঙি। মীনা য়েংবা উদনবা য়োৎপীদুস্মু শৎতোকপা ঙমদনবনি হায়।

ঐখোয়না কোয়চৎ চৎ য়েংলিবদু মাসীমানা লমজীংঙি। মাসীমা হোস্টেল অদুই অশীন অরাঙ ভৌনবনি ফম্না মেত্রোননি হায়। ইহান হানবদা কলেজ অদুগী প্রিন্সিপালগী কা য়েংঙি, মথংদা ওজা ময়ামগী কা কমন রুম, ছাত্রীশিংগী কমন রুম, লায়ব্রেরী, ক্লাস ভৌনবা কান-চিংবা মথং মথং য়েংবা লোইরে। শম্না হায়রবদা কলেজগী শরুক অয়াম্বা য়েংবা লোইরে। মথংদা ওজাশিংনা লৈনব কাটরনচিংবস্মু য়েংলে। অদুদৈ ছাত্রীশিংন লৈনবা হোস্টেল অদোমদা চৎলে। হোস্টেলদো ই মওংদা শাই। কলেজগী লাইরিক তমফম শঙ অদোমদা মমায় ওনশিন্দে। হোস্টেলগী অকোয়বদা লৈরিবা লম্পাক অদুদা শান্নফম শেম শেমদুনা লৈ। হোস্টেলদু কা ২৫ লৈ। সিঙ্গল সিটেট ৫ ডবল সিটেট ১০, ফোর সিটেট ১০ নি। বিএ তম্বা কাওবুনা সিঙ্গল অমমুং দখলদা, অদুগা ফোরদনা আই এ তমলিবা কাওবুনা লৈনবনি হায় মাসীমানা।

মথংদা য়েংঙি চাক থোংফম, চাক চাফম শঙ। শাংনা শাবা য়ুমনি। কাজাও অমন' চাক চাফমনি। কা অপীকপা অদুনা চাক

থোংফমনি। চাকশঙ কাগা থংনবা কা অতুনা অচা অথক চেঙ হরাই, ইনশাং নাপী থন্নবা কানি। অরোইবদা লৈবা কা অহুনা মাসীমাগী লৈফম কানি। মাসীমা কাহুদা লৈ।

অদৈ ইরুজফম কা, পায়খানানচিংবা য়েংলে। ইরুফম কা তবানি পায়খানা কা তবানি। প্লেনসিটনা খায়, থোঙস্থু প্লেনসিটনা পাল্লি।

য়েংবা লোইরবদা ছাত্রীশিংগী হোস্টেলগী কা অমাদা ঐগী লৈফমনি হায়তুনা পুশিনবী। ঐগী পোৎচৈ পূন্নমক কা অতুদা হোনজিল্লে। অতুদা ঐগী ফমুং হান্না থানবা হোৎনৈ। কাংথোল অতু য়োৎকিনি থৌরী লোনবীনি। ফিগী পতিনা লোনবা অমোনবা হিপ্পা মুংঙাইবা জাৎ অতু নত্তে। কাংথোলদা লোল্লিবা থৌরীতু অচৌবনি। মোম্পাক খরা থাদ্রবদি হিপ্পদা নাদৌরিনি থৌরী মফম লৈদৌরিনি। ঐনা নবদ্বীপতগী পুরকপা মোম্পাক মচাতু থাবদি মোম্পাক মথক্তা থৌরী মফমতু উই। লাইরিক ঔরাইনবা টেবল অমা চৌকি অমা পী। লালটেল অমা, পরা অহুম চনবা লীকলি অমা কেরোসিন থল্লা হাপ লারৈ টিন্না শাবা অমগা মাসীমানা ঐগী শিজীননবা পী। কেরোসিন্দু লোইথ্রবা মতমদা মাসীমাদা অমুক হায়রকউ হায়রম্মী।

কলেজ, হোস্টেল, চাকশঙ পূন্নমক চাতাই হায়বদি ফকলোংনা খাই। নিংথম থাদদি অইঙবা মুংশিৎ রাচেৎকি অহোবদা লিংশ-ল্লকই। কম্পাউণ্ড চাউবনিনা অতুই মথক্তা লমহাং ওইবনা য়াম্না ইঙডি। কালেন থাদদি পুরকপা কাম্থা, কম্বল লোইনা মোম্পাক মথক্তা থাজিল্লগ হিপ্পি। অহৃবু মতু নীংথম থাদদি য়াদ্রে নীংথম্বনিনা।

ফৈজুপ য়াওদবা য়ারক্কে। ঈ্বাফমতু মাসীমাদা ঐনা হায়। নোংমা নীনি লৈরগা মাসীমানা মোম্পাক মচা অমা লৈরিরকই। অতুগা ঐঙোন্দা পীরম্মী। অসুম্না নীংথমথাতু লেনখি।

লাইরিক লাইগু তম্বদি কমদোই। অনৌবা লিংখৎপা কুই-দ্রিবগা ওইবনে মীগা কয়া য়ামদবনিনা মমুৎ তানা ফজনা তম্বী। লাইব্রেরীদা চঙলগা লাইরিক চাং নাইনা পানৈ। খঙদবা লৈরগসু কেমপাস অমগী মনুংদা ওজাসু ছাত্রীশিংসু পুন্না লৈমিন্নরবনিনা হংঙি ওজাশিংনা হরাওনা তাকপীরকই।

চাবা থকপদি কমদোই? নোংমগী মনুংদা অয়ুক্কী চাকলেন নুমিদাংগী চাকলেন অনীমক্তা ঙা থোংবা মথেল অমমম পী। হৱাই থোংবা, ভাজা নত্রগা সবজি তত্তনা পীজে। চা অনীরক পীথকই অয়ুক অমুক নুংথিল নুমিদাংৱাইরম অমুক। অয়ুক্তি তল নত্রগা মুরি নত্রগা চেঙপাক য়াউই। চাক চাবনা চাকচা ফান্দা ফম্লগা লৈমায়দা পুখম থম্লগা চাবা অতুনি। ঐখোয় মৈতৈনা চাবগা য়াম মান্নে। ঠাকুব অমনা থোং থাকপা য়েনবা তৌই। ঙাতোন, খাবক মানবা ঙা, মদো রৌ মচা ওইরম্বসু য়াই, ঙাসেফ অ্োবা ঙাক্রান-চিংবা ঙানি। থে'ংবা মথোংদি বেঙ্গলীগী মথোংনি। পুন্ন' থোংঙি। হঙ্গাম মরু তকখায়রগা মহী ওইহনবী অতুগী মথোংদনা নম্না থোংঙি। য়াম হাউই। নোংমনা ইলিস, নোংমনা কাটলা, নোংমনা রৌ অপুমনা ঙা মশক হোংনা হোংনা থোংঙি। মণিপুরগা চাকচা ইথক মান্নে। পালুকাবিকাদি শাংঙি, চাউই, মপোপ ফজে। চাবদসু

হাওবা জাংনি। মনা মশীংস্থ ফৈ হোঙই। মরাঙ কায়না অচা অথক পুন্নমক ফংভি।

চাক চাফমদা অমদি চাকলুক্তা ঐনা করি তৌবগে হায়বদু অমুক লীজগে। ঐখোয় পরেং শানা ফান্দা ফমহুনা চাক চায়। ঠাকুর অহল অতুনা চাক ইনশাং য়েল্লি। মৈতৈগী উৎসব মেলাদা বামোননা য়েনবগুম। অহল ঠাকুর অদু লুগুন থাংভি। উরীক্তি শিবা উদে। ঙা থোংবা য়েল্লকপদা ঐগী পুখমদা হেক হাপ্পদা ঐনা ইমান্নবী ময়ামদু উড্রিঙৈ ঙাদু চাক খোৎচিন্দুনা খুমজিন লোংলি। ঐগা থংননা ফম্বী ইমান্নবীশিংতুনা হায় "ঠাকুর মাগী ঙা চিৎথরম্মে।" মদু তাবদা ঠাকুরনা ঙাদু খাবৈ অমগা হাপলম্মী। হেক হাপ্পগা লোৎলিবা ঙাদু লৌথোকই। অদুম তৌবা মুমিৎ মুমিৎতা ঐ ঙা অনী অনী চায়। মসি মরক মরক্তা তৌবনি। মুংতিগী তৌবদি নক্তে। ইমান্নবীশিং অতুনা মাদি চালাক য়াম হৈ হায়তুনা নোকই। শাউবদি তৌদে। কনাগী করি ঋাংপগে হায়দু মাসীমানা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংভি। ঐগী ইনাক্তা মাসীমানা চঙলক্লগা হায় "তুমি ভীষন চালাকি মেরে।"

পায়খানাগী কুম্মৈ অমুক তমজরগে। পায়খানা কা তরানি। খ্বাংমুক অদুম ওইগদরা রাংনা ফম্বাক ফজনা হাই। প্লেইনশিটনা খায় প্লেইন শিটনা থোঙ পাল্লি। মশানা টিন ঙাক্তনিনা মখোল হৌবা তাবনি,। মুমিদাংদা পায়খানা চঙবা তারবদি মাই মাই লালটেন পুনগদবনি। অমা অনী হৌনরগা লেপনৈ। নোংমা মুমিদাং অমা ঐ পায়খানা চঙভি। কিগন্দে ঐ ইতোমত্তা চংলি। ঐনা

চঙলবা মতুং ঙহাক লৈরগা ছাত্রী অনী অহুম রারী শার শারতুদা পায়খানা রোমদা লাকই। মখোয়না রারী শাবা, লাকপা মখোল তায় ঐ। মহোয়গী মখোল তাবদে ঐগী থাউমৈ মৈঙাল পীকনা উদনবা লয়থে। মৈঙাল কৈমতা উদ্রে। মহোয়না খব নকশিল্লক্লবা মতমদা ঐনা ফক্লাংদা দোং দোং থীল্লি। মুদাং ওইবনিনা ভিজ্ঞ থীনবগী মখোলদো হৌন। তাবে। মখোলতু তাবদে পায়রি পায়রিব' লালটেন অতু ঙম্না লংশেক্লমতুনা "ও মাগো, মাগো" হায়না লাউর লাউরতুনা চেন্নথ্রে। অতুগা মাসিমাদা তমলুরে। রাফমতু তমলিউদা ঐ পায়খানাদে থুনা থোরকলে। অতুগা মাসীমাদা ময়াম্না কোয়শিন্দুনা পাউ তম্নরিবা অতুদা ঐস্তু য়াওশিল্লে।

ময়াম হৌনতুনা মাসীমা, ঠাকুর, চৌকিদার পিয়নচিংবা য়াওনা চৈতুপ অমমম পায় ছাত্রী ময়াম্না তুং ইন চং পায়খানাগী অকোয়বা কোয়না চংতুনা য়েংলে। মী লাক্লমবৈ, হুরানবা চঙবগী খুদম অমতা উবা ফংদ্রে। কম্পাউন্দ অকোয়বতু থুংনা চংতুনা য়েংলুরে অতুগা হল্লকলে। ছাত্রী ময়াম্না হায়নখি ঙসিগীসি ভুতনিদা ভুত ওইরমনি। ভুত ওইতুনবু কৈগুম্বা খুদম অমতা ফংদ্রিনি। ময়ামতু কিনতুনা অনীনী অহুম অহুম পুন্না পুন্না হিপনিম্নখি অগীংতুমা। রাফমতু ঐনা তৌবনি হায়বদো অতুম হায়দোকখিদ্রে।

ঐখোয়গী হোস্টেল অতু ঙখাক চাউই। কাংথোল অনী থাবা য়াবা কাশিংতু মভাই ওইরম্না লৈ। কম্পাউণ্ডগী ফেন্সীংগ খব নক্লবা ক্লা অমা য়াউই। কা অতু ছাত্রীশিংনা কিজৈ হায়তুনা অমতা লৈয়ু হায়বা য়াদ্রে। মরম করিগীনো হায়বস্তু কনামতনা খঙনদ্রে।

মাসীমাদা ঐ লৈজরগে হায়রে। ঐনা মাসীমাদা লৈগে হারুবৈ মরমদি কা অহু করিগীদমক ছাত্রীশিংনা কি হায়রিবনো মরমতু খঙ-নীংলুবদৈনি। মাসীমানসু ঐনা হায়জবতু য়াবিরে। কা অহু কাংথোল অনী থাবা মী অনী লৈগদবা কানি। ঐ ইতোমতমক লৈরে। কনাসু ঐগা লোয়ননা লৈসি হায়বা য়াদ্রে। মুমিদাং ওইরক্লকুনা মী পূম্নমক তূম্না হিপনবা, মতমনি। পূং ১১ তাবা অহু-রাইদনি। পাখং মচা অহুম মরী ঈশৈ জাৎ শুনা শকলি। ফেন্সীং রাংমদা লৈবা লম্বীদা হুঙ্গৎ হুন্দা চৎ। ঈশৈদো নীংশিংলি কাউদ্রি হৌজিকসু। মখাগী পরেংসিং অসিনী মখোয়না শকখিবদো—

হরি হে মাধব, কত দিনে একা সুয়ে থাকিবো
তোমায় লাগিয়া শারা নিখি যাগিয়া থাকি ॥

ঈশৈ শকখ্রবা মতুং ঙাহাক লৈরগা পানকটি অশাংবা অমগী মতোন্দা চিঠি অমা য়েপলগা থোংনাওদা ইনশিনলকই। ঐনা পানকটিগী চৈ অহু চিংশিল্লি। চিঠিতু লৌথোক্লগা ফাক্তোকুনা পাহুনা য়েংঙি। মখোয়না শকখিবা ঈশৈতুগী ময়েক্কুমক ইরকপনি। পাখং মচাশিংতু চৈ চিংশিনখিবা অহুদা মখোয় হরাউই নোক নোক্কুনা হনখি। ঙহাক লৈরগদি তুমিন লৈগ্রে। মফমদো উন রাইমুক চীকখ্রে কৌজেং হরৌগী মখোল নত্তুনা। থেঙজিল্লক্লবনিনা ঐসু অহুম তুমথগ্রমাল্লে।

মুমিং অহুদা ভাব তাখি কা অহুদা ছাত্রীশিংনা লৈবা কিবগী মরমদো। নোংঙাল্লগা মাসীমাদা ঙরাং মুমিদাংগী রারী পূম্নমক তম্মী। মাসীমা ঐগী রারীদো তাবদা ফাক ফাক নোকই। অহুদৈ

ঐনা কা অতুদা অস্নুম লৈরগে হোংদোক্লরোই হায়বদা মাসীমানাস্নু হন্নাওনা ঐনা হায়জবতু য়াবিরে। কা অদো ইতোমতগী ওইরে।

নীংথম থানি। নোংমা মুংথিল অমা ঐবু উনবা অহল অমা লাকই। পাউতু মাসীমানা পীরকই। কনা ওইরিগবা হায়না শোন শোন্দুনা মপাল থোকই। হোস্টেলগী শুমাঙ অতুদা মকোই চোম্বা অহল অমা চৌকি অমদা ফমদুনা ঐবু উনদৈ ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐনা মাবু হেক উবমক্তদা নমস্তে তৌই। মাসীমানা ঐবুস্নু চৌকি অমা থারগা অহল অদুগী মনাক্তা ফমহল্লি। অহল অদুনা য়া হৌদোরকই—

"ইবেম্মা নঙলা মণিপুরদৈ লাকয়ে হায়বা মৈতৈ মুপীদো ?" ঐনা "মাগ্নি" হায়না খুম্মী। মহাক্না মথা তাথরকই "যামিনী সুন্দর গুহ হায়দো নঙ তা লাকপ্রব্রা ?" তাজরে হায়না ঐনা খুম্মী। "মদো ঐনি। ঐ জোনস্টোন স্কুলগী হেদ মাস্টর ওইরম্মী। ঐগী ইয়ুম ঐগী পোক্লফম লমদম টাঙ্গাইল অসিনি। পেন্সন ফংলবা মতুংদা ঐগী ইরমদা অমুক হল্লকপনি ঐনা মণিপুরবু য়াম্না মুংশিবনিকো। ঐনা মণিপুর হেক থাদোকপদৈ ঐ মৈতৈলোন ঙাঙবা ফংভ্রিদো। মৈতৈলোন খঙদবা বেঙ্গলীদা করম্না মৈতৈলোন ঙাঙগনি ? নঙগা ঙসিদি মৈতৈলোন লোম্নগে, ঙাঙনরুগে, হায়দুনা লাকলিবনে। নঙবুস্নু উননীংঙে মৈতৈ মুপীনি হায়বদুদা। অতৈ থবক অরুবা অমতা লৈতে। নঙগা উনদুনা মৈতৈলোন ঙাঙনবা ফংবসে ঐ য়াম মুংঙাই। মণিপুর নীংশিংলদুনা করিনো খঙদে ঙসিদি ঐগী পুক্লীংসে ইনৌ নৌথ্রেকো।"

অতুদৈ ওজা যামিনীনা মানা তম্বীরকপা ছাত্র ময়াম্মা মাদি কমদৌরি, মান' কমদৌহৌরি হায়ত্বনা হংঙি। ঐস্‌ু ওজানা হংলি মথৈত্ব খঙবা য়াওমথৈ খুম্মী খঙদমথৈ খঙদে হায়। অস্‌ুম্না পুংমুক রারী শান্নববা মতুংদা ওজা অমা ওইনা, অহল অমা ওইনা পাউতাক কয়া পীরম্লগা, নঙ লাইরিক পাহৌরো ঐ চৎলগে হায়রম্লগা ওজা থোকখি। মখোঙত্ব য়াম্না তপ্পা তপ্পা থাংত্বনা থোকখি। অহল ওইরক্ল ত্বনা মশা শোন তৌবনি খন ঐনা ওজাবু মিৎ কুপতন য়েং লৈহৌই।

কুমুদিণী কলেজগী চহীগী মনা মথুম য়েনথোকপা ঙুমিৎনি। ঈশৈ নোংমাই. জগোয়, লীলামচা ফেন্সি ড্রেশনচিংবা কুমহৈ য়াম তৌদৌরি। কলেজগী ফাওন্দর রানাদা প্রসাদস্‌ু লাকনি। ছাত্রী পুম্নমক মথুম মরাঙ হৌই। অরৈ অরৈবা ফিরোল পুথোকনৈ য়েংনৈ অমগা অমগা ছারী মচুগা ফুরিৎ মচুগা চানবর়া য়েংনরি। কেনৈ, থানৈ, য়েক্লৈ, তয়নৈ, মানা মানা ঙম্বা চাংদা। ময়ামত্ব টাঙ্গাইলগী ছাড়ী চপ মান্নবা শেৎসি ঙাওনৈ। নোংপোক বঙ্গগী মগুংদা টাঙ্গাইল সাড়ীদ মমিং চৎপা লমনি। ফজে কল্লি হায়ত্বনা টাঙ্গাইলগী সাড়ী হৌজিক হৌজিকস্‌ু মীয়াম্না পামনরি।

গীতা সীতা মচিন মনাওস্‌ু রবীন্দ্র সঙ্গীত সোলো অমগা ত্বয়েট অমগা শরুনি। মী খুদিংমক কলচরেল পোগ্রামদা শরুক য়াগদবনি হায়না প্রিনসিপালনা হান্নবা হায়খ্রবনি। ঐদি করি তৌগনি? করি প্রোগ্রাম উৎত্বনা শরুক য়াগনি? জগোয় ঈশৈ হৈবস্‌ু নত্তে। খল্লি করি তৌসিগে হায়না। খনমথৈ খল্লগা ফেন্সি ড্রেস য়াওরগে লেপলে। থৌরাং তৌববুদি কুইরবনি ফেন্সি ড্রেস য়াওগে হায়রবসে।

য়াওদবা য়ারগনা তোক্কে খনবনি। থোক্কবা য়াদ্রবনিনা য়াওবা তারে। আয়েসা কৌবী মশক ফজপ্রবী অমা ঐথোয়গী ক্লাসতা তম্মিনৈ। মহাক দিসিগী মচানুপীনি। হোস্টেলদা লৈতে মহাক। মঙোন্দা পাঙল টুপি অমতা পুবিরকউ রাইগদবনি হায়খি। মহাক্না টুপিহু পুবিরকঅগদি গীতাদৈ সাড়ী অমা লৌরদি অহুগা গীতাদা হায়হুনা পুময়াৎ অমনবা অমা রাইরদি ঐগী পোষাক শুরে ফেন্সি ড্রেস য়াওবা য়ারগনি। ঐনা ৱারম পুন্নমক গীতাদা হায়রে। গীতাদৈ সাড়ী অরাংবা অমা লৌরে। মানা লোইনা শীনবিরে। মাসীমাগা কৈথেল হেক হেক কামিন্নবা মুপা অমা লৈ। মহাক্ক কৈথেল কাবা খুদিংগী পুবা কেরোচিন টিন অহাঙবা খর লৈ। মঙোন্দৈ টিন অহাঙবা অমা লৌরে। আয়েশানা টুপিস্নু পুবিরকলে। পোষাক শুরে ঐ হরাওরে।

ফেন্সি ড্রেশকী আইটেম য়ৌরকলে। থোরকও হায়না কৌ-থোরক্লে। ঐনা গীতাদৈ লৌবা সাড়ী অরাংবহু ময়ায়দা থুপচিল্লগা লুঙ্গী ওইনা শেংলে। গীতানা রায়বিরকপা ফুরিৎ অমনবা অহুমা লিংশিল্লে। অয়েসানা পুবিরকপা টুপিহুমা কোক্তা উপশিল্লে। অদগী সীতাগী অনোক অমুবা অহুমস্নু উপশিল্লে। খদাংদা হামোক অয়শিন্দুনা কৌই মান্নবা য়েকলে। অহুগা কেরোসিন টিন অহাঙহুমা পায়শিন কেরোসিন য়োনবা শাহুনা থোক্লে। ফেন্সি ড্রেশ য়াওরে। অয়েংবা ভাবোক পুন্নমক শকখঙদহুনা ঙরুরে। অনোক অহু লৌ-থোক্লবা মতমদতা শক খঙখি। ফেন্সি ড্রেশ অহুদা ঐনা মকোক তাহুনা মনা ফংখি।

পরীক্ষা নকশিল্লক্লে। মী পুন্নমক লাইরিক কন্না কন্না পানৈ। ঐস্লু পাই। লাইব্রিক লৈনদবা য়াওরস্লু হোস্টেলদা পুল্লপ লৈমিন্নবনিনা ল্লাইথোক ল্লাইশিন তৌনত্নুা পানৈ। অস্লুম্না থা অমরোম হৌখরে। শেল্লাও পায়বা কারবারল্লালা রানাদা প্রসাদা হায়বা মুপা অত্নুা ঙমদবা লৈতে। মানা হোৎনবদৈ কুমুদিনী কলেজ পরীক্ষাগী সেণ্টর অমা ওইরে। কলেজ অত্নুমক্তদা ফমত্নুা ঐখোয় পরীক্ষা থারে। পরীক্ষা লোইখরে।

পরীক্ষা থাপ্রবা ছাত্রী মখৈ ময়ুম ময়ুমদা হন্নবা থৌরাং তৌনরি। অনকপদা লৈবা কাঙবুদি পরীক্ষা লোইবা শুমিৎতা অত্নুম ময়ুম য়ৌখিবস্লু য়াওনৈ। ঐস্লু টাঙ্গাইল থাদোকলম নবদ্বীপতা হনবা তাপ্রে। হোস্টেল অদো ইরাও লাঙডি। অমগা অমগা ঠিকানা লৌনৈ। মাই মাই ডাইরিদা ইশিন্নৈ। হায়নৈ হেক য়ৌবক্না চিঠি ইরকউ। শোয়দনা কো ইরকউকো। লাউনৈ ময়ামদো। মখোয়ত্নুবো থাঙ্গৈশেংনমক ইনরমগত্রা ? ঐ ইশানা ইগনদরনিনা ঐ কয়া থাজদে।

টাঙ্গাইল থাদোকলমদাই মতমদনি। ঐহাক চৎকদগী শগোল গাড়ী কাথৎলে। ঐবু থিনদোরকপা ময়ামদো পরেং শানা লেপলি গেট ময়াদা। ওজা বনলতা, স্বর্ণলতা, ওজা প্রিনসিপাল লুপ্রাবী ফিঙৌ শেৎপী, মাসীমা, গীতা সীতা মচিন মনাও, অনী অসিনচিংবা গীতা সীতা মচিন মনাওদি হয়েং চৎকনি। মখোয়গী মবুং লাক্নুনা লৌরনি হায়। ঐনা ঐবু থিন্দোরকপদা ঝী উবদা মাবু খঙনীং নীংশিংলকই ময়ামদা বকসিস পীবা মতমদা মাদি লৈরমদত্নুা পীগহৌদে। গাডীদৈ কুমথরগা ঐনা ঐগী বেগ হাংদোকই লুপা

অনীচংপী অমা পী। মানা পৈশাহ্নু ঐগী খুংভগী লৌরগা নমস্তে তৌরকই। মাস্মু ঐস্মু বিদায়গী মতম ওইবনা বা ঙাঙথোকপা ঙম্ন-খিদে কপ্পীংবনা হেনজিল্লকই। মানা "দিদিমনী চংলোকে।" হায়বা নত্তুনা কৈমত্তা হায়বা ঙমখিদে।

ঐহাক শগোল গাড়ী অমুক কাখংলে। মম্নুঙদা কল্লে। ময়াম্না ঐবু বিদায় পীরক্লে। মাসীমাগা কৈথেল কাবদা হেক হেক লোয়নবা পিয়ন অহুনা ঐবু সিরাজগঞ্জ হিথাংফম ফাও থিনগদৌরিবনি। ওস্তা বনলতাগা মাসীমাগনা মঙোন্দা ঐবু তেকত্তা কায়দনা নীংথিনা পুবিনবা য়াম্না মুন্না শিন্নরকই।

ঐখোয় অনী শগোল গাড়ীহু তোং সিরাজগঞ্জ পাং চংলি। লম্বীহু ফনা শাংডি ইয়ৌ য়ৌদে। শগোল গাড়ী মম্নুংদা হৌগ্রবা টাঙ্গাইলদা লেল্লকপা পুন্সী নীশিং নীংশিং মিংতৈ পি শিন্থরি। ঐনা কলেজ হোস্টেল থাদোকলমদাই কলেজগী গেটতা পীনা মমিংতৈ মপি মতুম মতুম শিন্থনা ঐবু য়েংহুনা লৈহৌবা মা ঐ কৈস্মু থোক্লদে। মতম থরত ভিন্নবনি। অহুবু থম্মোয় থম্মোয়গী মরীদি কনানা থদংপা ঙমগনি। নীংশিংলকই মানা ঐবু অহানবা হেক উনবা মতমদা হংখিবা "দিদিমনী নঙ কদায়দগী লাকপনো? বাঙ্গালা লৈবাক অসে নঙগী পোক্লফম লম নত্তবরা?"

"ঐ মণিপুর হায়বা লমহুদা পোকপনি। হৌজিক হৌজিক্ল নবদ্বীপতা লৈ। ইহৈ তম্বা লাকপনি। মণিপুর বাঙ্গালা লৈবাক্তগী য়াম থাপ্পা লৈবা লৈবাকনি।"

"অহুননি দিদিমনীনা ঐনা ঙাঙবা ভাব তাক্লিবা।"

''ভাব খর খরদি তাই খণ্ডি নওনা ওাওলিহ্। অহুদা রাহয় খরদি অর্থ খণ্ডবা য়াউই অতুননি। ঐ নবদ্বীপতা চহী ২/৩ শুরে লৈবা। বাঙ্গালী হাইফেং লোন্নবা ওন্নবনি। অহুগা সিদদি ইমান মান্নদে করিননো খণ্ডে। বেগুনস্থ বাইগুন হায়দো অহুগা নওনা তত্তনা হায়ৰা দিদি কি করমু জল তুলমুন কাজ করমু। অহানবদা ঐহাক ভাব তারমদে হৌজিক্কি তারে।"

ইরুনবা গুহাদে ঈশিং ছাত্রী মশা মশানা বালটিন পুরক্লগা চিংখৎতুন শোক্লে। গুহাদৈ ঈশিং চিংখৎপহ্ ও কয়া খুৎলোইদে। মহ্ উবদৈ ঝী অহুনা ঈশিং চিংখৎপা অদো মানা হেক হেক পাংবি। ঐনবু গুহা মনাক্তা লেপ্প উরদি মা হেক্তা লাতুনা ঐগী ঈব নবা ঈশিং হেক হেক চিংখৎপীরে।

হৌপ্রবা থোঁদোকশিংদো নীংশিংলুবদা মিংতৈ পি মতুম মতুম শিন্থরি। পিহ্ খামগে থল্লি য়াখিদে। তারকপনা মহেল্লি। সিরাজগঞ্জ য়োঁখিবদো করম্না য়োঁখিবনো খণ্ডহৌদ্রে। পিয়নহুনা টিকেটনচিংবা ককপীরে। অহুগা ঐবু জহাজ তোংহল্লমলে হায়রগা দিদিমনী এগী থবক লোইরবনিনা ঐ হল্লগে হায়হুনা নমস্তে তৌরম্মগা বিদায় পীরমহুনা মহাক হনখি।

পুন্সী ঈচেল অওকপনিকো। ঈচেল চেম্ববা মায়কৈদা অম্নুম ঐখোয়স্নু তাউথবা তারি। তুরেলগী ঈচেলগা পুন্সী ঈচেলগা পাংখকনি। তুরেলগী ঈচেলনা চীংমুং মানব্লুং কয়া ফাও জঙ্গল উমং কয়া ফাও, খুঙ্গং কয়া ফাও, অচোবা সহর কয়া লান চেল্লক্লগা ঈতিন-ফমদা তিনহুনা ঈচেল অদো তাকখি। অহুগুমহুনা তাইবং মীওইবা

ঐখোয়গী পুন্সীসু তুরেলগী ঈশিং ঈচেলগুম খুদোং থীবা কয়ামা লান্দুনা চেনবা তারি মুংঙাইবা কয়াসু থেংনৈ, অরাবা কয়াসু মায়োকনৈ। ঐগী ণগী ঈচেলনা লেপখিবা মতমদা ঐগী তাইবং পুন্সী অরোইবা ওইদোরি।

সিরাজগঞ্জগী মেল পুবা রেলগাড়ীদু নংনবা লাকপনি অহুর মঠ্য লাইবক থীবনা নংহৌদ্রে। পেসেনজরগী গাড়ী তোংদুনা সিয়ালদা যৌবা তাবি। ঐনা টাঙ্গালইদা লৈবিঙৈদা টেলিগ্রাম তৌখি ঐনা থুংলগদবা মুমিৎ খঙহনখি কলিকাতাদা তম্বা ছাত্রশিংদা। মহোয়দা ঐবু ওকপীরম্মু হায়খিবনি। ঐনা সিরাজগঞ্জদে তোংলকইবা রেলগাড়ী অহু করি তৌবগীনো হায়ব খঙদে লম্বীদা পুং তরেৎ নিপাল্লোম পনখি। সিয়ালদা থুংবা মতমদা মুমিদাংগী পুং তরা মথায় তারে।

কলিকাতাদা তম্বা ছাত্রশিংদো পুং নিপাল তারমদাইফাও মখোয় অহুম ঙাইরম্মী হায়। মহোয়গী হোস্টেলগী গেট পুং নিপালদা লোল্লি। পুং নিপালগী মতুংদদি কনা অমতা চঙহন্দে। অহুনা মহোয় সিয়ালদাদা থেঙনা ঙাইরমদবনি।

মুমিদাংনি। মফমনা কলিকাতা সহরগী খ্বাইদগী চাউবা জংসন অমা ওইরিবা সিয়ালদানি। লোন অমত্তসু খঙদে। বেঙ্গলীসু খঙদে হিন্দীসু অতুমঙাই। কলিকাতাদা ঐগী খঙন চান্নবা মী অমত্তসু লৈত্তে। ঐ কনাইদা থুংলুনি। খনফম খঙদে। চঙরুনা ফনা কুইনা লেপতুনা লৈ। মমৈথংদা খনমখৈ খল্লগা নীংশিংলকখি —পরেষ ভৌমিক। চূড়াচান্দ মহারাজগী যুরিৎ তুবা। চুড়াচান্দ

মহবাক্তদি পরেষ বাবুনা তুবা ফুরিৎ খোঙগ্রাও নত্রবদি খক থোন্দে। মণিপুরদা মহাক হেক হেক কৌথোক্লগা তৃহল্লি হায়নৈ।

হায়রিবা পরেষ ভৌমিক অসিগী লৈফমগী যুম নম্বরদি ৩৪ '১ রুসা রোদনি। মসিমদি ঐ কাউদে। শগোল গাড়ী রালাদা হায়রিবা মফম অত্তুদা চৎলো হায়বে। করি করম্বা লোম্না হাযখিবনো হায়-বদো ঐ নীংশিংবা থোক্রে। গাড়ীবালা অহুসু মুমিদাংগা ওইবত্তুদা খরা মুংশা থীবরা কৈনো গাড়ীত্তু খৰ কল্লপ থৌই। লম্বীদা খাম্মু হায়বা অমতা মা খামদে। ঐনসু কয়া খামহন্নীংদে। মিনিট নিফগা-মঙারোম চৎলবা মতুংদা গাড়ীরালা অত্তুনা কালিঘাট য়ৌবে হায়ত্তুনা গাড়ী খাম্মী। য়ুমগী নম্বরদি কদোম থংবদা লৈবনো হায়না ঐঙোন্দা হংলকই। ঐনা খঙদে হায়বদৈ মহাক গাড়ীদৈ কুমথখবে। মুপা অমদা নম্বর অত্তু হংলুবে। মানা ফজনা তাকপীরক্লে। গাডীরালা অত্তুনা গাড়ী খাম্বা মফম অত্তুমক পরেষ বাবুগী যুম ওইরমলে। চঙফমদা ৩৪/১ কসা বোদ হায়না থারম্লে।

চুমলে হায়ত্তুনা থোঙ থীল্লি। থোঙ থীনবত্তু পরেষ বাবু তারমাল্লে মপান থোরকই। থোঙ হাংদোকই। পরেষ বাবুগী মশক হেক উবমক্তদা মুংশা থীরম্বা পুম্নমক মাঙত্রে। শগোল গাড়ীরালা অত্তুনা পোৎ পুম্নমক ঙম্না থাংথবিরে। ঐনা ভারা কয়ানো হংবদা মানা লুপা নিপান পীয়ু হায়। ঐনা লুপাতরা পী। মানা হায় হন্দোক-নিংঙাই অচোইবা পৈশা য়াওদ্রে হায়রকই। ঐনা নঙবু পৈশা অচোইবা হন্দোকউ হায়ত্তুনা পীবা নত্তে। ঐবু খুদোংথীবা অমতা

থোকহনদনা মফম চানা পুন্বিরকপগী বকসিসনি হায়রে। গাড়ীরালা অদু হরাওনা গাড়ী থোরহুনা হনখি।

পরেষ বাবুনা পোৎচৈ পুন্নমক ইমুংদা হোনজিনবিরে। ঐনা রারী পুন্নমক শুগাইনা লীরে। অদৈ মহাক্না "ঐখোয়দি চাক লোইনা চানরে। অদুনা নঙগীদমক খরা থোংহল্লগে।" হায়দুনা মাই মুপীবু চাক্তু থোংহল্লে। ঐগী লৈননবা কাস্থ শেম্বীরে।

চাক লোইরে চাররে হায়দুনা মাগী মুপীনা হায়ররে। ইন-শাংদি মথেল অমথক্তনি। আলু ইরোনবনি। পরেষ বাবুনা হায় মৈতৈদি ইরোনবসি য়াম পাম্বনি অদুনা ইরোনহনবনি। হয়েংদি ইনশাং মথেল মথেল থোংদুনা পীজগনি। ঐগীদা লাকপবু চাক চরা অমা চামিন্নদনা হনবা য়াত্রা, চাক চারগা মুংথিল চৎলুকো হায়না পরেষ বাবুনা হায়।

মখোয়গী ইরোনবদি কমদোই? য়েল্লোং ঙারীদুগা আলুগা মুন্না ফুংলগা মুসলা নুংদা তকথায়রগা লোনবা ইরোনবনি। মোরোক মরু মশক উবা ফংদে তকথায়বদা লোইনা ভ্রোয়থবনি। মদুগী ইরোনবদুমুক হাওবা পুন্সিসিদা চারক্তি হায়ফাও য়াই।

নোংঙানবৈ অয়ুক অদুদ পরেষ বাবুগী মুপী বৌদি অদু ঐনা লৈরিবা কা অদুদা চঙকই চা পীরৈ। অদুগা মানা হায় 'নঙ চাক চারগা মুংথিলগী গাড়ীদা চৎলুকো। নঙনা চানীংব ইনশাং হায়মু থোংগে। মুংথিল নঙগী দাদ পরেষ বাবুনা হাওরাফাও মরাইনা থিনজনি।" মদু তাবদা ঐনা খুম্মী বেঙ্গলী মুপীনাথোংবা চোচে'ারী হায়বদুগা মুরি ঘন্তো হায়বদুগা চানীংঙি। অনীদুদৈ

হেন্না অতৈ কৈমত্তা চানীংদে। ঐগী রাতু তাবদা মানা হংঙকই "বেঙ্গলী নুপীনা থোংবা হায়না নঙনা হাররিতু করিনো ঐ ভাব তাবা ঙমদে।"

বেঙ্গলী নুপীনা থোংদ্রদি অতৈনা থোংলদি হাওফম থোকপা মহাওতু খক য়োদে হায়না ঐনা খুম্মী। বৌদি অতু নোক্কুনা থোংগে থোংগে হায়তুনা ঐনা লৈরিবা কাদৈ থোকখি।

চাক লোইরে চাররো হায়তুনা বৌদিনা ঐবু কৌরে। চাক চাফমদা চাকচাফাল অনী থারম্মী। অমনা ঐগীনি অমনা পরেষ বাবুগীনি হায়। ঐখোয় অনী দাদা পরেষ বাবু অমস্তুং ঐ ফম্মীন্নতুনা চাক চারি। বৌদিনা ঐখোয়গী অরাৎ অপা হাপকদৈ ঙাইতুনা ফম লৈ। বৌদিনা তৌরিবা মওং অতু উবদা নীংশিংলকই উরকই মিৎতা—কোম্নুংদা ভুখিবা থাইনা লুক হাবগী থৌগলনি হায়তুনা বামোন অমগা তুহোন অমগনা খুরু খুদক কুন খদাংচেৎ লাকনা ফম্বতু।

নুমিদাং অমতনি পরেষ বাবুগী য়ুমদা লেক্লকপা। কয়াদা নীংথিনা মচনমক্ক্ম লুনা নুংশিনা তৌবিরকপা। পরেষ বাবুনা থিনবিরকই হাওরাফাও। বৌদিনা চৎলোকো হায়তুনা থোঙ্গালদা লেপ য়েং লৈহৌই।

# গুরুদেবগী উত্তরায়ণ

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী ফংখিবা নোবেল প্রাইজগী শেলনা নোংচুপ বেঙ্গলগী বোলপুর হায়না কৌবা মফম অদুদা শান্তিনিকেতন লিংখৎখি। লমদম অসি হান্নদি লমগং ওইনা মী তাদবা লমহাং অমা ওইনা লৈরম্বনি। শন্থাল মরুভুমিগী শরুক অমনি। লম অসিদা গুরুদেবনা পিক্তকপা সহর মচা অমা শেমগৎখি। শান্তি-নিকেতন্দা বিশ্ববিদ্যলয় অমা লিংখৎভুনা লৈ। মখল খুদিংগী হায়রবদি হীরম শুনা তম্বা য়াবা মফম অমনি। নোংপোক নোংচুপ অনীমক্কী মীওই লাক্কুনা মহৈ তমলৈ। মায়কৈ অনীমক্কী তিন্নফম ওইদুনা লৈরি। অনৌবা যুগকী নালন্দানি হায়নৈ। ৱাফম অসি ভাবদা শান্তিনিকেতন চৎনীংখি, য়েংনীংখি, উনীংখি।

শান্তিনিকেতন হাওরা জংসনদৈ বোলপুর স্তেশন য়োবফাওদু পুং মঙা খর হেল্লপনা চঙভি। বোলপুর কয়া চাউদবা স্তেশন মচা অমনি। রেলগাড়ীদু বোলপুর স্তেশন্দা মিনিট অনীতমক খাম্মী। যাত্রীক পুম্নমক থুনা থুনা কুমথনৈ কাখৎনৈ। করিনা হায়বু খুলৈ থুহৌদ্রদি নংনহোরোইদৌরিনী।

বলপুরদৈ মাইল তরেৎ ওইরিদরা নিপাল ওইরিদরা খঙদে অদুম চৎলগা শান্তিনিকেতন লৈ। স্তেশনদা শগোল গাড়ী লৈতে ফংদে। অদুনা শান্তিনিকেতন য়োবা ফাওবদু সাইকল রিক্সোনা চৎপা তারি। রিক্সোশ্বু লম লাপ্পী লম্বী ফত্তে হায়দুনা চৎসি হায়বা

অমতা য়াদে। লাইবক ফত্নদা অমখক্তদি য়াবিরে উটিন নাচিন্না। শান্তিনিকেতন তম চৎলি রিপ্লোত্ তোং।

শান্তিনিকেতন য়োরে। মীথুংশঙদা লৈরে। মুংথিল মুমিদাং রাইরমদা চা মুং থক্লগা মুপীগী হোস্টেলদা চৎ স্নাইবেম্মা বিনোদিনী উনরুদৌরি। হোস্টেলদৈ থোরকই স্নাইবেম্মা মাগী চান্নরবা মরূপ সোনালীগা লোয়ননা। ঐখোয় অহুম চংলি মুমিদাংরাইরমগী হরা চাবা ওইনা। রারী শার শারত্নুনা ফনা য়াম শাং চৎলে। উরিবা থেংনরিবা পুন্নমক মহৌশাগী ফজবা ঙাকনি। ফুরা দলান অরং আরাক কয়া উবা ফংদে। লৈরিবা উরিবা লোইনা মহৌশাগী ফজবা নীংথিবা ঙাকনি। পুক্লীংদা থল্লি মফম অসিবু গুব দেবনা করম্বা রাখলদৈ শেমগৎলমলিবনো? করিগীদমক [illegible]। মুমিৎতুমা হৌগ্রে।

নোংঙাল্লে। অয়ুক্কী তৌগদবা পাংথোক্কদবা থবক ওয়া লোইরে। কোয়না চৎতুনা য়েংঙি ইতোমতা। উই উখোঙ খুদিং হাঙদে। ছাত্র ছাত্রীশিং ইকোয় কোয়শিন ফম্মী ওজান ব্লেক বোর্ড অত্তু উদা য়াল্লগা নত্রগা ঙারগা থমত্নুনা পারা তাকলি তম্বীরি। থায়নগী মুনি ঋষিশিংনা শিষ্যশিংদা তাকপী তম্বী হায়বত্নু নীংশিংলকই মখোয়ত্নু উবদা। হায়রিবসি অয়ুক্তা উখোঙ খুদিংদা উরিবা দংশুনি।

চাক চাক্কমনি। চাক চাকম কা অত্নুদা মখল খুদিংগী মীওই উবা ফংঙি। টেবলদা চারম্নু কাটা চামচনচিংবদি য়াওনদে। ছাত্র ছাত্রী হোস্টেলদা লৈবা ওয়া লাক্নুনা চানরৈ। থুংলবা য়েংবা লাকপা মীম্নু চারৈ। অকোন অহান নাইনা ফম্মী চায়। চাবা লোইরবা কাওবুনা

হৌগৎখি। থোকখিবদা পুখম, তেঙ্গোৎ, গ্লাস মানা মানা চাবশিংতু হায়বদি লুখাক্তু পুথোক্লখি। কোন কেংফমদা থনম্মী। সাহেব অঙৌবনা মখুৎ ওইনা হন্নাই থোংবা তেঙ্গোৎতৈ কোৎথরগা চাবা উরকই। চাক চাকমদা ফম্মীন্নবা য়াবা য়াদবা লৈতে। অহাঙ অহাঙবদা চঙতুনা ফমনৈ। হিন্দু, মুসলিম, মলেষ থায়দে তিনৈ অমতনি ফম্মীন্নে, চামিন্নে। থকমীন্নে থেন্নবা লৈতে। মসিনী শান্তি-নিকেতনদৈ ঐনা উরকপা। জাৎ বিজাৎ থায়দে শোন্নবা য়াবা য়াদবা লৈতে।

নোংমা চৎলি গুরুদেবগী উত্তরায়ণ য়েংবা। ঐখোয় মরী সোনালী, সুন্দরী, স্নাইবেম্মা অমসুং ঐ। কোয়না কোয়না চৎতুনা য়েংঙি ঐখোয় মরী। সোনালী বেঙ্গলীনি অতুগা সুন্দরীনা নেপালিনী। সোনালী চাউ শাংঙি, মুনরং তৌই রাশী লৈ ফজে। সুন্দরীনা মী পীকই, মরেপ নেম্মী কুচু ঙৌই। মখোয়না ঐঙোন্দা হায়— গুরুদেবগী য়ুম অসিগী মমিং "উত্তরায়ণ" কৌই। শান্তিনি-কেতনদা ফজবা য়ুম দলান অমতা লৈতে উত্তরায়ণ নত্তনা। য়ুম অতু ওখাক চাউই ঈংঙি ফজে চীং লেম্না ফজবনি। অকোয়বদা লৈরিবা ভেরান্দা, ফজনা লৈতেংলবা ফমফম, টেবল, চেয়ার। পুন্নমক অদো গুরুদেবগী ইফম ফমফম ঙাকনি হায় সোনালীনা। য়ুম অতুগী অকোয়বদা লৈরিবা হৈকোল লৈকোল অতুনা অমুক্তা হেন্না ফজ-হনগ্রে নীংথিহনগ্রে। স্বর্গগী অমরাপুর অসুম্না ফজরমদ্রা খল্লি।

লাপ্পীডৈ উরীরৈ মাধবী পাম্বী ফজনা অকোয়বতু থুংনা য়েংঙি ফজে কয়াদা ফজনা হৌগ্রবা পাম্বীশিংনো হায়না খল্লম্বতু ওইরমদ্রে।

হৈনৌ পাম্বী ঙাক্তা ওইরমলে। হৈনৌ পাম্বীনা নৌরিবৈঙে, শেমদোক শেমজিন য়ারিবৈঙে মতমদা মায়োন শেম শেমদুনা মরী চৎহনবা ওই-রম্লে। গুরুদেবগী উত্তরায়ণ আম কুঞ্জ মনুংদা লৈবা য়ুম অমনি। থায়না রারী লাইরিক্তা থেংনখিবা মুনি ঋষিশিংগী লাই নীংফম সাধনা তৌফম নীংশিংলকই। থাঙ্গৈশেংবমকসু উত্তরায়ণ অসে গুরুদেবগী সাধনা তৌফম লাই নীংফম শোয়দনা ওইরমগনি।

অহানবদা হৈ লৈতগী কুঞ্জবন ওইন৷ মপান্দা উরগা মনুংদা গুরুদেবগীময়ুম উত্তরায়ণ লৈরম্বদা ঐনা কয়াদা ঙকখিবা। ঙকলি হৌজিকসু। ঙকখিনি হয়েং তুং ফাওবদসু।

শঙ্গীত ভবন, কালা ভবন, শিক্ষা ভবনচিংবা ভবন পুম্নমক মশীং শুনা য়েংবা লোইরে। রবীঠাকুরনা রাখল কয়া তৌদুনা, শেল কয়া চঙনা, চহী কয়া চঙনা শহর অসি শেমগৎলম্বনো হায়বদো শান্তিনিকেতন উদ্রিবা মীনা খঙবা ঙমলোই। মীরৈবাক্তগী মীরৈবাক মচা কয়া লাক্তুনা মফম অসিদা তম্লরিবনি মখল কয়াই বিদ্যা। অমতা রাৎতে হীরম খুদিংমক শুনা লৈ। তমনীংবা মানা মানা পাম্বা বিষয় তম্বগী খুদোংচাবা ফংহল্লি।

সোনালীহোয় সুন্দরীহোয় থেংনরকপদো ইং ১৯৪৫ অহু-রাইদা ওইরমগদ্রা তাংদাংবদি ঐ কাউথরে। ঐনা সরকারগী থবক মচা অমা তৌরবা কান্দা নোংমা থেংনখি ইংরেজী খবর অমদা—সোনালী ইটালিগী ফিলম স্টার অমদা ওংথ্রে মচা অনী মপুরোইবা হুন্দোকলম। খবরদা পাউহু থেংনবদা নীংশিংলকখি মিৎতা শং শংনা উরকখি—সাড়ী শেৎপদা পকচবী সোনালী, চাউ শাংবী,

শবান ফজবী, মশম মনা শাংবী, মুনরং তৌনা য়াসী লৈবী সোনালী। খর লৈরগা করম্বা মেগাজিন্দনো খণ্ডদে থেংনখি সোনালী ফিলম স্টার বর্গমনগা খায়নরে। মহাক অমুক ভারততা হল্লকপা ইকায়রে। মরম্নাই দোকান অমঃ ফমতুনা কি য়োন্দুনা লৈরি। ভারত মচাশিংনসু উরকই হায়না তাখি। পাউ অতুনা কনাই মচিনদগীনো খণ্ডদে। মহোয়দা মহাক্না ভারত লমদা অমুক হল্লকলরোই হায়হৌই হায়নসু তাখি। পাউতু তাবদা ঐ ঙকখি। খনখি মীওইবৈ পুন্সী মুপীগী মপোক, মুপীগী পুন্সী। পুম্নমক নোংদম্বা মাগী খুৎশীল ঙাক্তনি।

অহানবা শান্তিনিকেতন চৎলুবা অতুদা উরকপা ঐনা নীংশিং-জবা মখৈ তমজরে। শান্তিনিকেতন য়েংবা অমুক্কসু চৎনীংলি। চৎপগী খুদোংচাবদো ঙাইরি।

ঙাইরিবা খুদোংচাবতু মথংগী চহীদা ফংলে। অমুক চৎলুর-বনিনা মফম অয়াম্বা খঙলে। মীথুংশঙদা লৈরে। চাক চাফমদা চঙতুনা ব্রেকফাস্ট চায়, চাক চায়। লম য়েংবসু কোয়না ইতোমতা চৎতুনা য়েংজে। সন্তাল পরগনাগী মমুংদা সন্তালশিংনা লৈবা খুলশিংতু থরা লাপলপ্পা উই। খুলশিং অতুদদি লাপ্পনিনা চৎলুদে। লৈঙোই লমনি য়াম্না শাবা লম। লৈঙোইগী লমহাং পাকনা ঙৌনা শন্দোকখি মিংনা তাম্বা লমফাও। মরক মরক্তা হে'বা উই তিংথংনা য়োম্বী খোঙনেম্বী চিগোংলৈ পাম্বী। য়াংবা ঙমদে মুংশাই মৈশানা। মরক মরক্তসু থরা তোংতকপা লমদা চয়োৎ পাম্বীগী হাবুংনা মরক থংলি অঙৌবা মপালগা লোয়ননা। অশংবা উপাল য়াপালনা লৈতংবা লমদনা মহৌশাগী ফজবা নত্তে। কংলবা লৈঙোই লমগী

অশংবা নাপিশীংনা হৌদ্রবা মফমদস্থু মহৌশাগী ফজবদি অতুম মরৈ। কংলবা লৈহাও চেন্দ্রবা লম অসিদা সন্তালশিংনা করম হিংলিবা হংদবা ঙমখিদে। হংজে ইতোমতা।

কংলবা লমদম অসিদা করম্না শান্তিনিকেতন লিংখৎলম্বা শান্তিনিকেতন সহর মচা অমনি হায়। অদুবু ঐখোয়দদি সহর অচৌবা অমগুম উই। বিশ্ববিদ্যালয় লৈ। বিষয় শুনা তমফমশঙ লৈ। তমনীংঙাইগী অরাৎপা লৈতে। ওজাশিংগীস্থু অদুমঙাই। মহোয়গী কাটর মতীক চানা লৈ। মফম অতৈদা তৌবগুম্না পরেং শানা লৈতে। মখোয় মখোয়গী ইংখোল তোঙান তোঙান্না লৈ। মরন্নাই য়ুমগুম লৈ। উবদা কাটরগী ভাব পোক্কে। হৈ লৈ ইনশাং নাপী থাই ইংখোল ফজনা কোইহুনা লৈনৈ।

মখল মখলগী মী থুংলৈ লাকই চংখি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদৈ মী লাকই শান্তিনিকেতন য়েংবা। কুচুস্থু জাং শুই। অঙাংবা, অঙৌবা, নাপু মানবা, রাওথাংনবা, মুস্নুক মুবা, অসিন-ংবা। মীওই মীতৌ ফজনা চাও শাংবা মশক ফজবস্থু য়াউই। অতুগা থীগ্রবা মীস্থু য়াউই। মী পীকপা ময়াংলেন শাংবা, মখোঙ তেনবা হুইমুক্তা শাংবা মখোঙ পানবা। মখোয়শিং অদো মকোক্লা ঙমলফ তৌই হায়বদি মকোক য়াম চাউই। অসিগুম্নবা পৃথিবীদা লৈরিবা মীওই মখল কয়াগী মশক উবা ফংঙি শান্তিনিকেতনদা। হায়নৈ শান্তিনিকেতন অসি নোংপোক নোংচুপ অনীমক্কী সভ্যতাগী ঈত্তিন্নফমনি হায়না।

ঐনা অফিসার ওইরবা মতুংদা কল্যানীদা ট্রেইনীং মচা অমা

চৎলি। ঙুমিৎ কুনগামথোইগীনি ট্রেইনীং অমা। কল্যানী হায়রিবা লম অসি কলিকাতাদে মাইল কুনথ্রা চৎলগা লৈবা মফমনি। লমহাং ওইনা তৌই। মসিদা নোংচুপ বাঙ্গালা সরকারনা কলিকাতা নত্তবা সহর অমা শেমগৎকনি হায় তৌরিবা মফমনি। কল্যানীনা সহর অমা ওইরবদি কলিকাতাদা মী চঙ্‌ংননা থোমজিন্দুনা লৈরিবসি খরগী মখৈদি ফরগনি হায়বসি নোংচুপ বাঙ্গালা সরকারগী রাখলনি। কল্যানীদ বিশ্ববিদ্যালয় অমসু লিংখৎলবনি।

কল্যানীদা ঐনা ট্রেইনীং চৎপসি ইং ১৯৭১-৭২ দা ওইরম্বা য়াই। থাঙ্গৎশেংবদি ঐ নীংশিংবা থোক্লে। চৎলুরিবা ট্রেইনীং অতুগী ফিলদ ভিজিট শ্রীনিকেতনদা চৎলি। শ্রীনিকেতন শান্তিনিকেতন মছানি। বিশ্বভারতী ইউনিভর্সিটিগী মখাদা লৈবা সংস্থান ঙাকনি। তৌবতবু শান্তিনিকেতননা লাইবিক লাইগু তম্বগী, ঈশৈ, জগোয়, লাইয়েকপা, লোন তম্বা অসিনচিংবগী মফম ওইনা তৌই। অতুগা শ্রীনিকেতননা ভোকেসনেল ইদুকেশনগীনি। উগুবা, ফি শাবা, শউন নোইবা, খোঙউপ তুবা, স্যুট কেশ তুবা, খাও শাবা, শউনদে শেম্বা শাবা য়াবা মখৈ তম্বী। লীগীদনা লীনা শাবা য়াবা পোৎ মোবা, চৌকি, টেবল, সোফা বেগ থুম্মোক শাবা তম্বী। কোনা মনান শাবা থুম্মোক, বেগনিংবসু শাই। শ্রীনিকেতন খুৎ শা হৈবগী থবক অয়াম্বগী শিন্দম লৌফমনি। ট্রেইনীং সেণ্টব কয়া লৈ। কম্যুনিতি ডেভেলপমেণ্টকি শিন্দম লৌফম সেণ্টর লৈ। নোংপোক ভারতকী ডেভেলপমেণ্টতা থবক তৌরবা অমদি তৌদি তৌদ্রিবা শোয়দনা তৌরগদবা মীওইশিংগী শিন্দম লৌফমনি।

ডেভেলপমেন্টগী ট্রেইনীং সেন্টর্র অমুদা ঐখোয় কল্যানীদৈ ট্রেইনী অরাকপশিং অমুগা মখোয়গী ট্রেইনীং সেন্টব অমুদা লৈরম্বা শিন্দম লৌখিবশিং অমুগা পুন্না গ্রপ ডিসকশন অমা চুমিদাং তৌই। মমুদা ঐবু রা ওাওউ হায়। মহোয়স্লু মদুদা হংনীংবা হংগে অমুগা মহুগী হায়বদি মখোয়না হংলিবা ৱাহংশিং অমুগী পাউথুম পীগদবনি হায়। মণিপুরগী মবমদা খঙনীংঙুনা তৌরম্বস্লু ওইবা য়াই। ঐ রা ওাওলমই। কবি লোন্না ওাওলম্বনো! ঐ নীংশিংবা থোক্রে। ইংরেজীগা বেঙ্গলিগা য়ান্নরগা ওাওলমগম্রা হায়না খল্লি।

শ্রীনিকেতন অমস্লুং শান্তিনিকেতন অনীমক থুংনা কোয়না চৎতুনা য়েংঙি গুমিং হুমনি চঙনা। অখঙবা শাবতুনা শান্তিনিকেতন য়েংবা চৎপা মতমদা ঐনা লমজীংঙি। অখঙবা মখৈ মহোয়দা ওগাইনা তাকই। ঐনা হায়বা ওাগদবৈ ঐবু ইকোয় কোয়শিল্লি। গুমিং হুমনী চঙনা বিশ্বভারতী বিশ্ববিদ্যালয় য়েংবা লোইবে। মরীনি শুবগী অযুক্তা ঐখোয় কল্যানীগাদমক বিশ্বভারতী থাদোকলম্মী।

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথঠাকুরনা বিশ্বভারতী হায়ব। বিশ্ববিদ্যালয় অমা লিংখংপীরম্বনা নোংপোক নোংচুপ অমীগী তিন্নফম ওইহল্লে ভারত। মীওইবা সমাজদা তৌরগা অচৌবা দান অমনি। মসিদৈ হেনবা দান তাইবংদা লৈত্রে।

পৃথিবীদা লৈরিবা তোঙান তোঙনবা ফিদম অমস্লুং রাখল পুম্নমকপু অমতা ওইনা পুনশিনবদি সংস্কৃতিঙনা ওমগনি। শিক্ষা অমস্লুং সংস্কৃতিগী নৈনফম ভারততা ওইহনগনি হায়বা চাউরবা মঙ

অসি রবী ঠাকুরনা মঙলন্মী। অসিগুম্নবা মঙ অসি ইং ১৯০১ দা বিশ্বভারতী লিংখৎতুনা মঙক্না ওনহনখিবনি। বিশ্বভারতী মপূং ফারবা বিশ্ববিদ্যালয় ওইরে। অনৌবা যুগকী অনৌবা নালন্দা ওইরে।

হন্দক চৎলুবা অসিনা ঐনা শান্তিনিকেতন চৎপগী অহুমলক শুবা খোঙচৎনি।

# কাঞ্চিপুরমগী সাধু

ইং ১৯৭৫ গী ৱারীনি। ঐনা পোকপদে হায়বদি ইমা পূক-মুংদৈ লোয়নরক্লবা লায়না অমা লৈ। মসি ডাক্তরগী লোন্দা এএসডি হায়না খঙনৈ। এএসডি হায়বদি আর্টিলারী সিস্টেম ডিফেক্তিব হায়বনি। হকচাংদা অশোয়বা অসি লৈবনা অকনবা থবক হায়বদি পাঙ্গলগী থবক কয়া শুনোম্বা ঙম্লক্তে। মসি অঙাং ওইরিঙৈদা কয়া খঙলমদে। চহী খর য়াম্লক্লবা মতমদা খঙবনি।

চহী য়ামশিল্লক্লবা মতমদা ঐ তোয়না নাশিলকই। চহী খুদিংগী চাং নাইনা নাবা হৌরকই। লোকপু থুংলবদি কম্না অত্থুম নাৱক্লে। হসপিটাল য়ৌরে। মসি শোয়ফদ্রবা বটিন অমগুম চৎথরক্লে। তোয়না নারক্লবা মতম অত্থুদা ঐহাক ডাইরেক্তর ওইরে। ইউনি-সেফকি মতেংগা লোয়ননা পাঙথোরকপা থৌরম কয়া পায়রি। ৱা ঙাঙবদা অথিংবা লৈতবা, অচৌ অপীক খায়দবা, মীওইবা সমাজদা তোন্থনা লৈরিবা মুপী অঙাংবু লুনা চান্না তৌবা লমচৎ কয়াসি খঙত্থনা ইউনিসেফকী অফিসারশিংনা ঐবু লুনা তৌবি।

মিঃ রামনাথ ডোরে মদ্রাজীনি। নোংপোক ভারতকি ইউ-নিসেফ অফিস কলিকাতাদা লৈ। ডরে অফিস অত্থুদা ইউনিসেফকি মীত্থুৎ অফিসারনি। ঐনা নাত্থুনা হসপিটালদা লৈরিঙৈ মহাক মণিপুরদা ভিজিত লাকঅম্মী। মানা মণিপুর লাকপা অত্থুনা অরোইবনি হায় মরমদি মহাক খা ভারতকি ইউনিসেফ অফিস

মাদ্রাজদা ট্রান্সফার তৌরে। চৎলিবা থা অতুগী মনুংদা মহাক মাদ্রাজগীদমক কলিকাতা থাদোক্লনি। ঐবু অমুক্তুং উনরমগে হায়দুনা অনাবা হংবা ওইনা হসপিটালদা লাকঅম্মী।

মহাক্লা হায়রম্মী "নঙগী অনাবসে ভেল্লরদা অমুক্তুং ফজনা য়েংথোকসি। ঐনা মদ্রাজ অফিসতা লৈরবদি খুদোং চাবা পুন্নমক ফংগনি।" ডবে সাহেব ফাগিস্সু তৌগনবা মীতানি। মহাক্লা মখা তাথরকই "ভেল্লর হসপিটালদি ইউনিসেফনা খুজু খুৎলাই, মতেং য়াম পীবনি। অতুনা ডরে সাহেবনা পুরকপা অনাবনি হায়রবদি ফজনা য়েংবিরক্কনি। নঙ ভাব তারেকো। ঐনা মদ্রাজ অফিসতা জোইন হেক তৌবগা নঙোন্দা চিঠি ইরক্কনি।"

ঐ ডরে সাহেবনা চিঠি ইরকপা ঙাইরি। মরক অদুদা ঐস্সু অফিসকী থবক ইনখাং কায়দনা অতুম তেঁই। থা অহুমলোম লৈরবৈ তুংদা ডরে সাহেবকী চিঠি ফংলে। ইরকই "নঙ লাকও খা ভারত্ত'। নোংপোক ভারত্তা পাঙথোকলিবা থবক্কা খা ভারত্তা পাঙথোকলিবা থবক্কা অনী চাংদম্নদুনা য়েংগদবনি। অফিসিয়েল টুর ওইন' লাকপনা ফগনি। নঙগী টুর চৎপদা চঙগদবা শেল পুন্নমক ইউনিসেফনা রিত্রম্বস' তৌগনি। নখোয়গী মণিপুর সরকারনা পৈশানতা পুথোকলোই। রাফমসি নখোয়গী চিফ সেক্রেটারীদা ইগ্রবনি। ডেভেলপমেন্ট কমিশনরদস্সু খঙহনগ্রবনি। নঙোন্দস্সু কপী অমা পীরিসিনী। নঙ শোয়দনা খুনা লাক্লবা হোৎনরকউ।"

ডরে সাহেবকি চিঠি ফংলবা মতুং থা মখায় অমরোম লৈরগা ঐ মদ্রাজ চৎলে। মদ্রাজদা অহানবা থুংবদা ইউনিফেকী অফিসত

হান্না ডরে সাহেব উনবা চৎভি। অফিস অদু থিবদা খবা রায়। ফংলে টামিল নাডুগী এমএল হোস্টেল মনাক্তা লৈ। অফিস মনুংদা চঙলে ডরে সাহেব অমুক্তা উনগে হায়দুনা মাগী পিএদা হায়রে। ঐবু উবদা পিএ মুপী অদু ঐবু অফিসার ওইরমনি হায়বা থাজদবা জাৎনি। ঐগী পরিচয় মুন্না হংভি। ভহাক ফায়ে। মানা টেলিফোন্দা ঐবু চঙহল্লকউরা হায়না ডরে সাহেবতা হংভি। অদে ডরে সাহেবনা চঙহল্লকউ হায়রমাল্লে ঐবু পিএ অদুন' চঙউ হায়রে।

ডরে সাহেবকি কাদা চঙলে। মাই কাদু কলিকাতা অফিসতগী য়াম হেল্লি লু নানবা ফজবা। ঐনা ঐ লাকপা ফনা কুইবে পুংখায়মুক খর হেল্লে পিএগী মনাক্তা চঙদুনা নঙবু উনগে হায়রুবনি। মতু তাবদা ডরে সাহেবনা হায়রকই 'পিএগী মনাক্তা চঙঙ ড্রেস চুমড্রিং ঐগী কাদা লাকপা য়াদ্রা? নঙবু থিংবিনবা মী ঐগী অফিস অসিদা লৈতে। মসি নঙ খঙগদবনি।" অস্মুন্না হায়দুনা ফাগি তৌই।

চংথোক চংশিন ঈ পাউ ফাওনবা মুংঙাইনবা হায়দুনা ঐগী লৈফম ইউনিসেফ অফিস মনাক নকপা টামিলনাডুগী এম এল হোস্টেলদা শীনবিরমলে। মদ্রাজদা ঐনা চংকদবা তৌগদবা লোইনা শেমদোকপীরম্লে। শেম্নমলিবা প্রোগ্রাম অদু ঐঙোন্দা পীদুনা য়েংহল্লি। অদুগা ঐবু এপ্রুব তৌরো হায়রগা নোকই। ঐথোয়না চংকদৌরি অদুগী মতুং ইন্না তারিখ হাপচিল্লি। ডরে সাহেবকা উনদুনা প্রোগ্রাম শেম্বা রারীং রাতাই শানবা লোইরদুনা ঐ এম এল এ হোস্টেলদা চংলে।

ভেল্লর লৈবা মায়কৈরোমদা শেম্বা টুর প্রোগ্রামনি। মরম্না

হসপিটালদা চঙবা য়ানবা শীল্লিবা প্রোগ্রামনি। লাইবক থীবদি ঐখোয়না ভেল্লর থুংবা মতমদা হসপিটাল অদু স্ট্রাইক তৌরমদুনা চঙবা য়াদ্রে। মুমিৎ নীনি হুমনি স্ট্রাইক অদু থেখিবা য়ারি হায়রে। উপায় লৈতদুনা করি করি খর ভেল্লরদা পাংথোকলিবা নিউট্রশন প্রোগ্রামগা মরী লৈনবা ট্রেইনীং সেণ্টারনচিংবা য়েংলে। থায়নগী হিন্দুশিংগী লাইশঙ, ফুরা দলান অমনবা ফজ ফজরবা দলান মুসলিম চঙদুনা মাংথোকলম্মে হায়দুনা শীজিননদ্রবা কয়াস্থু য়েং-লকলে। নোংমা মফমদুদা লেক্লগা হল্লক্লে।

মুমিৎ নীনি হুমনিদুদা মদ্রাজগী অকোয়বদা লৈবা খুঙংশিংদা চত্তুনা মদুদা পাঙথোকলিবা ইউনিসেফ এসিষ্টেড প্রোগ্রাম অমতা চিংথদনা য়েংথোকলে। খঙলকপা হায়বদু সরকারগী পাঙথোকলিবা প্রোগ্রাম অয়াম্বা দা ফজবমুক থবক মফমদদি ফজদে। মসি রাজ্য অমতগী রাফম নত্তে পুম্নমক্কীনি। প্রজান ভাব তাদদুনা নর্তাক চানা সগযোকপীদবনরা নত্রগনা অশীন অরাং তৌরিবা মীওইশিং অতুনা ভগী তাকপীবদা য়ৌদত্তুনা শোয়ত্র খঙদে। অনীমক্কা শোয়বা ওইরমনি হায়বদস্থু কৈমতা চিংনবা পোক্তে। চীংনমীংগাই লৈতে।

মরীনি শুবা মুমিৎতা ভেল্লর অমুক হন্না চংলে। স্ট্রাইক লোইরম্বা য়ারে খন। মত্তুদস্থু স্ট্রাইক লোইদ্রি মথা চংথখিনি হায়রে। মত্তুদস্থু হসপিটাল গেট লোন্দুনা লৈরম্লে। নীংবা কায়-রত্তুনা ঐখোয় অত্তুম হল্লক্লে।

হন্দক্তি ভেল্লরগী আশা থাদোৱ্রসি। ডরে সাহেবনা মা

অতোপ্পা অমা শীল্লগে। মাগী মনাও নীপা অমা বঙ্গালোরদা লৈ। মহাক ডাক্তরনি। সেন্ট মারাঠা হসপিটালদা ডাক্তর ওইতুনা লৈবনি। হসপিটাল অতুদা লৈরগা মহাকপু অমুক্তং য়েংথোকহল্লো হায়বে। নওদি মণিপুরদা ইউনিসেফকি আশানি নাবস্থু য়াদ্রি শিবস্থু য়াদ্রি। অতুনা হয়েংসে নঙ বঙ্গালোর পাওখরো। বঙ্গালোরদা তৌরুগদবা পুন্নমক মানা শীনবিগনি কৈমতা রানীংঙাই লৈত্তে হায়রে।

'হোরেন মুংদাং ঐগী ইনাও নুপা অতু টেলিফোন্দা কনটেক তৌনরগা মরম পুন্নমক মঙোন্দা শীন্নগনি। নওদি মুংঙাইনা নিংথৌ মচাগুম চৎকদবনি। ভাব তারে খঙঙেকো।"

ঐনস্থু খঙ্গে হায়না খুম্মী।

থবক অতৈস্থু লৈত্রবনিনা লাই খুরুম্বা চৎলুসি হায়রে। চৎকদৌরি মফমনা কাঞ্চিপুরমদনি।

"নঙ কাঞ্চিপুরম য়েংনীংদ্রা? কাঞ্চিপুরমগী সাধু বাবাগী লাই খুবমনীংদববা? নঙ অন্টিনদি নঙনা কাঞ্চিপুরম য়ৌনীংঙি ডরে সাহেবতা অয়ুক্ত পুবিয়ু হায়নবিয়ুকো হায়ব্রাও?" হায়রগা মাগী নুপীনা মমিং খংলি। মতু উবদা ঐস্থু ভাব তারতুন হায় হায়না শুমলে। অদৈ থুনা য়াঙনা ঐখোয় অহুম ইরু মায়থজতুনা চৎপৈ থৌরাঙ লোইরে।

কাঞ্চিপুরম পাং চৎলে। গাড়ী মনুংদা মিসেস ডরেনা হায় ডরে সাহেবতা কাঞ্চিপুরমদা অমুক্তা পুবিয়ু হায়বা কুইরবনি। কাঞ্চিপুরমদা সাধু অমা লৈ। খা ভারত্তা মমিং ওখাক লৈবা সাধুনি।

সাধু অতুনা লাৎলিবা লাই অতু অমুক্তং খুবমনীংবনি। অফিসকী থবক চিল্লি হায়রুনা স্নকপু পুবিয়ু য়াদে। নঙ লাকপৈ চৎপা ফংলিবনি। অতুগা কাঞ্চিপুবমগী ছাবীস্থ য়াম ফজৈ কল্লি। নোমুনাস্থ জাৎ জাৎ তৌমাল্লে। অমতা ফজবা খন লৈরকসিরা খল্লি। মাই স্নুপীগী রা তারগা ডবে সাহেবনা মাইস্থ কোনা মনানা শাবা টুপী অমা লৈবক্কনি লৈগে নীংবা কুইববনি হায়। অস্নুম্না রারী শানা শানা কাঞ্চিপুরম য়ৌরে।

কাঞ্চিপুরমগী সাধু লৈবা মফমনি। মফম অতুই অকোয়বতু ঈংঙি, মীনিল কন্দে, লাঙদে, চীকই। থোঙ্গাল চঙফম অতু য়ৌফাৎ-ত্রিঙৈ কৈথেল মচা অমা লৈ। হৈ-রা, লফোই লতং, য়ুবি. মোমবাতী, ধুপনচিংবা য়োনবনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। ডরে সাহেব গাড়ীদৈ কুমথখরে। কোনা মনানা শাবা থুম্মোক ওই করি ওই তৌবা অমমমদা হৈ লৈ মখল শুনা যুবিনচিংবা হাপতুনা য়োল্লি। মী অমমম্না থুম্মোক মচাতু লৈবগা পুতুনা চঙনখি। ডরে সাহেবনা ঐখোয় অহুমগীস্থ থুম্মোক মচাতু অহুম লৈরে। ঐখোয়স্থ অমমম পায়তুনা লাই খুরম্বা মনুং চঙলে থোঙ্গাল অতুদা।

মন্দির অতুই মমাঙদা কয়াদি চাউদবা নাটমন্দির অমা লৈ। নাট মন্দিব অতুদা খুরম্বা লাকলিবা পুম্নমক লেপ লেপ মাই মাই অথেমপোৎ মচাতু পায় ঙাইনবি লাই খুরমদৈ। মন্দিরদি থোঙ হাংদ্রি। সাধু মকোক খ্বাইগী গুরু অতু সাধনা তৌবি। মতু লোইরগা মহাক চাইথগনি। চাইথবা লোইরগা সাধু অতুনা মন্দিরগী থোঙ হাংগনি। ময়াম্না সাধু অতু কদায়দা সাধনা তৌরিনো হায়তু কোয়েং য়েংনরি।

মমৈথংদা ময়ামদো উনরক্লে। সাধু অদো পুখী অনগী উপাক্লা শাবা থাক্লা অমদা খোঙগ্রাই চন, মথৎ নাম নানা খুকচদ থম মমিৎ চেজেৎ উইশিন ফমলিদো। ময়ামনা অসিদা লৈরে অসিদা ফমলিসে অসিনী হায়নরি। ঙহাক ফম্নমগা মমিৎ পাঙথোরক্লে। পুখ্রী মমুংদা চোংথখরে। ইরুখ্রে ফজনা। পুখী মপান্দা শিষাশিংনা ঙাইরি হোংদোক্লবা ফি পায়দুনা। কাখৎলগা ফিশেং হোংগ্রে। মন্দির পাং লাক্লে। মন্দিরগী থোঙ হাংখরে। লেপতুনা ঙাইরম্ব-শিংদো মথং মথং অকোন অহান নাইনা লাই খুবমনখ্রে। ঐখোয়স্ম ঐখোয়গী পালি তারক্লুনা চঙলে। ডরে অমসুং মিসেস ডরেদি পায়রিবা পোৎতু কৎখ্রে। ঐবুদি চঙহন্দ্রে। ডরে সাহেবনা করিগী চঙদ্রিনো হায়না হংডি। মখোয়না খুম্মকই মাদি ফি অঙৌবা ঙাক্তা শেৎ চায় লুখ্রাবী ওইরমনি। অতুনা চঙবা য়ারোই হায়না। ডরে সাহেবনা ঙাঙনদুনা য়েংডি। অতুদসু য়াদ্রে। থাপ্না খুরুম্বদি য়াগনি মন্দির কাবা চঙবদি য়ারোই হায়দুনা ঐগী কংকনি হায়না পুজবা পোৎঅদো ডরে সাহেবনা ঐগী মহুৎ শিন কৎপিরমলে।

চৎনবী হায়বসিসু অঙকপা অমনি। ঐনা শেৎ চারিবা ফিজোলদি পুঙৌ ফনেক উরেরোম শংবা শেৎলি, অমা মুগাগী ফুরিৎ লিৎলি মুগা মচু মানবা ফিনা তূবা ফুরিৎনি। ইনফি ইল্লিবনা মোরেগী অঙৌবদা অঙৌবনা লৈরোং থোকপা অহুনি। শেংদা শেংবা অশেংবা মানবনি ফিজোলহু। মণিপুরদা চৎনরসু কাঞ্চিপুরমদদি চৎনদে। ঐ নোক নোক্লুনা হল্লকই। চৎনবী চৎনবী মীওইবা ঐখোয়না শেম্বা চৎনবী। অসিনিদনা তাইবংপান্দ হায়দো তাইবং মীনা শেম্বা চৎনবী হায়্রদো।

টামিল নাতুগী এম এল এ হোস্টেল অত্থ চয়োল অমদৈ হেন্না লৈবা য়াদে হায়ত্থনা ডরে সাহেবকী য়ুমদা হোংলে। কাঞ্চিপুরম চৎকদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা হোংলকপনি।

কাঞ্চিপুরম চৎলুবা মুমিৎ অত্থই মুমিদাংদা ডরে সাহেবনা টেলিফোন তৌই বাঙ্গালোরদা লৈবা মাই মনাওমুপা অত্থদা। ৱা ঙাংঙনখি ঐগী অনাবা লায়েংবৈ মরমদা। মাগী মুপীনা হংঙি করি হায়রক্লে হায়না। ডরে সাহেবনা মা টুর চৎথোকদবা লৈ; চয়োল অমা অনী বাঙ্গালোরদা লৈরোই হায়রকই। অত্থগা চিন্তা তৌশিন্নে। টেলিফোন্দদি হয়েংমক থারক্লগে লাকহল্লগে হায়খি। মিসেস ডরেপু ঐসু ভাহৌরিবনি। ঐখোয় অনীমক মাই চালাক্তু খঙদবদি নত্তে খঙলিবনি। ঙহাক তুনিন লৈনরবৈ তুংদা মহাক্না হায় "নঙ হয়েংসি বাঙ্গালোর চৎপা তারে। ফ্লাইত পুং অমা ভাবদা লৈবনি। মদ্রাজ বাঙ্গালোর সেক্তরদি টিকেট য়াম কোম্বনি; হেক্তা ফংবনি। হয়েং অফিসতগী বারো ভাদ্রিঙৈদা টিকেটকা গাড়ীগা থারক্কনি।

মদ্রাজদৈ প্লেন তোংত্থনা বাঙ্গালোর পাংলে। ডরে সাহেবনা হায়রকপা মতুং ইন্না এয়ারপোর্টতৈ চুমদ্রিং অত্থম সেণ্ট মারাঠা হসপিতাল তম চৎলে। ডরে সাহেবকি মনাওমুপা ডাক্তরত্থনা শীল্লম্বা মতুং ইন্না হসপিতাল অত্থদা ঐবু তরাম তরাম্না ওক্লম্মী। মুমিৎ তরেৎনি লৈত্থনা য়াম্না কুপ্না য়েংলে। এক্সরে মরীরক মখল মখলগী লৌত্থনা য়েংলে। লাঙ্গনা করি অমতা লৈতে। থম্মোইদা হোল লৈবনি। হায়বদি হার্টতা মখুল অহোবা লৈরে কয়া লাওনা লৈবনো খঙনবা খুৎলায় অত্থদি মহোয়গী হসপিটাল অত্থদা লৈতে।

বাঙ্গালোর মনুংদা আর্মিগী হসপিটাল নত্তনা অতৈদা লৈতে হায়রে। হসপিটাল অতুনা হায়বিগ্রবদি মহোয়না শোয়দনা য়েংবিরক্কনি হায়। অতুবু লাইবক থীবদি মুমিং অদো খৃস্টমাস নুমিং থোক্লমলে। আর্মিগী হসপিটাল যোঙ থিংবা মুমিংনি। দিল্লীদা তাং ২৬ তা ঐ কনসফরেন্স অমা য়াওরুদবা য়াদ্রি। মতুই হিসাবতা ডরে সাহেবনা মদ্রাজদৈ টিকেট ককপীরক্লবনি। উপায় লৈতে চৎপা তারে। ডরে সাহেবকী মনাও মুপা ডাক্তর অতুনা—থুনা য়েংথোকপা ফৈ, অল ইন্দিয়া ইনষ্টিটিউত্তা য়েংথোকখো হায়না তাকপীরকই। অল ইন্দিয়া ইন্সটিটিউত দিল্লীদা লৈবা খ্বাইদৈ চাউবা ভারত অপুমবৈ ওইবা হসপিটালনি।

ঐনা সেন্ট মারাঠা হসপিটালদা লৈবসি মুমিং তরেংনি পুরানি। হসপিটাল কম্পাউণ্ড লুই, নাল্লি, ফজে। সেবা ফজে ; নার্স অমুবী লৈশাবী মচা ডিউটি তাবতু ঙহাক লৈত্তনা হংলৈ ঐগী অরাং অপা। মোম্পাক ফিদক মোনখুম, টেবলক্লোট নোংমা নোংমা কান্নরগা নর্স অনী অনী চঙক্লুনা হোংবিরৈ। অয়ুক্কী চা হায়বদি বেড টি. পুং ৬½ দগীনা ৭ ফাওবৈ মনুংদা পী। ব্রেক ফাস্টনা পুং ৮½ দৈ ৯ ফাওগী মনুংদা পী। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা নার্স অমুবী মচাতুনা ব্রেক ফাস্ট পুশিল্লকই। মতুদা য়াওরিবদি য়েরুম অফুংপা, শঙ্গোম, ব্রেড বটর, ক্ষীরগুম্বা অমম্মু মুমিং কান্ন কান্ননা য়াওরকই। ক্ষীরতু য়াওবক্রবা নুমিং মখৈনা কোর্ন ফ্লেক্স হাপ্লকই। অয়ুক্কী চাকলেন চারমদাইদা হৈথুম মহী গ্লাস অমমমম্মু পীথকই। মুংদাংগী চাকলেন চারমদাইদদি হৈ মহী পীদে। চাক্তা পীবা নত্তনা চাপাতি

৩/৪ সু য়াওরকই। ইনশাংদি মনা মশিং চাবগীনা হন্নাই, সবজী, পাফর, শঙ্গোম অকম্বা, ছানা থোংবা অসিনচিংবা। শা ঙা চাবগীনা ঙা থোংবা, য়েরুম থোংবা, শা থোংবা। হরাই, শাক সবজীদি ইয়াও য়াওই। মচল শুবা মচি ওইবা চিঙ্গাক ঙাক্তনি। চাং নাইনা মতুগুম্বা চিঙ্গাক চারদি করিগী হকচাং ফরোইদৌরিনো?

চৎলমদাইদা ঐনা লৈবা কাগী ভারা, চাবগী বিল লোইনা শেংদোক্লম্লে। অহানবদা ঐদি য়াম তারমদবোই নীংবনি। চারিবা খুৎচা লৈরিবা মরৈ অতুদা, অতুবু পুন্না লুপা ৯৯৫ তমক তারম্মী। মতু পীথোক্লম্লগা বাঙ্গালোর এয়ারপোর্টলোমদা অতুম চৎলে।

মপান্দনা অফিসিয়েল টুর মনুংদনা লম্লাই থবক। সরকারগী থবক তৌবা অফিসার ওইরুবে কান্নবা চপ চানা ফংথি খোঙচৎতো। কাউবা য়াদেদা পাম্মুগ্রেদা মতমদো মুংশিগ্রেদা।

# হটেলদা থাবল থোকপা

চৎলি এলহাবাদতা শিন্দম লোবা। মুখ্য সেবিকা অনী লোয়নৈ খোঙচৎতো। তারিখ চহীনচিংবা ইশিনখিবনি ডাইরীদা। ডাইরী মাঙখ্রে ঈশিং চাউবদা য়াওগ্রমাল্লে। অতুবু নীংশিংলি শিন্দম অদো চয়োল অহুমগীনি হায়বতুমদি। শিন্দমনা নিউত্রিশনগা মরী লৈনবা শিন্দমনি।

মুখ্য সেবিকা অনী ঐগা লোয়নরিবা অনীতুগী মমিং অমমম ঐনা থোল্লি। মহোয়গী শাবান মুর্ত্তি য়েংলগা অমদি লমচৎ শাজৎ মখোয়না তৌরিবতু য়েংলগা। অমদি নোংপোক লমগী মীগী অশেংবা শাবান মুর্ত্তি, মায়থোঙনি। মাবু কৌই ঐনা "মোদেল" অমতুনা চালাক লৈ, হৈ শিংডি, লোল জাৎ শুনা লোললি শম্না হায়রবদা মানা ঙমদবা থবক লৈতে। মাবুনা কৌই ঐনা "থৌঙম্বী।" মখোয় অনীমক শাউদে ঐনা মিংথোল অনীসি পীবদা। মহোয়দি হতুম হরাউই তাবদা নোকই ওচানা ঐখোয়বু মিং অমমম থোনপিরে হায়না।

ইম্ফালদৈ কলিকাতা ফাওবা প্লেন্না চৎলি। কলিকাতা এয়ারপোর্ট দমদমদা ত্রিপুরাগী কারনা ঐখোয়বু ওকপা ঙাইতুনা লৈরম্মী। থৌঙম্বীনা হায় "ওচা ঐখোয় ত্রিপুরা হাউসতা লৈসিকো। ঐখোয়গী মণিপুর হাওসতগী মুংঙাইবা য়াম হেনপনে। কো ওচা ত্রিপুরা হাওসতা থুংসিকো।"

করিগীনো ঐখোয়গী হাওস লৈনা লৈনা মীগীদা থুংবা হৌনব্রনে? ঐনা হায়বত্নদা মোদেলনসু পাংশিল্লকই ওচানা হায়বা চুম্মীনে হায়ত্নুনা। অত্নুদে থৌঙম্বীনা হায়রে—"ওচা ঐগী মরূপ অমনা ঐখোয় কলিকাতাদা লাক্কনি অহীং অমা লেকনি হায়না চিঠি অমা ইখিপনে। অত্নুদা মহাক্না রিসাভর্ তৌপিরম্বনিতা। মহাক ইকায়রনি ঐখোয়না লৈপিত্রদি।"

থৌঙম্বীনা হায়বা অত্নুদা ঐখোয় চৎলে ত্রিপুরা হাওসতা। উবদা খঙভি মত্নুদি ত্রিপুরা হাওসকা মণিপুর হাওসকা খেন্নবা খর লৈ। মখোয়গী পোৎথাফম কা নুংঙাই। ফজনা নীংথিমা লৈত্তেংভি সোফা, টেবলনচিংবা মফম চানা চানা থাই। ঈ পাউ ফজনা মতম চানা ফংভি। সেবা তৌরিবা মীশিং অদো থকসি খাসি খঙনা চৎলি। ঐখোয় নুংঙাইনা চা থক্তুনা লৈরে ত্রিপুরা হাওসতা। পুন্নমক থৌঙম্বীনা শীল্লি।

মথংগী নুমিৎতা ঐখোয় রেলরে স্টেশন্দা চৎলি। ত্রিপুরা হাওসকী কারনা থিল্লি। কার অত্নু ঐখোয়বু থনম্নগা চৎখ্রে। কলিকাতাদে এলাহাবাদ ফাওবত্নু রেলগাড়ীনা চৎকদৌরিনি। রেল-গাড়ী ফাস্ট ক্লাসতা তোংগদৌরি। ফাস্ট ক্লাসকি কম্পার্টমেনটকী পরেং থেৎলিবা রিসাবের্শনগী চেত্নু য়েং য়েংত্নুনা অসুম চৎলি ঐখোয় অত্নুম। থৌঙম্বীনা মাঙ ইথা থাই। ঐখোয়দে ফনা য়াম্না হেনগৎখ্রে। খরা চৎলগা ঐখোয়গী মিং ইবত্নু থেংনরমাল্লে মানা "ওচা ঐখোয়গী মিং য়াওরে। সিদা থেৎলিবসিনে। লাকও খরা থুন। সিদা কাথংলসে। কুলীশিংত্নুসু থুনা চৎলো হায়য়ো।" মোদেলগা ঐগা

চেন্না চেন্না চৎতুনা রেল গাড়ীদু কাখৎলে। থেৎলিবা চে মচেৎতু য়েংবদা থৌঙম্নীগী মমিং ইবম্মী।

রেলগাড়ীদুদা মুঙাইনা চংলি। রেলগাড়ী অহানবা খাম্বা স্টেসন অদুদা থৌঙম্বী কুমথখি। অদুগা মুপামচা অমা পুদুনা চঙঙকই। মুপামচা অদুদা মাগী বেক্তগী লুপা অনী চৎপী অমা পী। অদুদৈ অঙাং অদুবু ঈশিং শোকহল্লুই। অঙাং অদু কা অদুই মচি অমদা ফমহল্লি। বেলগাড়ী থারে অঙাং অদুসু অদুম চৎলি ঐখোয়গা লোয়ননা।

বিয়ারর চঙঙকপদা থৌঙম্বীনা ওদ´র তৌই। মুংথিলগী চা পুরকই। মঙোন্দা মুমিদাংগী চাকলেনগী রা হায়খি। পুং ৮ হেক তাবদা পুরক্কদবনি। চাগদবা ইনশাং মথেলসু হায়খিবগুম তৌই। পুং ৮ তারক্লদনে' বিয়াররনা চাক পুরক্লে। অহাও অহাওবা মথেল পুবকই। হাউনা চায় মুংঙাইনা চৎলি। মুপা মচা অঙাং অমা মানা পুবকপত্র কোরগা মাসু তোঙাল্লা পীজৈ। চাবদা লেম্বা মথৈসু মঙোন্দা পী। মানা ঙম্বমথৈ চারগা তলনচিংবা অরেম্বদু ফি অমা পুথোবক্তনা য়োমশিল্লি অদুগা মাগী ফমফম মনাক্তা থম্মী। চাবৈ প্লেট গ্লাসনচিংবদু টে্রদুদা ফজনা লোইশিনহল্লি অদুগা থোঙজিন ময়া থর ওইরপনা থমহল্লি। কোনথংদা ভাব তারকই অঙাং মুপামচাদু থৌঙম্বীনা পাখোন শিনবা পুরকপনি হায়বা। বিয়ারর বিল পুদুনা লাক্লে। থৌঙম্বীনা ঐনা বিলদু পীগে হায়বা য়াদে মানতা পী। ঐনা করিগীনো হংবদা মানা হায় –ওগাই মপাল্লা ঐখোয় এলাহাবাদ চৎপা ফংলিপনিকো ওচা। হায়রুরদিনে কো ওচাই থরচ পুম্নমক ঐখোয় অনী তংখায় থায়নদুনা তৌগদবনি। হায়রগা মমিৎ থানা

মোদেলদা য়েংঙি। মোদেলদি কৈস্নু থোশাবিদে। উইত্নুনা অত্নুম চংলি। পৈশাস্নু স্নুকপু পুথোরক্কে। নোংমতস্নু মা পীগে হায়দে। থোঙম্বীনা লোইনা তৌই।

অস্নুম্না চৎত্নুনা ঐখোয় এলহাবাদ জংশন য়ৌরে। রেলগাড়ী খামগদগী খোঙজেল তপথরক্লে। গাড়ী লেপফাৎত্রিঙৈদা মুপা অমা ঐখোয়গী কমপার্মেণ্ট অত্নুদা কাখৎলকই। মানা থোঙম্বীগী মমিং পনত্নুনা হংঙি। থোঙম্বী হিন্দী ব্রেং ব্রেং লোল্লত্নুনা মান্নি হায়রে। মখোয় অনী করি করিনো ঙাংনরি। ঐদি মুম্না তারুদে। গাড়ী খাম্মে গাড়ী পুরা লেপলে। অদৈ মুপা অত্নুগা থোঙম্বীগা মহোয় অনী চঙত্নুনা কুলী কৌরে। মাল চাং থাংথরে। মথাদা কুমলে। রেলদৈ কুমলমদাইদ। থোঙম্বীনা স্টেশন অমদৈ পুরকপা মুপামচা অত্নুদা লুপা ৫ চৎপী অমা পীরম্মী। অত্নুগা নঙ লৈহৌরোকো হায়। ঐনা থোঙম্বীদা লুপা ১০ পীরম্বা য়াত্রা হায়বদা মানা থুম্মী—ওচা য়াম্না পীবা য়াতে লুপা ৫ সে মহোয়দদি য়াম্না য়াম্নবা জাৎনিনে।

চৎলসি হায়ত্নুনা ঐখোয় লাক্লে। গাড়ী থাকমদা এম্বেসেদার কার অহনবা অমা থাত্নুনা লৈরম্মী। মত্নুদা ঐখোয়গী পোৎ ঙম্না হাপকৎলে। চৎলসি হায়ত্নুনা গাড়ীত্নু থোরে। গাড়ী মন্নুংদা হংঙি ঐনা গাড়ীসি করম্না ঐখোয়বু ঙাইরমলিনো? থোঙম্বীগি মরূপ অমা এলহাবাদতা লৈ। মঙোন্দা টেলিগ্রাম ভৌথি মাবু ওকপীরম্মু হায়থিবনি। অত্নুনা মরূপত্নুনা থাবিরকপনি। গাড়ী মন্নুংদা য়াওরিবা রেডিও অত্নু থাগৎলে। মুংঙাই মুংঙাইবা ঈশৈ শক্লি। তাত্নুনা চৎলি। অস্নুম্না চৎপত্নুনা য়ৌরে ঐখোয়না লৈগদবা হস্টেল। সহরদৈ

খরা থাপতক্না লৈ হস্টেল অতু। পংথাপ থাপ্লদি নত্তে। ঐখোয়না হায়নবা লরায় মকোক ইম্ফাল মমৈ হায়বা লমদাতুনি। তোংলকপা কারতু ঐখোয়বু থম্বীরম্লগা হনখ্রে। ড্রাইভর অদুগা থৌঙম্বীগা কৈ কৈনো খরা ঙাওনখি মানা হল্লমদাইদা। ঐনা থওইনা তারুদবনিনা খঙদে করি ঙাঙনরিনো হায়বদো।

হস্টেল অতু তুই মুলানি। মথক মখা নাইবা। এগ্রিকলচর তম্বা ছাত্রশিংগীনি। মখোয়গী কালেন ছুটি থারিঙৈ হাঙদুনা ঐখোয়ব লৈহনবনি। অহানবা নোংমা মীনিতু মী কয়া য়ামদে। নুমিৎ মরীনিকা শুরকপা অতুরাইদদি য়ামখ্রে। ঐখোয়না লৈরিবা ব্লোক অতু পিকপু থল্লমগদ্রা খল্লি। মথক্তনি ঐখোয়না লৈগদৌরিতু। কাথোক কাশিন কয়া খুদোং চাদে। নহাগীদি কৈস্নু কায়দে। মথক অতু ঈশিং মরাঙ কায়না ফংদে অদুদা থৌঙম্বীনা চালাক মচা অমা তৌতুনা ৱার্ডেন সাহেবতা অস্মুমনা হায়রুরে—ওচাদি ডাইরেক্তরনি, অহলস্নু ওইরে. কাথোক কাশিন্দা খরা ৱারে। অদুগা মাদি অফিসার অচৌবনিনা কা অমদা তোঙাম্না লৈহনসি ঐখোয়গী ইরক্তা থম্নসি ফজবা ৱাংলি হায়না। ঐ মখাদা কুমথরে কা অমদা লৈরে। অদে ওচানা দরকার লৈরকপা মতমদা মথক কারক্তুনা মহোয়বু কৌরবা ঙম্মোই। অতুনা মখাগী কা অমদা মহোয় অনী লৈরগে হায়তুনা মহোয় অনীস্নু মখাগী কা অমদা লৈরে।

থৌঙম্বীনা ঐবু এলাবাদতা চাউহনবসি মহানি। করি হায়রুনি ঐদি চাকফাও চাক চাফমদা চাদবনি। ঐগী কাদা পুশিল্লক্লগা চায়। ময়ামগী মরক্তা ঐবু চাক চাহনগম্নুসি তোঙাম্না চাহনসি খর রেসপেক্ট উৎপা চুম্মী হায়রুমাল্লে।

হস্টেল অহুগা ঐখোয়গী ট্রেইনীং সেণ্টার ওইরিবা কলেজ অহুগা মাইল ৭/৮ লোম লাপনৈ। কালেন ছুটি মন্নুং ওইবনা মফম অহুদৈ সহর য়োবা ফাও বস চাং নাইনা চেন্দে। ট্রেইনীং সেণ্টারগী বসনা ঐখোয়বু হোনদোক হোনজিন তৌই। করিগুম্বা মুমিংতা থেঙনা লাকপস্তু য়াউই লাক্তবস্তু য়াউই। চাং কয়া নাইদে। অহুনা বস ঙাইনদনা মরান্নাই চংনখিবস্তু য়াউই অফং অফংবা গাড়ীনা। লন্নাই চংচরিবৈ মরমদি কলেজ অহুদা তৌরিবা ট্রেইনীংদো ভোঙান তোঙানবা হস্টেলদা, অমদি মরন্নাই য়ুম রাইরগা লৈবা, অনকপা হটেলদা লৈবা য়াউই। অহুনা ক্লাস হেক্তা হৌরম্মী। ক্লাস মাঙদনবা মান্না মানা থোকপা শিনজহুনা অফংবা গাড়ী তোংহুনা চংনবনি।

হস্টেলহুদা লাকপা গাড়ী চাং নাইরক্তবদৈ ট্রেনীশিং অহু অময়ম অনীনি চংনখিহুনা মরন্নাই লৈনখ্রে। মমৈথংদদি ঐখোয় মরী মঙাতা ঙাইহৌরে। মী য়াম্নক্রবনিনা চাবদস্তু বেরা অমা লাক্লে। চাক থোংবা মী থোংঙু য়াদ্রে লাক্রে হায়হুনা চন্না হেনবা তারক্লে। চাক থোংবশিংহু এগ্রিকলচর ছাত্রশিংগী হস্টেলহুগী চাকথোংবশিংনি। নেকপনি। মী য়ামলিঙৈদদি মহোয়স্তু হরাও হরাও থোংঙম্মী। মী য়াম্নক্রবা অহুদা মহোয়স্তু তন্দুনা লাক্রাজাংনি। মহোয়না থোংলিঙৈদা অয়ুক মহোয়দা পোৎচৈ কৈথেলদগী লৈননবা ঐখোয়না খায়নহুনা পীরগা মহোয়না লৈরগা থোং থাকুনা ঐখোয়দা পীজবনি।

ওইরিবা ফীবম অহুদা থৌওম্বীনা রাদে'নদা চং রাকংলুই। মুমিংতুমদি ঐখোয় অহুমগী চানবহু থৌওম্বীগা মোদেলগা চংতুনা

হোল্লুই রার্ডেনগী কাটরদৈ। থৌঙম্বীনা—স্যার অস্নুম্না অস্নুম তৌরদি ঐখোয়গী গভর্ণমেণ্টতা খঙহনথ্রগে। ট্রেইনীং লোইদ্রবস্নু ঐখোয় হল্লক্লগে হায়থ্রগে হায়রুবদৈ কিরমালে। নুমিৎ হুমনিতা ঙাইরবনি ট্রেইনীং লোইগদবা। ঐখোয় অহুম নত্তবা ট্রেইনী অনী অমস্নু লৈরি। ঐখোয় মঙা পুন্না লৈবা মতমদা রার্ডে'ন মশা লাক্তুনা ঐখোয়দা হংলৈ। অনী অহুমদি মপান্দা মহোয় অহুম শীন্দুনা চাজরগে হায়। থৌঙম্বীনা হায়—ঐখোয়দি আরাপ্পদৈ লাকপনি অহুনা মপান্দা চাফম মফম খঙদে ঐখোয়দি হস্টেলসিদ লৈয়ু হায় লৈহল্লবনিনা হস্টেলদা চাগনি হায়রে। অদৈ রার্ডে'ন অহুনা নহোয়দি অহুমদনি নহোয়গী চাক তোঙান্না থোং থাকপা হায়বদো কয়া খুদোং চারোই। অহুনা ঐগীদা পুন্না থোংলগা পুজারীবু পুহল্লক্লগা সিদা চারো হায়রে। য়ানহুনা নুমিৎ হুমনি ট্রেইনীং লোইদ্রিফাও রার্ডে'নগী ময়ুমদৈ পুরক পুরক্তুনা চারকই।

সেণ্টরগী গাড়ীনা চৎলদি লম্বীদা মত্তেক মত্তেক খামদে মফম অমখক্তুং নত্তুনা। খামলিবা মফম অহুদা কৈথেল মচা অমা লৈ। হৈনৌ পাম্বানিনা হৈনৌনা নমনা য়োল্লি কৈথেলদো। শড়কী মায়কৈ অনীমক্তা ফম্মী হৈনৌ য়োনবা। মমাঙদা পৈরি হৈনৌ অমুনবা মপৈ মপৈ। কৈথেল মচাহু নাপু মচু মানবা হৈনৌনা পুমথল থল লৈত্তেংলি। য়েংথোকখিবা মায়কৈ খুদিং হৈনৌগী হৈনৌ ঙাক্তা। গাড়ী ঙহাক খাম্বা অহুদা চোংথনখি ময়াম পোৎ কৈদগী। খাও থন্না থন্না লৈনৈ। হৈনৌনা অয়াম্বা লৈনৈ। অতৈদি সাবন, থাও শম তয়নবা. য়াথীন ব্রশ পেস্ট, শমজেৎ মিংশেলনচিংবা য়োল্লি। অতৈদি য়ুমগী নুমিৎ খুদিংগী চঙদবা য়াদবা পোৎচৈ ঙাক্তনি য়োল্লিবা।

হস্টেল ছুটি থারিবনিনা থোবী লাক্লে। ফি রোল মশা মশানা শুজে। মোদেল মাই ফিতমক শুই। থৌঙম্বীনা মচিন পোমথোক মুরুম মুরুম শোন চঙঙকে হায়হুনা চঙঙকই —

-- ওচা নঙকি শুগদবা ফি মখৈ পীরো। ঐ শুপিরগে।

— সাবোন কাদি লৈরবরা ?

— লৈরে।

— কদায়দৈ ?

— কৈথেল মচাদৈ লৈরকপা।

ঐগী মোম্পাকফিদক, মোনখুম, ফনেক্লচিংবা ময়াম অমা শুপকোন কোল্লগা শুরুনি হায় পুথোকখি। ভাও ভাওহুনা থোকখি— "এটিকেট কৈমতা খঙদে। মা মতোমতগী ফিতমক শুই। ওচাই ফি মচা অমাফাও য়াওবিকে হায়ত্তে। ওচানা করম ফি শুরুনি ? মশকমক্লা থীবনে। ফিজেৎনগা ভীল কাঙ হেক মাল্লদনা "

হৌনা থৌঙম্বীনা হায়বা তাখি "মোদেল নঙ ফি শুপা লোইরপরা ? লোইরদি ঈশিং খরা হোল্লো ঐ ওচাই ফি শুপিকে।"

মুংথিল পুং ৩/৪ তাবৈ অহুরাইদা থৌঙম্বী ফি কংলে হায় পুহনা লাকই। কা মম্নুং চঙঙক্লুনা মোনখাও হানজিনবিরে। মোম্পাকফিদক ফজনা থাজিন ফম্মুংহু শেম্বীরম্মী। অদৈ মহাক চৎলগে হায়হুনা কাদৈ থোকপ্রে। থোকখিবা মতুং পুংথায়মুক খর হেল্লপ অহুম ওইগদরা লৈরগা অমুক লাক্লে। থোঙজিন্দা পারদার হাইদোক্লগা "ওচা" হায়না কৌরকই। ঐসু খুম্মী। মাই ফিজোলহু উবদা ঐ ভাব তাই। মানা রা হায়ব্রিঙৈদা ঐনা হাম্না রা হৌদোকই।

— নঙ কোয়খোকলুগে হায়বা নত্রাও ?

— মানে ওচা। ঐনা হায়ত্রিভে নঙ কম খঙগ্রা ?

— ঐদিনে হেক্তা খঙজাৎনি। হস্টেলসিদদি কনামতা পার্মিশন লৌনদে। পংচৎ মচৎনৈ।

— তুদা ওচা ঐখোয়তি ওজাই তুং ইন্দুনা লাকপনিদো। ওচা তাক্লমদনা চৎথোকনীংদবা।

— অতুবুদি চুম্মীনে। অতুবু নঙ চৎলো কোয়রুরো। অদুগনে হনদি হল্লকউকো।

-- হল্লকনিদা।

হায়রম্মগা মোমোন নোক্তুনা হল্লাওনা থৌওম্বী থোকখ্রে। ওহাক লৈরগা মোদেল চঙঙকই। হায়রৈ—

-- কোইজোম্বা মুপা অমগী মোতোর সাইকল মনীং নপতুনা থৌওম্বী চৎখি নোক নোক্তুনা। মা চৎলিহু কদায়তনো ওচা ?

— খঙদে। মানা চৎনীংবা মফমদা চৎচসনুদা। হল্লরুগা লোইরে। চেকশিন্দবা নিয়ম লৈতবা হস্টেলসিদবু। চৎফম লৈতবনিনা নঙ ঐদি চৎথোকত্রেদনা। চৎলো বিয়াররদা চাহুম পুরকউ হায়রুচো। ঐখোয় অনী চা হাওনা থক্তোকসি।

সন্ধ্যা মতম অহুন্নাইদা মোতোর সাইকল মখোল অমা তাখি। ওহাক লৈরগা থৌওম্বী ঐগী কাদা চঙওই ময়োম অনী পায়। হায়রকই—

— ওচা ঐ হল্লক্লে।

— কৈনো নঙনা পায়রিবুদে।

— অচাপোৎ ঙাকনে। ওচাই চানবা লৈরকপা।

অচাপোৎশিং থম্নবা টেবলসি হান্না শেংদোকখিগে হায়রুনা থৌঙম্বীনা টেবল শেংদোকপা হৌই। ঐনা হায় নঙগী ছারী ফজবতু মোৎলনি। হান্না নফি হোংদোকলুখো মত্রবদি ইচু চুরনি। চুম্মীনহৈ হায়রুনা মহাক খাওশিংতু টেবল মথক্তা থনম্লগা মফি হোংবা থোকখি। খল্লি ওখাক্তি ঙম্বা জাৎনি। খবক ঙম্মী, মী ঙম্মী, মানা ঙমদবা লৈতে। পুন্নমকসি উবদৈ ঐনা মাবু থৌঙখী হায়না মিং থোনখিবনি। চপ চাবা মমিংনি।

মহাক লাক্লে। ময়োমশিংতু লৌথোকই। মনুংদা চেগী উপু ফজপ্রবা অহুমথক য়াওরম্মী। মতু উবদা ঐনা হংঙি —

— চেগী উপু ফজবা অহুমতুনা করি করিনো?

— ওচা নঙ উপুসি অমুক্তা উদ্রিপরা? থঙতরা?

— খঙদে। উদ্রি।

— অতুপুরাও ওচা নঙগী চানবা পোৎ ঙাক্তনিদা। সিদদিনে ওচা সিগুম্বা চেগী উপুদাঙাক হান্নগা অচাপোৎ য়োনপনে।

মথং মথং লৌথোক্লুনা য়েংহল্লি ঐঙোন্দা। সিনা পুরি, সিংহারা, কচৌরি হাপ্পা উপুনি। উপু অসিমনা শাক, শবজী অচারনচিংবা। অতোপ্পা উপুসিনা অথ্রূব অহাও, মতু, বেরা, রসগুল্লা, চমচম, জিলিবী। ইনাক কৈরাক থুনবা শেনজাও পায়বশিংনা শ্রাদ্ধ, হৈজীংপোৎনচিংবদা শীজিন্নবা অচাপোৎ হাপ্পবা উপুতুনি। মতম

অতুদদি মণিপুরদা য়ৌরক্তি শীজিন্নদ্রি। অতুনা খঙদবনি। মুমিৎতুদা উবনা অহানবনি।

— নঙনা লৈরকইবা ময়াম অসিদি কনানা চাগনি? লোইনা চাবা ঙমলোইনে কমদৌনি?

— ওচা মদেলসু কৌবিসিরা?

— হোয়নে। লাকমিন্নরগা মাবু চিৎথবা হৌনদে। কৌবিরুগে।

মদেলসু লাক্কুনা ঐখোয় অহুম চামিন্নরে। অথুম অহাওগী মফম লৈত্রে অতৈতু চাবদা পূক থনদোকখ্রে। থোৌঙম্বী ঐগী পূক্তা অথুম অহাওগী মফম লৈত্রে কমদৌনি হায়রে। মানা অতুতি ওচাকী হয়েং চানবা থম্লসি হায়তুনা আলমারী মনুংদা থমজিনবিরমলে। ঙসি মুদাং চাক পুবরুদি ঐদি চাররোই হায়বদা থোৌঙম্বীনা মানা হান্না পুরকনু হায়রম্লে। ঐখোয় অহুম্মক চাররোই হায়রমলবনি।মতু তাবদা মদেলনা মাদি য়াম শিংঙিনে হায়রকই। থোৌঙম্বী পোমিৎ উবী চালাক লৈবী মুপীনি। মানা খঙদবা লৈতে উদবা য়াউদে।

লম্লাই গাড়ীদা চৎলদি খামহন্নীংবা মফম খুদিংদা খাম্বীয়ু হায়বা য়াই। বাজারগী হৈনৌ য়োনবা-মফমদৈ লৈনীংলগা লৈবা ফংদবতু হৌজিক্তি লৈবা ফংলে। লম্লাই গাড়ীদা চৎলবনিনা খাম্বীয়ু হায়বা মফমদা খামলে। ফরক্তা উখোঙ রাখোঙদা, কৈথেল মচাদা য়োনবা হৈনৌদৈ কৈথেল অচৌবদা য়োনবনা হেন্না ফজে চাউই অথুইবা য়াওদে। লৈনৈ চৎমিন্নরিশিংদো পুবা ঙমদখৈ। চাবা লোইবা ঙমনি ঙমলোইদি মহোয় খন্দে। এলাহাবাদ অসে হৈনৌ লম ওইনা

ভৌই। শড়ক্কী নাকল অনীমক্তা পৈরি হৈনৌ মপৈ মপৈ। এলা- হাবাদ সহর হৈনৌগী কৈথেলনি। লোরী মপোৎ মপোৎ থল্লা পোলাংদা হাপ পুথ্রি মপান্দা থাদোক্লবস্নু।

নোংমা টে্রইনী ময়াম পুথ্রনা খুৎশেমগী উমং য়েংবা চৎলি। শাগ্রবা এলাহাবাদ কুম্বা লমদস্নু উ রা ফজনা য়োখৎতুনা থারদি অইংবা লম অমা ওইহনবা য়াই অসিনি এলাহাবাদ সরকারনা উৎনীংলিব। উমং মচাত্থু সরকারনা শেমগৎতুনা ঙাক শেন্দুনা থমলিবা মফমনি। ফনা চাউই থুংনা চৎপদা খর রানা থোকই। উজাও কয়া হৌরি। অশাবা লমগী উরী অচৌবী মনা পাকপী অসিনচিংবা হৌরি য়েৎলি উপালশিংদা। লী পাম্বী, য়ুবী পাম্বী, কোনা পাম্বী অসিনচিংবা পরেং পরেং নাইনা হৌরি। উগী কারোং খুদিং শাংলি নপলি মখল মখলগী খোঙ্নুনমেলৈ। মনুং খর হুনজিন্না চঙলদি হৌরিবদো ঐখোয়গী চীংগী লমদা হৌবা উরী উপাল মাল্লি। মত্থু উবদা মদেলনা হায় – ওচা সিত্তি কৈস্নু য়েংনীংঙাই লৈতেকো। ঐখোয় চীংদা হৌপা উনা, উরীনা ফচপা হেল্লিপো।

উমংত্থুই মনুংদা শেম্মী লৈকোল মচা মচা। পুথ্রী মচা মচা শেমত্থুনা ঈশিং তুংহল্লি থরো শাংহল্লি থম্বাল শাংহল্লি। খুৎশেমগী ঙাকনি। ঈংথ্রে মুংঙইথ্রে ফজথ্রে হায়নৈ য়েংবা লাকলিবা মীশিংদো অমগা অমগা। মখোয়গী অত্থুদনা খুৎশেমগী পুথ্রী মচা অত্থুদা থম্বাল ১/২ তা শাৎপনি। ঐখোয়গীদনা পুথ্রী পাৎতা থম্বাল অঙাঙবা অঙৌবনা পাক্ল শম্ন কুক কুক ইম্রনা শাৎপনি চীংয়াদা তময়াদা। মসিগী ফজবা উত্থুনা লাক্লবা ঐখোয়নি মহোয়গী খুৎশেম উমং মচাত্থু

উবদা নোক্নীংবা অমা ফাউই। ফজদবদি নত্তে। মহোয়না শেমলিবা উমং মচা অদুই ফজবনা খুৎশেমগী ফজবা, ঐখোয়গীদনা মহৌশাগী ফজবা। অসিতনি খেন্নবা হায়বু।

য়েংবা লোইরদুনা হন্দোক্নরকপদা ময়াম্না ঙাওনৈ রাবিনৈ ফজখ্রেদা মফমদো, হৌহৌবা উপালশিংদো, য়েৎহৌবা উরীদো শাৎহৌবা লৈদো, পুথ্রীমচাদুই ঈশিংদো অসিনচিংবা। ঐখোয় অহুমদি চৎপৈ কমলাক চোকপনে. য়েংলুবিবা অদুনগা নোংমা মুম্মিৎ চুপ্পা অমা কাইথোক্তুনা য়েংবা য়াবা পোৎশক অমা ওইবমদবা অদুই শাউনীংবনে, রাবনে পাখিদুনা রাগী মহেৎ অমত্তা ঙাঙনদ্রে। মীনা হঙবস্মু খুমদ্রে।

দিনর অমা চাগদৌরি ঐখোয়। এলাহাবাদকি অন্নপূর্ন হোটেলদনি। অফাওবা মমিং চৎপা অচৌবা হটেলনি। থৌঙম্বীগী মরূপ অমনা পীজবা দিনারনি। অন্নপূর্ন হোটেল হেক চঙবদা থাবল ফজনা থোকঅম্মী। অহানবদা ঐ খর ঙকই, হটেল মন্নুংদা কদায়দৈ থাবল? কাইনথংদা ভাব তারকখি ঐ বিজুলীগী শক্তিনা শেম্বা থাবল মণ্ডালনি হায়বদো।

কোইয়েং য়েংবদা টেবল অমদদি সিট অহুম হাঙলি। থৌঙম্বীগা ঐগা থুনা চঙশিন্দুনা ফম্মী। মদেলবু অহাঙবা সিট অদুদা ফমলো লাউ হায়না কৌবনি। হৌনা রা ঙাঙনদবনিনা তপ্পা কৌবনি। মদেল ঐখোয়না কৌবা তাদে। চাকচা টেবল অদুদা শাজাইরিবা ময়ামদু ঙক্না য়েংদুনা লেপ লৈথোকখ্রে। তালক অদুদা ঐখোয়গী টেবলদা লৈরিবা অহাঙবা সিট অদুদা মুপা অমা চঙঙক্তুনা ফমখ্রে।

“অস্নুক পঙবা মাবু ঐখোয়না করিকী পুরকপ্রকো।” হায়দুনা থৌঙম্নীনা শোল্লি। মদেল তোঙান্না টেবল অমদা ফম্বা তাথ্রে। অতৈগী মরক্তা চঙদুনা মদেল ফমখ্রে। মাইদমক থৌঙম্নী রায়। চাবা হৌনখ্রে।

মদেলদি ময়া কাথোক্লুনা মী য়েং য়েংদুনা চাক শায়। য়া উমশিন্দুনা মখোল থোক্লুনা উমশায় শায়গদবনি হায়বা মহাক খঙজদে। টেবল মেনারস্নু খঙদবনি মহাক্তি। থৌঙম্নী চাফম খংদ্রে মদেলদা য়েংদুনতা লৈখ্রে। অদুগা হায়রকই—“ওচা মাবু করিকী পুরকপনোকো? য়েংঙু নে ওচা ময়া কাথোক্লুনা চাক শায়রিসে। তিল মরী মরী উরে হায়মী ওচা। থংননা ফম্মীন্নরিশিংসে তুকচরমনি হায়মি ওচা। ঐদি মী মমাঙদা ইকায়খ্রেদা। ঐখোয়সি চাওখংতবনি হায়রমনিকো। ঐখোয় ইনাক্তা ফমহন্নবা কৌবস্নু মনা পঙব্রা কৈনো তাদেতো। ঐখোয় ইনাক্তা ফম্নদি খরস্নু ফকদপা। মাবু ঐখোয়না করিকী পুরকপ্রা?”

অন্নপুর্ন হটেলদা চারকপা ডিনারদো হাউদি হাউখ্রেদা কাউবা য়াওদেকো মাহাউদো।

এলহাবাদকি ট্রেইনীংদি কমদোই। ওজা অহল অমা য়াউই। মহাক্তি মুমিং খুদিংগী ক্লাস লৌই। ক্লা ডাঙশং ডাংনা চায়। লেপ্পা লৈত্তে মচিন্দু ক্লা শায়দুনত লৈ। মহাক ডাক্তরনি। মমাঙ ফান্দকা ফমলুরদি ক্লা মনম ফাওরকই। মানা তাকপীবদা নীংশিংলিবা হায়বু—এমাইনো এসিদা. কার্বোহাইড্রেদ, ভিটামিন, কেলোরি অসিতনি। ডাক্তর মুপ মুপী য়াম লাকই, নিউট্রিশনগী এক্সপার্ট কয়া লাকই

তম্বীবৈ তাকলৈ। ফিলম সো কয়া উৎলি য়েংহল্লি ট্রেইনী ময়াম্সু। অরোইবদা পরীক্ষা মচা অমম্সু লৌই।

এলাহাবাদকি ট্রেইনীংদু লোইরে। ময়াম হম্নদৌরে হায় মবাঙ মরাঙ ত্তৌনরি। ময়াম মপোৎ মপোৎ য়োম্বা লোইনম্লে। থৌঙম্বীনা ঐগী ফিরোল লোইশিনবিগ্নি বেদিংনচিংবা য়োম্বীরি। মানা হায় ওচা মদেলসি রা য়াম খঙতে। ওচাই পোৎ য়োম্বসে মাম্সু য়াওফম থোকপনিকো। মা ঐ চঙ য়োমিন্নকতপনি। মাতি য়াওকে হায়ত্তে।

অম্সুম্না হাক্লনরিঙৈ তানজা অদুদা কার অমা ঐখোয় লৈরিবা হস্টেল অদুগী মমাঙদা থাম্বা মখোল তাখি। মখোলদু তাবদৈ থৌঙম্বী চেম্হোকখি। হল্লক্লগা হায়রৈ—

— ওচা! ঐখোয় চৎনবা গাড়ী লাক্লে।

— নঙনা ক্লায়বম্বরা?

রায়বা নত্তেতা।

-- অদুদি কনাই গাড়ীনো? ট্রেইনীং সেণ্টরগী গাড়ীরাও?

— অমতা নত্তেয়ে ওচা। ঐগী মক্লপতো অতুনা ঐখোয়বু স্টেশন্দা চৎননবা থারকপনে। ওচা চৎলসি।

অম্সুম্না ঐখোয় কারদু তোংদুনা স্টেশন য়োরে। থৌঙম্বীনা ড্রাইভর অদুনা চৎলমদাইদা হায়খি—সাহেবতো ঐনা থেঙ্কস তৌরকই হায়না তম্মুকো। অদুগা ড্রাইভরদুদা বকসিস লুপা ২০্ সু পীখি। প্লেটফোর্মদা চঙলে। কলিকাতাই রেলগাড়ী থাফম প্লেটফোর্ম চঙদুনা মহাক্লা হংলুরে। নম্বর খঙলদুনা চঙলে কুলী অনীবু মাল চাংদু পুহল্লগা। ঐখোয়দৈ হেনগৎতুনা থৌঙম্বী

চৎখৎখরে। খর চৎলুরগা হল্লক্লুনা হায়রে—ওচা ঐখোয়গী রিসা· বে´শনগী চে থেৎতুনা লৈহৌরে চৎলসি গাড়ী কাখৎলসি হায়রে। কুলীগী ভারানচিংবা থৌঙম্বীনা ঙম্না পীখ্রে। ঐনা থৌঙম্বীদা হংঙি—

"নঙনা ইত্তৎ তৎতনা ঐবু ফাস্ট´ ক্লাসতাঙাক চৎহল্লি। সেকেণ্ড ক্লাসতা চৎস্নু য়াববো। ম্নুংবুদি ফাস্ট´ ক্লাসতা চৎপনা ম্নুংঙাইনে। অউবনস্নু ব্যবহার খরদি মতৌইদো।" রাহয়শিং অসি ঐনা নোক্ল নোক্ল হায়বনি। মরমদি মখোয় অনীদি ফাস্ট´ ক্লাস এনটাইটল তৌদে। মত্থু খঙনবা ঐঙোন্দা পান্শিনহ্নুনা হায়বনি।

— ওচা নঙসি ওম্থোক্লা পঙখ্রেদা। ঐখোয়না চৎলিবা খোঙচৎসে লন্নাইগী চৎপা নত্তেয়ে। সরকারগী থবক চৎলিপনে। ভারা মহোইনা পীচকত্পনে।

— সিট রিসাবে´শনগী করিগী হান্না হেক হেক থেৎতুনা লৈরম· লিবসিনা কনানা বিসাব´ তৌরিবা ?

— ঐনা হায়খিপা অহুই মতুং ইন্না ঐগী মরূপনা ভৌপিরম্বনিদা ওচা।

— নঙগী মরূপ অফ অফবা লৈরম্বনা ঐ কয়াদা ম্নুংঙাইরবনো। নঙগা চৎমিন্নরমদ্রদি ঐ স্নুম্না ম্নুংঙাইরমলোই।

— ওচা !

# ঙাম্নলৈমা ইমাই খুভম

নোংমা চুড়াচাঁদপুরদা টুর চৎলি। চুড়াচাঁদপুর য়ৌগদবা খরা ব্লাৎলিঙৈ এগ্রি ফার্ম লৈবা অদৈদি খজিক্তুং চৎলগা খুল অমা লৈ। সড়ক অচৌবা অদুদগীদি মনীং পাংনা চঙবনি। মতম অদুদা থাঙ্গ সাহেবনা ডেভেলপমেণ্ট কমিশনর ওইরি। হায়রিবা খুল অদুদা বালব্লাডী সেণ্টার অমা লৈ। সেণ্টার অদুদৈ দরখাস্ট অমা থাবকই। দরখাস্ট অদুগী শমলপ্পা মরোলদি সেণ্টাব অদুদা অঙাং য়েংশিন-বিনবা নার্স অমা থুনা থাবিরকউ। পীরিবা শঙ্গোম মকুপ অদুনা অঙাং মশীং য়াম্বনা পীথকপা কোন্নদে। শঙ্গোম খব্র হেন্না পীয়ু অসিনী।

এনকোয়ারী ভৌকচো অদুগা রিপোর্ট অমা পীখৎলকউ হায়দুনা কমিশনরনা দরখাস্ট অদু ঐঙোন্দা পীথরকই। চে অদুই মতুং ইন্না ঐ খুল অদুদা চৎপনি। খুল অদুদা বালব্লাডী সেণ্টার কদায়দা লৈ হংবদা কনামতন্সু খঙবা য়াওদ্রে। মুপা মচা অমা খক্তনদি হায়রকই—অঙাং অদুনা মুপা অমগী মমিং পন্দুনা হায়রকপনি কাউথোকখ্রে মমিংদু। মাগীদা শঙ্গোম বেগ অচৌবা মরক মরক্ত পুবকপা উই। মহোয়গীনি হায়। মতম অমদনে কো অঙাংশিংতা পীজবসু উই। অতৈতি খঙতে। হায়রিবা মুপাদুগী য়ুম অদুদা চঙলে। থোঙ লোনদুনা লৈরম্মী। ঙহাক লেপ লৈরে ঐখোয়সু। হংবদা য়ুম্মুদু লৌদা চৎখি হায়। ঙহাক লৈরগা য়ুম্মুদু চেন্না চেন্না লাকই মুংশা

থবেং থবেং হোন। য়োফাংত্রিডৈ মানা লাউরক্কই—ঐ জিব থৌজিনখিবা উপত্তা চেল্লকইপনিনে লৌবুক্তে।

— ফরে নঙ লাকপা রা ভাঙনরসিকো।

— ভাঙনরসিনে। ঐনা থাখিবা দরখাস্ট অদো নঙ ফংলব্রা?

— দরখাস্ট থারিসি নঙলাও?

— মানিনে মেম সাহেব। ঐনা থাবা দরখাস্টনে। মতুকি-উংকার লাকপা ওষ্টপরা?

— বালব্রাডী সেণ্টপইদমক নঙনা করম হায়না দরখাস্ট থারিনো?

- মেমসাহেব স্নমতৌপনিতা। ঐগী ম্নপীতো অত্নুনা বালব্রাডী-গীনে ওচা ওইপনি। মা হৌজিক শিথ্রে হায়পা। কুইত্রি থা ৩ লোমতা ভাইরিতা। মা শিথ্রে হায়সে নখোয়তা তাকথোকপিত্তপনিকো। খঙলদি মাই তলবস্নু পীরকলোইতো। শঙ্গোমস্নু ফংলোইতো। অত্নুনা তাকথোকপিতবা। থবক পূন্নমক ঐনা তৌপনে। মাতি নাই হায়তুনতা লৈপা। মেম সাহেবস্নু খঙলিব নত্রাও মাই শঙ্গোম শরাক্তো ঐনা হেক হেক লৌপা লাকপাত্তো মা নাত্নুনা তৌপনে।

— ফরেনে অমবু ওইরস্নু অমবু ওইরস্নু। নঙনা নার্স অমা থাবিরকউ হায়রিসিনা করিগীনো?

— অতুপুরাও ঐগী ম্নপীতো মচা অপীকপা অমা থনম্মগা শিখি-পনে অঙাংত্নু য়োকপত্তা ঐ য়াম রারে। অঙাংপু হোৎনগত্রা লৌতবু চৎকদ্রা ঐ মফম খঙতপনিনে। অঙাং অত্নু য়োকপীনবা ঐনা সরকারদা নার্স অমা নিপনিনে।

— খঙলে। ভাব তারে। ঐ রা অমা হায়রগে নঙ অতু মুন্না তারোকো।

— মেম সাহেব তাকে তাকে।

— নঙ নশা নহা ওইরিকো। নুপী অমা থিরো নুপী অতুগা নঙ অমুক লুহোংলো। নুপী অতুবু নঙগী নচাহু য়োকহল্লো। অতুগা বালরাডী সেন্টরগীদমক্তি নোংমা মিতিং অমা তৌরসি। খুনগী নিংথৌ অহল লমন শুনা কৌরসি মিটিং অতুদা লাক্লবা। খুন্না য়াবা নুপী অমা মহোয়বু খলহল্লসি। নুপী অতুনা বালরাডী অসি চালাইহল্লসিকো মতুনা ফবা তারে।

— এ মেম সাহেব অতুতি করি রানোতা মতুম তৌরতি ঐতি মাংচরেতনা। তলবসু ফংঙরোই শঙ্গোমসু ফংঙরোই। মতু ওইবা য়াবা থবক নত্তেতা। মেমসাহেব মতুম তৌপিমুতা।

— নঙগী নচা অঙাংতুগী শঙ্গোম চাকথুং মুমিৎ খুদিংগী ফংদোরিতুদি।

— অতুতি খিক্তং ফংকতৌনে অঙাংনা থকপাফাও কোন্নরোই। মেমসাহেব নঙনা হায়রিসি অওইপনিকো।

— অওইবনে অওইবা।

ঐখোয়সু চৎলগে এনকোয়ারী লোইরে হায়তুনা য়ুমতুদৈ থোরকলে। মুপাহু মকোক্তা মথুং হাপতুনা করি মুংগী দরখাস্ট থারুবনোকো হায়তুনা ফমতুনা লৈহৌই। ঐখোয় হল্লক্লে।

ঐখোয়না চূড়াচাঁদপুরদৈ হল্লকপদো খর ঙল্লি। ঐগা লোয়নরিবা ই ও অতুনা হায় "ঙন্না ইম্ফালদা হনবৈ মহুৎতা সোমদা

সাঙ্গতোনদৈ ফাওপ্রগা খুগা তুরেলগী তোর্বানবু তাপ্রদি অতুম জীব চৎপা য়ারে। অদৈগীদি কুম্বী তাপ্রদৌনি। নোংবাম্না মজাইবেম্বা মোইরাং থোইবী লোই কারকপা ওকপা চৎপদা তেরা পাম্বী কাতুনা থোইবী লাকপ্রা য়েংঙি হায়বা তেরা পাম্বীতু হৌজিক ফাওবা হৌরি। লিবদি উতু য়াম লিরে হায়। তুখি তেকখিত্রিবৈদা ওসিদি ওনমু ওল্লি অমুক্তা য়েংঙ্ সিদো। ইচেবেম্মদা য়ারদি চৎলুবা য়াইনে।" ময়াম অতৈ চৎমিন্নরিশিং অতুনমু 'য়াই য়াই য়াম্মুংনা হৌদোরকই রাকমসি ঐখোয় ল্যোয়না য়াই" হায়তুনা পাংশিল্লকই। ঐমু ময়াম্না য়ান্নবত্থদা কৈনে চৎলুসি হায়তুনা চৎলে।

ফনা য়াম শাংনা চৎলে ঐখোয়। থর চৎলগদি গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লৈরমদরে। কোইনা চৎলবদি গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী লৈ। শম্বা তারগদি খোঙনা মতেক থরা চৎপা তারে। খুল্লকী লম্বীমু খোঙনা মতেক মতেক থরা চৎকনি। অদৈ জীব গাড়ী চৎপা য়াবা লম্বী থেংনগনি হায়না খুনজাশিং অতুনা তাকলে চৎকদৌরি লম্বীতু। মখোয়না তাকলকপৈ মতুং ইন ঐখোয় চৎলি। লম্বীতুদা চুমথ্রিংনা চৎলবদি কুম্বী তেরাথা তাবনিমু মহোয়না হায়রকই। মতেক থরদি লৌবুক্তা লৌরী শমতুনা খোঙনা চৎপা তারি। লম্বী অতু মতেক থরদি শলপাড়ীগী লীকলম তাবগুমমু তৌই। জীব ড্রাইভর অতুদা স্পেসিয়েল গীয়ার পাম্বুনা লৌরী লাম্নো অতুগা লৌবুক অতু লাম্থোক্লগা লম্বী অকবা ফংলদি মফমতুদা ওাইরম্মো হায়তুনা জীব অতু থাদোকপ্রে। গাড়ীদা তোংলকপা ঐখোয় পূন্নমক্তি খোঙনা চৎলসি হায়নত্থলা ঐখোয় চৎপা হোরে।

লৌবুক অহু তংথায় অমরোম ওইগদ্রা চঙশিল্লগা মতাই ওইরলনা মখাপাংবদা ইনা কুপ্পা রাগী লাইখন তাবা য়ুম অমা থেংনৈ। য়ুমদোনপোকনি। য়ুমহুগী শুমাঙ লৌবুক্কু ফাওহুনা ঐখোয় চৎক-দৌরিনি। মরমদি শলগাড়ীগী লীকলম তাবননি। লীকলম মতুং ইন্না চৎথি অতৈদি কনামতা য়ুমহু হুন্না য়েং লেপলমদে। ঐদি য়ুমহু য়েং লেপতুনা লৈহৌরে। য়ুমদো লাইখন তাবা য়াইমরপ চাউবা য়ুমজাওনি মতম কুইনা মনা শিল্লক্কবা, অমদি য়ুম্বীশিংহু শিল্লক্কবনা ইপয় পয়রে, ইহো হোরে। তুদনবা য়ুম অহুই মখা থংবদা য়ুগী অনীনা ঙাকলি। য়ুম অহু হেক উবদা মিৎতৈ পি তাখিবা থঙহৌদে। থায়না ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ পাঠশালা তমলিঙৈ মতমদা লৈরকপা য়ুম অহুগা চপ মান্নরবা অহুদা। প্রাজিনা শারম্বনি হায় ইমানা ঐখোয়গী য়ুমহু। য়ুমহুদা ইমাগা ইচেহনগা ঐগা লৈরকই। মহুদা লৈরগা চাউরকপনি ঐ। নীংশিংলকই নোংমা অহীং অমগী রা। অহীংদো নোংনা ফুদিং ফুনা চুই। মপান্দা চুবা নোংগা ইমুংদা তারকপা নোংগা কনানা হেল্লমগদগে খঙদে। ইমাগা ঐগনা ছাটিন শেগায়বা অমা লৈবহু খল্লোকুনা তুপ্পী। ইচেহন্না য়াংকোক তুপতুনা নোং থল্লি। মুমিৎতুদা ইমানা হায়থি ঐঙোন্দা "নপাদো লৈরম্নবদি শুম্না ইমা ইচা ঐখোয় মুক রারমলোইদবনিদো। নঙ বাজি লৈখিদবদে য়ুমগী মনা শিনদ্রি। অহুনা নোং য়ুরিবনিনে" নীংশিং-লকই ইমানা হায়রবা মাহয়শিংদো।

য়ুমহুই শুমাঙ মতোল ওইরম্না চক মপুলদৈ অপকপা কৌ খীকথরি লা শেগায়বা অমদা মুপা মীয়ায় চল্লবা অমনা। মুপী

অমনা ক্ষৌত্থু খপলি য়াংকোক অমা পায়। মুপা অদু খুদৈ অপোৌবা লৈপাক মচু মাল্লবা অমনবা অমা শেংলি। মশাদা ফুরিংনচিংবা ফি অমতা থোংদে। মুপী অদুসু মল্লবা ফনেক খোংদাই অমা শেংলি। মশম মনা ইফা ফাই। মকোকী শম অদো শুকহাং হাংতবা মাল্লি। মাসু ফিরোল অমতা ইন্দে শেংলিবা ফনেক অদু নত্তন। অঙাং অনী লৌরীদা চেতেক কোংপী শান্নরি। মফি অমতা য়াওদে মহোয়গী মচা ওইবন্না তাই।

নীংথমথানি ঐখোয়দি নীংথম্মী হায়দুনা পুলওভর, কোট. ওভরকোট লিংলি। শামতুগী খোঙমোজা, শউনখোঙ্প, কমফোর্টি অমতা চিংথদনা নীংথম্বা ঙাকথোক্লবা শেং চারি। মহোয় মাপা মচা মরীগীদি মহোশা লাইনা পীরকপা মহোয় মহোয়গী উনশা অদুনা নীংথম্বা ঙাকথোক্লবা ফিজোল ওংবা তাই। চহী ৫ গী থৌরাংগী মথাদা লাঈরবৈ পংখৈ মথাদা লৈবা, লাঈরবৈ লাঈনা কোক্লবা সরকারগী মতেং অদো মহোয়দদি কৈদৌন্নুংদা য়োৌররোই। সরকারগী থৌশীল অমগী মথাদা অঙাংশিংদা শঙ্গোম পীথকলিবা অদুদা মহোয় অঙাং অনী অদুগী শরুক্তি য়াওদে। ঐখোয়না চাউখং থৌরমগীনি হায়দুনা পাঙথোকলিবা থবকশিং অসি চুমলিব্রা? ইতোমতা পূক্লীংদা হংজৈ। করি তৌনি! উপায় লৈতে।

য়ুম অদুই ইমুংদা য়েংশিল্লুই উরকই রাগী কাংথক অমা লৈ। মথক্কা চরু মপূন ২ থম্মী। মদুনা মহোয়গী খাঙনবা মোন ওইবা তাই। কাংথক মথক্কুদা চরু থর পারপনা চাইথোক্লুনা লৈ। মথক্কা বোড়া শেগায়বা থরসু তাদুনা লৈ। মদুনা মহোয়গী ফৈজুপ মায়থ

ওইরম্মনি। চাকথুমদনা পুল কংনানবী মপাল কায়বা অমা; এলুমিনিয়মগী তোসলা অনী লোম্নহুনা লৈ। তোসলা অনী অহুই অঙৌবা শরুক উবা ফংদ্রে। ইকোপ কোপ অমুবা ঙাক্না উই। এলুমিনমগী অপয়বা অকোপ্পা পুখম অমা অনী অহুগা তেঙ্গোং খরমু উবা ফংঙি। ব্রহ্মানা ফংঙমদ্রবা মপোক হায়বদো মহোয়গী পুন্সী অসি ওইরিদরা? মহোয়গী মপোক অসি ওইরিম্রা?

মাও থানা হান্না চংখৎপ্রি কাওবুহুনা ঐ লাক্লে হায় ঙাইবা ওইবা তাই। মহোয় পরেং শানা লেপ ঐনা লাকদবা মায়কৈরোমওন য়েংহুনা লৈ। ঐসু থুনা চৎলে মহোয় মনাক তান। মহোয়না হংঙি—"করিগীনো অহুর্ক কুইনা য়ুম শেগায়বহু য়েংহুনা লৈরুরিবা?"

তপ্না "য়ুন শেগায়বা অপয়ব অহুনা ঐবু খাম্বা" খুম্মী ঐনা। ঐগী মতৌহুদা মখোয় রা মচেৎ অমতা ঙাওখিদ্রে। গাড়ী থোৰা য়াবা লম্বী ফংলবনিনা ঐখোয় লোইনা কাখৎলে। কুম্বী তান্না থোৱে। কুম্বী তেরাখাগী নোংবান্না কাখংলগা নপহুনা থোইবী লাকপরা হায়না য়েংলম্বা তেরা পাম্বীহু হৌরম্লি। তোর্ব্বান্দা কুমথহুনা মায়ওন কয়াদৈ তেরা পাম্বীগী পোংথোকপা শরুক অহু য়েংনরি। ঐসু য়েংলি। মহু উশা তেকখিবা নত্রগা ককথংখিবা মফমদা চাউখৎলকপৈ মতুং ইন্না শৌগৎলকপা বরং কাবা পোং- থোরকপা ওইরমগদ্রা খল্লি। অহুবু মীয়াম্মদি সতী থোইবীনা নোংবান্দা তৌরম্বা শাপননি হায়নৈ। থোইবীনা কবোদৈ লোই কারকপদা নোংবান্না লোই ওকই। থোইবী লাকপ্রা হায়হুনা ঙাই- ঙমদ্রবা নোংবান্না কুম্বী তেরাখাদা তেরা পাম্বী অহু কাহুনা য়েংবনি।

নোংখানসু খোইগীনা উংখোকখে। অতুদা খোইবীমা—এনা সতী অশেংবমক্তা ওইরদি নোংবান তেরা পাম্বীদা কৈ ওন্দুনা নপ লৈহৌরোকো হায়না শাপ তৌখি হায়নৈ।

হায়রিবা বরং কাবা তেরা পাম্বীদু উরকই। হাইকেৎ মানবা অতুদা ময়ামগী কল্পনানা হায়জিনবা ওইরমনি খল্লি। খুগা তুরেলগী তোর্বানদা হৌবা তেরা পাম্বী য়েংবা লোইরে।

এনা ইমা ইবেম্মা ওাম্বুলৈম্মগী খুভম লৈব' মকম য়েংনীংঙি, য়োনীংঙি হায়বদা ময়াম্মা য়োরুসি চংসুখিসি হায়রে। মোইরাং খুনৌ য়োকাংবক্রিংঙৈ মনীং পাংবদা লম্বী মচা অমা হাইখিল্লি ইকোলদে লাকপা মোইরাং লম্বী নত্তে। কুম্বীরোমদৈ ইাইগৎলকপদনি। মোইরাং লম্বীচুদে মাইল মথায় অমরোম ওইগদরা অতুম্মা চৎলগা ইমা ইবেম্মে খুভমদো লৈ। মকম অদো য়োরে গাড়ী খামলে এখোয় কুমথরে। ইমা ইবেম্মে মাইশঙ মচা অমতং শাগে তৌরিবনি হায়তুনা অহল ৪/৫ লৈরবী। হান্নগী শঙ অতুদি পীকই থোংমু মুগে অনৌবা অমা শাকমা ফরে হায়দুনা খুনজাশিংনা খায়নদুনা শাগদবনি—শাম্বিখনি। এখোয়না চৎতুনা অকোয়বদু য়েংঙি। শঙগাঙ চাউখা নত্তে। হৃবদা অহলশিং অতুবা হায়রকই—মিস্ত্রি ইবুংঙো অনীশিবা মখোয়না ইমা ইবেমগী শঙ অসিদি লেমনা শাজয়গে শেন পোয়রোই হায়বিরে। কুপবা জিন্নকা য়োক্ত পীবিগনিসু হায়রকই। মখোয় চাবা নত্তেনা খুজনা লাইরবা ওইবনা। অহলশিং অতুনা হায়বনি।

এনা ইমা ইবেম্মা ওাম্বুলৈমই ময়মনা ভাবমি কুইরবনি।

খুদোংচাবা ফংদবনা য়ৌবা ঙমদবনি। চহী ৬/৫ গী মমাঙদা কৈরেন ফাবিদা কেম্প অমা তৌখি। কেম্পরশিংগী মচিনদৈ ইহান হান্না তাখি। ইমা ইবেম্মা ঙাহ্লুদৈ মদি মরীন য়াম্মা খায়। অদুগা ইমা ইবেম্মসি খাইদেম শাগেগী লাইনিংসু হায়। কৈরেন ফাবিদা লৈবা মীশিংদা হংবদসু অদুম হায়রকই খরা শাথী মরীন খায়। মুপীমচা খরা অঙাং ওইবিবশিংদি কিজে হায়। ঐখোয়না কেম্প তৌরিবদুগী অরাংলোমদা ইংখোল অহাঙবা অমা লৈ। মদু ঙাহ্লুলৈমা ইমাগী ইংখোলনি হায়দুনা কনামতা চঙনদে কিনৈ। মফম অদুদা লাই ওক্লরদি হিংদেসু হায়নৈ। ইন্দস্ত্রি ডিপার্মেন্টনা ওজা থাবিরক্লুনা কেম্পরশিংদা ফিহোৌবা তম্বীরি। নোংমা ঐখোয় ময়াম ফি হোৌবা য়েংবা চংলি। হল্লকপদা ঐগা মুপী মচা ২ গনা তুং ইথং থংঙি। মুপী মচা ১ না—ওজা ঐদি ইতোমতা ঙাহ্লুলৈমগী ইংখোল মপাদা চংপা ঙনদে। ইংখোলসিদা তৌন্নে হায়, কিজে। অবোক্লা হায়রিবা তেম্পাক লৈতুম্না নোংচুবগুম চুবগু য়াওইকা হায়য়ে। মী অমতা ইংখোলসিদা লৈবা ঙমদে। ইকোন কোম্না লৈরম্বা অদুদি মমুমদু মৈ চাকখি অদুই মতুংদৈদি মী অমতা লৈত্রে হায়নে।

মরম ময়ামসি লৈবনা ঐনা ইমা ইবেম্মগী খুভম য়ৌনীংবনি ১দি য়েংনীংবনি। ঐনা খোইদোক্লা খঙনীংজিবদি মরীন খায় শাথী হায়বদুনি। করম্না মরীন খারিম্মো? করিগী শাথী হায়নরিবনো? অসীনি। কৈরেন ফাবীদা ঐ খাইদেমনি হায়বা তাকথোক্লমদে। মরমদি মুপীমচাশিং অদুনা কিখিবা য়াই হায়দুনা। অদুগা চংমিন্নরি-শিংদসু কৈরেন ফাবিদৈ তারকপা রাকম অমতা তমথোক্তে।

লৈরমলিবা অহল ময়ামত্তুগা ফম্মীন্নতুনা রারী রাতাই কয়া শারবা তুংদা থেংলনি হন্নবা ভৌরসি হায়নরক্লে। চৎলমদাইদা ইম ইবেম্মগী শঙলেন শঙ্গাবদি ঐবু তাকলক্কবা য়াদে হায়রম্মী।

ইমা ইবেম্মা ঙান্নুলৈমই শঙলেন শঙ্গাবা মুমিৎনি। পাউ তাকলক্কুনা ঐখোয় চৎলি। ঈশৈগী কাঙবু অমস্তু পুই। কাঙবু অত্তুনা শঙলেন শঙ্গাবা থৌরমগী শৈহৌ অমস্তুং শৈরোই অনীমক থৌগন ভৌগনি হায়বা অহল লমনশিং অত্তুদা থঙহল্লে। ময়ামত্তু পাউ অত্তু তাবদা হরাউই। ঐবু শঙ্গাবা অত্তুই প্রধান অতিথি ওইয়ু; ইবেম্মা লেঙঙক্কনি হায়বত্তুদা অতৈ অতোপ্পা কনামতা হায়জন্ত্রে হায়না অহল লমনশিং অত্তুনা হায়রে।

তঙাইফদবনিনা ঐস্তু হোয় হায়ত্তুনা অত্তুম য়ারে। শঙ্গাবত্তুনা থৌরম পারেংতুগী অহানবনি। শাঙ্গাবৈ হৌনবী পুম্নমক পাঙথোকলে। কংকদবা লোইনা কংত্রে। শঙ্গাবৈ শৈহৌ ঈশৈ শকখি অস্তুম্না—

"ঙান্নু লৈমা ইমাই থৌগলদা"

মতীক ময়াই চেনবী ইমানি
লীংজেন পানবী পলেমনি
খুরমজরি খুবাং চাংজৌ তরা লোম্ননা।
নচাশিংগী মুংশি খুদোলনি থম্ন
লেঙশিনবিরো ইমা হরাওনা।
য়াইফ শঙলেন শঙ্গাবিরো ইমা
কৎচবা শঙলেম্নি থম্মোই শেংনা
পলেম ইমা নঙগীদমক।

ইমাই হবাও মীনোক য়েংজরগা
হিংজগে লাঙববা নচা ঐখোয়
নাওয়োক নাওকোন ফবী ইমানি
মচা মনাই চানবীনি।

পলেমগী থৌগল ফংজবনা
পোকপগী মহম্ম ওইজগে।

শঙ্গাবৈ থৌরম অয়াম্বা লোইশিল্লক্লে। শঙ্গাচাক চাগদবত মণ্ডাইবে। অহল লমন তিল্লিবা ময়ামতুনা য়াদতুনা ঐগা ইম্ফালদৈ লোয়নরকপা মথৈ শঙ্গাচাক অহু চাবঃ তারি। মীয়ায় চল্লবা অশীন অরাঙ য়াওবা হুপা অমা ঐখোয়গী ইনাক নক্লা চঙশিল্লকুনা লোল্লপ্পা হায়রে—চাকথুম অনী শুনা হোৎনজবি। চাকথুম অমনা ঙা য়াওদবা অহল লমনগীনি। লাইগী অসিদদি ঙা চাক থোংবৈ থবকতু কয়া তৌনীংদতুনা, তোঙাল্লা যুম অমদা ঙা থোংলি। লোইহৌরে পুথোরক্লনি—হায়বল্লগা চাকলুক থাবা চৎপ্রে।

চাকলুক থাবা হৌপ্রে। মফমতু ইমা ইবেম্মই শঙলেনদৈ খল্লা থাম্লি। ঙা থোংলিবা মফমতুদৈদি নকই। খুদোং চাগদবা য়েংতুনা তৌবা মাল্লি। চাক তাকুনা ঐখোয় চাক চাবা হৌরে। অহল লমন তিল্লিবা ময়ামতু হল্লাগুনা উই। অল্লাংফম ওইল্লিবা নহারোল ময়ামতুনা কোয়চেন চেন্দুনা অরাং অপা য়েংশিল্লি ঈশিং হয়রি লৈতবা য়েংহুনা। চাবা লোইরবদা ময়াম পানা কান্দচিংবা চাহুনা পোংথানরি।"

অহল অনা চঙলক্কই। য়াম্না অহুল ওইবমক্তি নত্তে। ময়াম্না মঙোন্দা ইপল ইপল হায়না কৌনৈ। ইপমক্তি য়ৌদ্রিবা অহুলনি। অশীন অরাঙবী থৌবুরেল ওইনম্নু ত্তৌই। ইপলন্না ঐঙোন্দা চঙলক্তুনা হংলৈ—

ইপল – ঙসি শকখিবা ঈশৈশিংদো ইবেম্মন ইবনি হায় ভুমবা?

ঐ – চুম্মী। ঐনা ইজবনি।

ই – অতুদি ইবেম্মা ঈশৈ ময়েক্তু য়াওরকপরা?

ঐ—য়াওরকই।

ই –য়ারগদি ইবেম্মা ঈশৈ মরেক্তু ঐখোয়না পীবিরম্লোদো। ইম্না ইবেম্মই ওটনা ইমাই শঙলেন মত্থংশিদা থমজরগে।

ঐ – ইপল ঐঙ্গীদি লাইবক ফবনি। সে সিদা লৈরে লৌশিন্নবিয়ো। (পীবা)

ই –( লৌবা ) য়াম নুংঙাইজরে। ইমা ইবেম্মনা কুব্রিসক্কো।

ঐ – অদো ইপল, ইপলদা ঐ বা অমতা হংজনীংঙি। ইপলদি শোয়দনা মুম্না থঙলমগনি।

ই –কবি বানোনে ইবেম্মা? ইবেম্মদা থঙনীংজিবো?

ঐ – কৈম্নু অরুবা রাফমবুদি নত্তেদ্রা। ঐনা অমুম ত্তাজকদা ইম্না ইবেম্মা ঙাগ্নলৈমসি মরীন য়াম থান্ন শাঞ্জী হায়না হায়নরিম্বিবু—

ই— এ মতুমি কৈম্নু নত্তেদা। ইমাহি অয়ানবা ত্তোমা য়াদে। কমাগুম্না নত্তবা থবক তৌরবা মরাক লংজক্রদি মঙ্ ইমানা থঙথবদি লেমনা থক থাদে চৈরাক অমদি শোয়মনা পী।

ইপা ইচা ঐখোয়না মীঙোন্না অাম্নুমগবু ইমান্না ঐখোয়না

করি তৌরককনি হায়গে। ইচাসিদি লানত্রগা লোইরেদা। ইমাই মরমদা মীনা কানা কানি ঙাংনবদো থাজরুম্ভু। ইমা ইবেম্মদি মচা মনাই লুনা চাননা তৌবা লাইরেম্বীনি।

ইমা ইবেম্মনা ঐখোয়গী খুল অসিদা লেঙঙকুনা লৈখিবৈ রারী মুংশিগ্রবা অমসু লৈনে। ইবেম্মা তানীংব্রাও ?

ঐ- মতুনি য়াম তানীংঙিবা ইপল খর লীবিয়ু।

ইপলনা রারীতু লীথরকই - ইপলনা অহল লমনগী মচিনদৈ তাহৌবনি। কয়াম চুম্বা কয়াম লানবা হায়বা অতুদি খঙদ্রে। ইমা অতোপ্পা খুল অমদা লৈরম্মী। খুল অতুদা কনা লৈজদ্রবী হম্বুবী অমা লৈরম্মী মানা লাৎচরম্বা লাইরেম্বীনি ইমা ইবেম্মা ঙাম্বুলৈমসি। হম্বুবী অতুনা ইমা ইবেম্মগী থৌগল নোংমৈ তৌকম থোকপা পূন্নমক কায়দনা তৌজে। হুমিৎ খুদিংগী ইমাগী লাইশঙ অতু রাই হেক হেক হম্বুবী অতুনা তৈথোকই। নোংমতা লেপ্পা লৈতে। অতুগা মতম অয়াম্বদা মা লাইশঙ মনাকদা লৈসু হায়। মাগী পুকচেল শেংনা নীংজবা অতুদা লাইরেম্বী অতুনা পেনম্বিরতুনা মাগী ইংখোল-তুদা করি অমত অরাৎ অপা লৈহন্দে হায়। হৈ লৈ জাৎ শুনা হৌই। মহয় মরোং চুম্মা পাল্লি। খুলতুগী অঙাংশিংনা মনীং তৌনা হেক্কুনা চাজে। অসুম্না তাজে ইবেম্মা।

অতুগা হম্বুবী অহল অতুগী নকুবা মরীমতা কনামতা লৈতে। অহল অতুনা শাগৈগী মঙ থোকপা মুপা মচা অমা য়োকচৈ হায়। অহল ওইরক্লতুনা হম্বুবী অতু শিগ্রে। শিরমদাইদা মঙমুপাতু কৌশিল্লগা অসুম্না হায়রম্মী হায় ·"নঙ পাখঙ ফারে মুপী নহা

থিহ্না ফুন্দ। লিংবা য়ারে। নও লুহোংলো। অদুগা নওগী মুপীগা নওগনা ইবেনগী ইংখোল অসিদা লৈহৌ। নওোন্দা ব্রা অমতংদি ইবেন্না হায়রমনীংঙি। ইংখোল অসিবু ঙাক শেল্লিবা ইবেনবু য়োকপী থাকপীরিবা লাইরেম্বী অমা লৈবনি। মমিংদি ঙান্নলৈমা হায়না কৌবনি। লাইরেম্বী অসে মীনম শোরিবা য়াদে। ওইদবা ঙাঙবা য়াদবনি। চুন্না চৎলিমখৈ য়াবনি নত্তবা লমচৎ চৎপা য়াদবনি। মদু মুন্না খঙলগা চৎলু। নত্রবদি নও চৈরাক ফংগনি ইংখোল অসিদা লৈবা ঙমলোইকো।" হন্নুবী শিগ্রে।

পাখঙ অদু লুহোংলে। মাগী মুপীগা মহোয় অনীতা লৈবা খুদোং কয়াচাদবদৈ মরী মতা ১/২ নেকুনা লৈমিন্নে। চহী ১/২ লৈরগদি ইংখোল অদুদা হৌরম্বা হৈ-লৈ পুম্নমক শ্রক শ্রক কংখি। অমতবু হৌখিদে হায়না তায়। হন্নুবী অদু লৈখিদ্রবা মতুংদা ইংখোল অদুদা লৈরম্বা মীওইশিংদু কয়া মথোঙ হুক্তবা মী ঙাক্তনিসু হায়।

ঐখোয়গী খুল অসিদা অহল য়াম ওইরবা লাইপু তিনপুবনি হায়নৈ ময়াম্না। নোংমা অহল অদুই মমঙদা ইমা ইবেম্মা ঙান্নলৈমসি লেঙকুনা —"ঐ নহোয়গী খুল অসিদা লৈবা তারে। ঐনা লৈগদবা মফমদি খুন অসিগী খুনয়ায়দা লৈরিবা লমপাক মচা অসিদনি। মনীং পাংবদা উপাল অচৌবা অনী খাত্রাংনা হৌবনি। উপালদুগী মনাক নক্লা ঐগী য়ুমদু শাগদবনি। থুনা শাউকো। ঐনা হান্না লৈরম্বা খুলদুদা ঐ অমুক পনথনীংদ্রে। ইংখোলদো হাঙনা অদুম লৈজরসন্নু।" অম্নুম্না ইমা ইবেম্মনা হায়রম্মী হায়না ময়ামদা তমলে। মদু তাবদৈ খুনজা ময়াম হওত্নুনা অরৈ অরৈবা পুখোক্লত্নুনা ইমানা তাকলম্বা অদুই

মতুং ইন শঙ শাখিরনি। লম্পাক মচাসি অহানবদদি অঙাংশিংগী শান্নবুঙ ওইরম্লনি। ইমাগী শঙ শাখিবদৈ অতোপ্পা মফম অমদা শান্নকমতু হোংলে। শঙ শান্নবা মতুংদগীদি ঐখোয় তম্না ইমা ইবেম্মই খোঙ্গল কায়দনা অহুম তৌজে। ওখিব্বাও চৎথজরিবা অসিনী।

ইমা ইবেম্মগি খুল্ল অসিদা য়েলহৌওৈদগী লৈরকপা লাইরেম্বী নহে। হায়া লৈরম্না মফমতুদা লৈনীংজ্রে নখোয়গী খুল অসিদা লৈরগে হায়না তাকপীরকপদে কৈখিবনি। ইমা ইবেম্মনা খুলসিদা লেঙশিনবিরকপসি ঐখোয়গীদি ওঙ্খোক্কগী মাইকবা অমনি। নহা রোল অঙাওবা হীদাক ল্লাংথক শীজিল্লবা লমজাওবা লাঙবশিংদো অমত্তা উবা ফংদ্রে। চুমিদাং চৎথোকপা হুকোইদ্রে অমম্বা কিল্লে। শল হুবানবা লৈদ্রে, জুরায় শান্নবা জত্রে। মখিবুক মুংঙাইবা সমা লৈত্রবনি। নুংঙাইবা পূম্নমক অসে ইমা ইবেম্মগী খোঙ্কালদে, ইমা ইবেম্মনা ঐখোয়গী খুল্ল অসিদা লেঙশিনবিরকপদে ফংজিন্না নুংঙাইবা ওাক্নি। ইমা ইবেম্মা মরীন খ্রায় শাখী হায়মরিল্লো অরানবা তোল্লবা কাঙবুনা ক্লায়নবনি।

ইপলনা খঙলবা তাজরা মথৌ ওসি ইবেম্মা সাহেবত্তা তমজল্লিবা অসিনী।

ইপলগী পাউরম তারবা তুংদা শোঙজসি হায়দুনা ঐখোয় হক্কল্লে। নহীদা গাড়ী মফুংদা অহুম মমা খ্রায় চংখি। ওাস্ত্রেমা ইবোই মখুমদা খঙনীংবা হেনজিল্লকই। মপুং মারি খঙবা ফাংনি। ঐখোয়বা ক্লেরেল ফায়ীদা তৌখিবা কেশ্ল অহ্লা য়াওখিবী মাবী

লৈবী মশা থীংবী চনীংলে নীংশিংলকই। মাই মখেমশোক মীংশিংলকই। ইবেন হন্থুবী অতুদা ভাল্পলেমা ইমামা লৈরবা ইংখোল, ইমানা মতৌ করম্না কন্নিদে মূল হোংব্রিবা অসিনচিংবা হংলীংঙি। অছুন্না ইবেন ভনবা কৈরেন ফাবীদা চংভবা য়াক্রে। চংপে খুদোংচাবা ওাইরি।

নোংমা হন্দোংচাবতু ফংখি। অকিসক্কী ঘৰাক্লি। মী অমা রাংভ্দা উন্নদৌরিম্নি। মী অতুগা রা ওাঙনগদবা থম্ন লৈ। লৌমীগী ক্লব অমস্তু য়েংঙক্কনি। রাত্ত্ তাম্না হাকথরে। হল্লকপদা কৈরেন ফাবীদা চঙগদবনি শোয়বা য়াদবা। তিশাবি অতুই মতুং ইন্না ঐ থর ওল্লপ ইস্কালদে হাকথে। লাইবক ফবা হায়বা তাই উনগদবা মী অতুসু লৈরম্মী। রা ওাঙনগদবা ভাঙনরকই। অদৈ ক্লব য়োংগদবা অতুগীসু মিটিং তৌরম্বনা মেম্বর ওম্না উনরে। মিটিং অতুস্তু য়াওরে। রাঙ্গী থবক মহয় য়াম্না পাঙথোক্কলে হায়বা য়াই। ভান চারিবা হায়তুনি। রাঙ্গী থবক লোইবতুনা ঐ অমুক হাইগংলক্কে। কৈরেন ফাবীদ চঙগদগী।

কৈরেন ফাবী য়োক্রে। ইমা ইবেম্মা ভাল্লৈমেই ইংখোল মপা য়োক্রে। লৈরক হাইজিনগদৌরে। মপাদা ওাহাক থাম্ন ইংখোলতু য়েংঙি। মীদি লৈত্রে ইহাও হাওই নোংচুপ থংবদা মোইরাংগী কুম্বী তাবা সড়ক অচৌবতু লৈ। মথক থংবলদা ঐখোয়গী ভাইজাগী লৈরক মচাত্থু লৈ। মী লৈবক্তু ইংখোল অতুগী মথং মতোংদি ফজে শক্লে মতুংগা শাক্কনা। নোংচুপ মখা সড়কা তাইমখতুগী ত্রেপলদা শনৈবী রা কুক কুক হান্দা হৌরি। ইংখোল অতুগী মথাঙ শাংবদা

অরাং ওইরগনা পুৱ্রী অচৌবা অমা লৈ। শেম্বী শাবিদ্রবা, থওই-বীদ্রবা, শেংদোকপীদ্রবৈ হৌনবা হুপ্পা মচি মচি কুপশিন্দুনা লৈরি। পুৱ্রী অদো মতম অমদা য়াম ফজবা পুৱ্রী অমা ওইরমনি হায়বগী মমিদি তারি। পুৱ্রী অদুগী নোংচুপ থংবদা লৈপুং ওই লৈতোং ওই তৌবা মফম অমা লৈ। মফমদু ইকোক কোকই নাপিনচিংব কৈমত্তা হৌদে। রাই তৈথোকপদোনা ইরং লংনা উই, অরাপ্পদৈ য়েংলম্লু অহুম উই। উজাও অগৌবা অহুম মরীম্লু হৌরি। হাইকেৎ রাংভি উশিংদু।

ইংখোলদু ভহাক য়েংলগা ঐখোয় চনীংলৈগী মযুম তম্না গাডীদু থোই। ভাহুলৈমা ইমাই ইংখোলদুদে কোম্বোং ৩/৪ চংলগা চনীংলৈগী মযুম লৈ। মাগী মযুম য়ৌরে। কোম্বোং হাংদোক্লগা গুমাং তান্না গাড়ী থৌজিল্লি। গাড়ী মখোল তাবদা চনীংলৈ চেম্বোক্লকই।

চনীং—হাইমা ওজা থাজখিদ্রেদা। কাউদি কাউদবোরে?

ঐ—করিগী কাউরুদগে। নহান্না লাকপা য়াবনি। থবক চিনমনপ্রদুনা।

চনীং—ঐখোয়গীদা লাকপদি করি চানি ওজা?

ঐ—চাগে থকে হায়দুনা লাকপা নত্তেয়ে। নভ কয়া চাউরবগে লৈশাবী ফাৱবরা য়েংগে হায়দুনা লাকপনে। নহোয় ইবোক লৈব্রাও?

চনীং—ইবোক হংলিদি কৈগীনো ওজা?

ঐ—ঐগী ইমাদো মাল্লি হায়দুনা রারী শাগে তৌবনে।

চনীং—তু আ মাঙোলদা ফম্মীসিনে। ইবোক, ওজা ডাইরেক্তর লাকএ ইবোক উনগে রারী শাগে হায়রিয়ে।

ইবোক —হাঃ নঙ ওজা ইবেম্মা সাহেবতু লেঙঙকএ হায়বা। নঙনা শোনবা তাহনা তৌরিনিদনা। নঙদি ইবেম্মা সাহেবতবু শোন লৈদো।

ঐ—ইবোক ঐ লাকচরিয়ে।

ইবো—নঙ ওজাই ফিদা থারো লাউনে। ইবেম্মা ফিদাহ্নদা ফম্মু। করি সেবা তৌনি সিদি। লাকথোক্লনা লাকপবো?

চনীং—অহুবুরাও পীজবা য়াবা পোৎ অমতা লৈতে। ঐথোয়দি চাপ্ন থক্তে, কৈদৌনি। এ লৈরে লৈরে। ঐনা ঙসাই হেক্পা য়োম্নি হায়রুনা তৌবা কফোইদো ওজাদ্দা মেৎতুনা পীজগে হাউনা। অহুগা খরসু হাপখিগে য়ুমদা চারুনবা।

ইবোক —থীদা মখিদে।.. নঙগী অহুগুম্বা চাবিবা মীতা নক্তেনে নঙ ওজাদি।

ঐ – কৈগী চাদনেগে। চনীংগী কফোই অমেৎপা ঙসিদি চাদনা হল্লোই চাখিনি।

ইবো—অহুদি নঙ কফোই হায়দো মেৎনবা তৌরুরো। মোয়োক য়াম হাপ্পকহুকো ইবেনসু মহাও খরা য়েংগে।

কফোই মেৎকদগী চনীং হমুংদা চঙগ্রে। ঐনা রা হৌদোকই— ইবেন ইবেনগী মরুমদে খঙনীস্বা খরা লৈরে। মহু ইবেল্লা খর তম্বীবা তারে। ঐঙোন্দা অমত্তা চিৎথদনা তম্বীয়ুকো ইবেন। ইবেল্লা থুম্মকই ইবেম্মনবু খঙনীংঙি হায়রদি ইবেল্লা খঙবমখৈ তমগনিনা কৈনো। ঙাপ্পুলৈম্মা ইমাগী ইংখোল অশেংবসি কদায়দনো ইবেন? ইবেল্লা উহৌবা, তাহৌবা, মখৈ অথাকপা লৈতনা অমুক্তা লীবিয়ু।

ইবেন অহুনবা তাম্বুলৈমা ইমাই মরমদা অমুম্বা মায়ী লিথরকই—

খুইরবা য়াম্বিনে, ইবেনদি ইকাউরিবু কাউরে। চহীনশা গাড়ীনা চিংলেদো। হৌজিক ঐহাক চহী ৮৯ শুরে। ঐ অসে চহী ১৮ দা লুহোংলকপনি। ঐনা মৌনহা মচা থইরিংঙৈ অহুনবা তাম্বুলৈমা ইমাগী ইংখোলদগী হায়রিবা অশিদা হন্‌বা অমা লৈরমগী। হন্‌বীদি হায়জবতগী খুচুকাদি কয়া হায়রুমি লৈহাঙ লৈরেম মচু। মশাম্তু য়াম নাম্নি মানা লাইশঙ মচা অমা শারকুনা লাই অমা লাংলি। কয়া লাইলো। হায়রবদো ঐখোয় খঙদে উম্তু উদে, য়েংস্তু য়েংঙদে। থর লৈরগদি হন্‌বীতু শিরে। মামা হিংলিঙৈদা ইংখোলসিনা কাপকম্বদি অঙকপনি। টেংন্না পান্নী জাৎ গুনা ঙ্হৌই। মাই মাই মতমদা তেকথ তেকথা পান্নি উহল্লশিং অতো খুম অমতা কাংবা লৈতে।

ইমাই ইংখোলগী নোংপোক থংবা মাইকৈদা পুখ্রী অচৌবা অমা লৈবনি। পুখ্রীদো তাম্বু য়াম লৈনে, কয়িনোমে তানা প্রিক প্রিক শৌনা লৈ হায়নে অতাংশিংনা হায়ববো। ইবেনদি নোংমতস্তু চঙজুদে। পুখ্রীগী থম্বাল অতাওবস্তু পীক থম্না শাংলি। মতুমদি লাপনা উবনি ফজরে। ইহেল খাদদি থম্বাল মশক্তা লন্না চংপা পূম্নমক লেপ য়েংমগ্নিবনি য়জশ্রবা অশাংপা থম্বাল মনামদো। থম্বাল ম্নাংপা লোইশ্রবদা তমুক কমজেৎ য়াম্নিবখিদো মপাক মশ্যাক মতম মতুম।

ইবেম্মা অহুন অতুই ফজশ্রবা মতুংশারদা লৈরে। খুবা অশিদা লৈম্নিবা অতাংলিংদা মাশিদা পানবা ইহৌ পুরমক লোইনা পীজং-[illegible]দা। লোনথোক থোতোকতুনা ইমাই চৈশা ন্নাংদে। মীতা

অমনি। তৌবতদি হৈ পাম্বী মখোঙদা মরু মকু চিখাক তাবা য়াদে। মশা থুদেকপা য়াদে মনা তাহনবা য়াদে, ময়োন থুদেকপা য়াদে। লমহেনবা অঙাং য়াওহ্নুনা য়াদবা থবক অমতং তৌরম্লদি অঙাংহু মাগী ইংখোলদা অমুক হন্না চঙহন্দে হায়নে। মাদি উহৌত্রম্নু মশক হেক্তা খঙভিস্নু হায়। করম্না খঙলিনো খঙদে। মহুদনি অহল অহূবু খ্বাইনা কিনরিসি। অহল অত্তুই ইংখোলদো লৈস্নু য়াম শাৎলি হায়। মতুস্নু অপোম্বা লৈ অমতা হেকহন্দে। লৈহাউ নচিংবস্নু শাৎলি মত্নু চিন্নবা নীংথিনা হেক্লবদি মা য়াদবা লৈতে। অরেম্বদা মাঙহনবদি অহল অত্তুনা স্নুপয়া য়াদে হায়। ইবেনহোয় চঙলুবা হেকলুবা নত্তে মীনা তম্বদৈ তাবনি।

হন্নবীহু শিগ্রবা মতুংদা মানা য়োক্লম্বা মুপামচাহু কদায়দগীনো মুপী অমা লুহোঙলে। মৌ অত্তুগা মখোয় অনী লৈবদি কয়া মুংঙাইতে তরক তরকই হায়হুনা মহোয়গী মরী মতা থোকপা মী অমা অনী কৌহুনা লৈমিন্নৈ হায়। ইবেনহোয়দি মহোয়দা নোংমতা চঙলুদবনিনা কয়া মুন্না খঙদে। মীনা তম্নরগা খঙবৈ রানি। থর লৈরগদি মহোয় লোইনা হোংগ্রে। মহোম্নহু নংথরক্তুনা চানীংঙাই লৈরক্তহুনা হোংথিবনিস্নু হায়নে।

অদৈ অমুক ইংখোল অহ্ন লৈরবনি হায়হুনা মী অমা লাক্তুনা লৈররে। মহুনা য়ুমজাও লাইথন তাবা ফজগ্রবা অমা উনা শা, তুমনোনা কুপ, ফৌকোৎ, মমাঙ শঙোইনচিংবা শারহুনা ইংখোল অসিদা লৈররে মুংঙাইন। থর লৈরগা মুপী মশানা য়াদবা অমা চিংহুনা পুগ্রে। মুপীহুই মমা মপা মবুং খুল হৌহুনা য়ুমহুদা থরক্নি

লোৎলি হায়তুনা য়াম্না খৎন চৈনখি। করিনোনে ইবেম্মা অচৌবা কুম্মৈ অমনিনে। মী য়াম্না ভিনখি। ইবেনহোয়দি মতম অতুদা নহা খর ওইরিনে। কিজতুনা মনাক নকলুদে লাপনা য়েংবনি। মতুদা উহৌবা মখৈ ইবেম্মা তমলিসিনিকো।

অতুগনে নোংমদি অঙকপনিনে ইবেম্মা। অতুক মুংঙাইনা খুৎকন পাঙম্মা লৈবা ইমুংদো তেংপাকনি খঙদে মুংতুমনি খঙদে নোং চুবগুম তারকই হায়নে। মী পূম্নমক কিনতুনা মপাল থোরুদে হায়। নরুবা ইমুংগী মীনা তম্বনিকো ইবেনহোয়দি তাহৌদেয়ে খরা লাপ্নবনিনা। অতুগা মরী মঙানি লৈরগদি ফজপ্রবা চেকশিন্না শাপ্রবা য়ুম, শঙ্গোয় কোৎনংবদো মৈ চাকুনা উৎ ওইনা লৈরমলে। কনানা থারিনো মীনরা লাংনরা অতুম খঙখিদ্রে। কম্নবা হোৎনবম্বু য়াওদবর করিনে। থোকলিবা থৌদোকশিংদো উপদ্রোব ঙাক্তনি উপদ্রোব।

অতুদৈ চহী ৩ লোম লৈরগা মী অমমুক লাক্লে। মতুমনা করম ভৌগে হায়ববু পৈশা য়াম্না পায়মাল্লে। ভিজবনা ইংখোল অসি থুংনা খাজিল্লি শঙ্গোই অচৌবা অনীথক শাই অতুগা ময়ুম লৈননবম্বু নীংথিনা শাই। বঙ্গলা মওংদা শাই। য়ুম শঙ্গোল ঙম্না জিজবনা কুপ্পী। থোঙ্গাল চেৎশিন্না পাল্লি। মশর্দ শঙ্গোল থন্না লৈ। শনশিংতু ফজপ্রে। চাজেনবীম্বু লাবম্বু গুনা য়াউই হায়নৈ। অতুগনে নোংমদি নোংমৈ পায়বা সিফাই ময়াম লাকুনা মীছাৎপা অমা ইমুংতুদা লোৎলি হায়তুনা থিবা লাকপনি হায়য়ে। ইবেন-হোয়দি কিজতুনা মপাল থোকচ লাকচদে। খর লৈরগদি কমদৌগে

হায়বু খারিবা জিভব য়ুমদা শঙ্গোয়দা কুপলিবা ঙম্না শিদোক্লগা শলশিংহুস্থ গাড়ী অচৌ অচৌবা ৪/৫ লাকুনা লোইনা পুখিদো। মতুদগী ঙসিফাও হাঙতুনা লৈরিসিনী ইবেম্মা। ইংখোলসি মহী ময়াই কনবা ইংখোলনি অতুনা কনামতা লৈবা ঙম্নদ্রিনি হায়নখিনে মতম অতুদা।

মমৈথংদা ঐখোয়না তারকপা হায়বু ইংখোলসিদা লৈরমলিবা মীশিংদো শল হুরানবা, শন্নীংহনবদা মমিং চৎলব। মীওই, শা য়ু শীজিন্নবা, নুপী মশানা য়াদনা চিংঙ্ বা, মী হাৎলুবদৈ মথুন্দা লৈবা য়াদ্রবা মীওই, মীয়োং ঙাক্তা ওইরমলে হায়নরকখি।

ইমা ইবেম্মা লাইরেম্বী ঙাম্নুলৈমা ইবেম্মদো খাঙবা ঙমদতুনা খুল হোংখিবনি। মোইরাং খুনৌদৈ খরা চঙশিন্নগা লৈবা খুল অমদা লেঙশিন্দুনা লৈপ্রে হায়না তায়। লাইরেম্বী অতুনা খুলসি থাদোকুনা লেঙখিবদো ইবেনদি মুংঙাইতে। নীংশিংলুবদা কপনীং-ঙিনে হায়রগা ইবেন মপি তৈথোকই। অতুগা মখা তাথরকই। "ইংখোল অসিগী মমাঙ পাংবদা পুথ্রী মপান্দা লৈরিবা লৈতোং ওই লৈপুং ওই তৌবা নাপী মকা অমতা হোদবা, উনা অকংবা অমাফাও তাদবা মফমদো ইমা ইবেম্মা ঙাম্নুলৈমই অশেংবা খুভমনি। হন্নুবীনা লাইশঙ শারগ্যস্থ অতুদনি। রাই শিংলুবা তয়রুবা তৌদনা শ্রিং নাল্লিবদো অতুননি। ঐ মুংঙাইতে ইমা ইবেম্মা ঙাম্নুলৈমই খল্লুবদা। হৌজিক ইমা ইবেম্মগী খুভম ওইনা লাৎলিবা থৌগল চৎলিদো কাইনথংদা লিংখৎপা খুভমনি। ইবেননা উপৌবা খঙহৌবা হায়ববু সিত্তনি।"

য়াহুয়শিং অসি হায়রগা ইবেন মপি তয়থোক তয়থোক ফম্মী। চনীংলৈ তানজা অসিদা লা লাত্তোন অমদা কফোই অমেৎপগু থম্মা হাপ পুথম অমগী মথক্তা থাঙ্গৎলগা ইমুংদৈ পুথোক্লুনা থোরকই। হায়রৈ—চারসি ওজা। ইবেননা ঐস্মু মহাও থর তংগেদনা হায়রকই। ইবেনগী শরাক খাইদোক্লুনা পীখ্রে। চনীংলৈনা ঐবু তোঙাম্না চাউ হায়। ঐনা য়াদহ্লনা পুল্লপ লৌ লৌত্থনা চাশিনৈ।

চাবা লোইরবদা ঐখোয় হল্লক্রে। ইপল অমস্থং ইবেন অনীগী য়ারী তাবদৈ ইমা ইবেম্মা ঙাম্নুলৈমা লাইরেম্বীগী মবমদা মুন্না খওখি। হৌজিক্তি ঐহাক ভাব লোইনা তারে।

# মকুই চৌংদি ম্নংঙন চৌং

তাইবংদা চৎপা খোঙচৎস্নু লমকোয়বা মঙলান্দা চৎপা খোঙচৎস্নু লমকোয়বা অঙ্গানি অঙ্গা, অমতনি অমতা, মান্নে। মঙলান্দা কোয়রুবা খোঙচৎ অনীখক্তুং হাপচগে মথেল ওইনা ঐগী লমকোয় রারী মচাসিদা।

ঐনা মীয়ায় চল্লকপৈ অতুরাইদা মঙখিবা মঙগী রারীনি। কুইগ্রবা রারীনিদা। ময়ামদা তমজনীং মতাং চাদতুনা লৈরকপা। মঙতুদা উরকপা দৃশ্যদো ফজগ্রবা হাপচরি লমকোয় রারী মচাসিদা।

মমিগী কুম্মৈদা উব', তুরদর্শনগী থৌরমদা ঐখোয়না তক্তনা উরিবা অতুগুম্বা লৈকংলমনি। য়াল্লা পাক চাউবা লৈকংলমনি। অতুবু নাপিদি খরা খরা হৌই। ঐখোয় মৈতৈনা চৌং লুকোকপী হায়নবা উ রাদি হৌদবা নাপিতমক পানা হৌব অতুগুম্বনি লম্পাক্তো।

লমজাউতুগী লম্পাক্তো চাউগ্রে পাকগ্রে। শংবান্নর সোরারেন অসিনা লমজাউ লম্পাক অতুগী ঙমখৈনি। অকুৎ অতোং নাই। অতোঙব মফম খরদা য়ুম মচা মচা লম্না লম্না লৈবা উই। মরক অতুদা চিগোংলৈ পারী লেপ লেপমুক রাংন হৌরি। মনাদি অমতা পান্দে মশাদি পাল্লি লোঙই। অয়ুক্কী লিক্লানা চিগোংলৈ মশাদা থুরিবা মিল্লাংদা পন্দুনা লৈ। মতু মাল্লি অঙৌবা অপাবা

ফি ফৌবগুম পাক্ল শন্ন ঙৌরোক ঙৌনা উরি। ফজথ্রবা দ৽শ্গুনি মিৎফম হোংবা য়াদবা।

ঐনা লেপ্লিবা অহুগী মনাক নক্সা য়ুম কয়া চাউদবা মচা অমা লৈ। য়ুম মচা অহ্গী মগুংদা কনা কনা লৈবনো হায়বা থঙনীংঙি। চঙঙি য়ুম অহুই মন্নুংদা। মনীংথোঙ লোমদৈ চঙবনি। মন্নুংদা লৈরম্মী মৈতৈ লাইরিক থীবা হায়বনা অমদি ব্রাহ্মননা শীজিন্নবা লাইরিক ফাল অহুগুম্বা অমা থারহুনা য়ুম ময়ায় অহুমক্তুদ। লাইরিক ফাল অহু খুদৈ অঙৌবা অরনবা মতেক অমনা গুপ্পী। মথক্তা লাইরিক অমস্থু লৈ। লাইরিক অহুগী মথক্তা ফজথ্রবা আতোরগুলাব অঙাঙবা অশংবা মনা অনীথক্তং পানদা অমস্থু থমহুনা লৈ। লাইরিক ফাল লৈরিহুগী অকোয়বদা হৈকক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, লৈনচিংবা হাপ্পা তাঙ্গা, ধুপ থাউমৈনচিংবা লোইনা গুনা লৈ। লাইরিক ফাল, লাইরিক, হৈ লৈনচিংবা লৈরিবা অহুগী মখা ওইরপনা ফক অহনবা অঙৌবা অমা মথক্তা উগী মোন অমগস্থু লৈ। লৈরিবা পূন্নমক্তু য়ুম অহুগী ময়ায়মক্তুদনি। ঙহাক লেপ ময়ামহু য়েংহুনা লৈ ঐ। মী অমতা থোরক্তে। ঙহাক লেপ্লগা ঐ থোরকই মপু লৈতমাল্লে খন। ঐনা অহানবা চঙঙকপা মনিংথোঙ অদোমদা থোরকই।

য়ুম অহুদৈ থোরক্লগা অঙাং পাংনা হাইগৎলি। চৎলি দ৽শ্যাশিংহু য়েংল য়েংলহুনা। মরক মরক্তা লৈরিবা য়ুম মচাশিংদো ইহাঙ হাঙন উই। মী লৈতবা মাল্লি। মী লৈনদবা য়ুম মচাশিংদো কনানা করিগীদমক শারিবা? পাক্সা শন্না লৈরিবা লমজাউ অহুদা। পূক্লীংদা ইত্তোমতা হৎ হৎহুনা চৎলি লেপ্পা লৈত্তা।

খরা চংলগা থেংনৈ খয়া নেমন্তক তৌবা লমপাক মচা অমা। মফম অহুদা পুম্রী মচা অমস্লু লৈরম্মী তরক তরক। ঐস্লু চংশংহু রারহুনা পোংথাই পুম্রী অহুই মপান্দা ফম। লিরি লিরি তপ্পা শিংপা মলয়া সুংশিংনা চোকথরবা ঐগী হকচাংদা য়েবদা মুংভাইর মালে ওহাক ভূমথোকলুরে। মিকপ থোয়রকপদদি অমতা লৈরমদরে। পুম্রী লৈরমদরে। চিগোংলৈ পাম্বী অমতা হৌরমদরে। খাংপোক মানবা য়ুম মচাশিংসু লৈরমদরে। পুমহাও হাওলমলে মফমদো। উবদা অকিবা অমা পোক্লহুনা হৌগংলগা নীং তেকথোকুনা কয়া য়ুম তম চেল্লকই। চেল্লি হায়বহু মওায় মওমদি ইশান শান্দে। লম্বীদা য়ুম য়োড্রিঙৈ মুমিং ভাথোকখ্রে। লম্বী উথিদ্রে। ঐ চেল্লমবদৈ লেপলে। মাও তুং হন্না হন্না য়েংভি করি অমতা উদে অমম্বা নহনা। ঐ করি তৌগনি? রাখলনা লাম্বা ফংদে। উপায় লৈতে। তাল্লক অহুদা মুণ্ডক মুবা মওং মরীন নাইদবা অমনা চণ্ডশিল্লকুনা ঐগী থৌরি মেৎকে তৌই। ঐ থংলাক্ত লাউই। ঐনা লাউবহু তাহুনা ইমানা হৌদোরকই। চহী ২৫ রোমগী মমাঙদা নোংমা মওখিবা মওনি। অওকপনিকো হে মীওটবা। ভাইবং মালংপান অসিদদি অহুগুম্বা থৌদোক রাথোক খোকলোই কদৌপ্পুং

ঐবু পোকপীরম্বী ইমা অদো তাকয়েন খোওবানদৈনি। ইমাগী মপাম অহুদা ইমাগী মতুং ইন্দুনা চংলি মরক মরক্তা। তাকয়েন খোওবান্দা চেল্লিবা নমবুল তুরেলগী খোওবান ইনবা লম্বীদা অশুম চংলগা মকুই চীং য়োফাংত্রিঙৈদা ইমাই মপাম অহু লৈ। ইমাগা মাম্মগা মখোয় অনীতা পোকপনি। মাম্মগী মচা মুপী অমথক্তং

লৈ। মমিং সখি কৌই। ঐনা মঙোন্দৈ চহী থর হল্লি। ঐখোয় অনীনা পিশক পীকলিঙৈদৈ হৌনা তারকই। মকুই চীং অসি মুংওন চীং হায়নসু খঙনৈ। চীং অসিদা হৌবা খ্বাইদগী চাউবা হৈনৌ পাম্বী অচুগী মখোঙ মনাক্তা মুঙগী শুম্বল অমা, শুক অমা অচুগা য়াংকোক অমগা লৈ। অহীং নোংঙাল্লমদাইদা মরক মরক্তা ফৌ শুবৈ মখোল, চেঙ খপপৈ মখোল হেক হেক তায় হায়না হায়নৈ। তারিবসি মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহীং অথেঙবদনি। অচুগা লাংজীংদৈ থোঙঙাক লাইরেম্বী লৈবচুফাও চীংয়াঙ পরেংচু পরেং শানা লম্বী লৈ। মীদি কনামতা চৎতে।

ময়াম্না ঙাঙনা হায়নরিচু কয়াম চুম্বগে হায়বচু খঙনীংখি য়েংনীংখি। অচুবু মফমচুদা চৎলুদ্রিবনিনা খঙদ্রি উদ্রি। থাপলপ্পা উবদদি য়াম ফজনা উই। লাংজীং চীংদৈ হৌরগা লাঙ্গোল চীং ফাওবচু পরেং শানা চীংচুম মচা মচানা লেংগ্নি। য়ামদ্রবসু মওং তানা উপাল মনা পুংনা হৌবদি মকুই চীংনা ইহেল হেল্লি। ফজে চীকনা ঈংনা শংনা। উবদা নীংশিংলকখি অঙাং ওইরিঙৈ চিনফা পুখিবা শৈরেং ‘থোঙঙাকনিদি অশিথেল, মকুইনিদি মুংওনচীং, খমনুংনিদি মীরৈপুং, যমরাজ মশাইকোন, শানৌ তরেৎনা হাল্লগা, পাখং তরেৎ ঙাইনচীং, পাখং তরেৎনা হাল্লগা, শানৌ তরেৎ ঙাইনা চীং, মরূপ নঙনা হাল্লগা নতা ঐবু ঙাইচুনা, নতা ঐনা হাল্লগা মরূপ নঙবু ঙাইচুনা, বৈতরনী তুরেল লানমিন্নসিকো।” মসি লাইরিক্তা য়াওবা নত্তে। মেগাজিন্দৈ পুখিবা চিনফান্নি। পরীক্ষাদা য়াওগদবা নত্তে। ফজে হায়চুনা তৌখিবনি। ঐনা খৌরাংনা

য়েংনীংখিবদো মণ্ডলানদা উদৌরি। তাইবংদদি লাপ্পা নত্তনা নক্লদি উবা ফংখিদ্রে।

অনীশুব। মণ্ডলানগী য়ারীনি। মাম্মগী মচাম্নুপী সখিগা ঐখোয় অনী হৌনছনা চৎপা ওইনা তৌই। মুণ্ডগী শুম্বল, শুক, য়াংকোক য়েংবা মকুই মুংওন চীংদা। মকুই চীং য়ৌরে। কোয়থি থি কোয়য়েং য়েংঙি মুণ্ডগী পোৎচৈশিংদু লৈত্রা হায়না। উবা ফংদে থিবা ফংদে। মীনা পংহায় হায়জিনবা ওইরমাল্লে লৈস্নু লৈতনা হায়ছনা সখিদা ওনশিল্লুই। সখিদি লৈরমদরে। ক'দাম চংখিবনো খণ্ডদে। ঐ খর শাউরপ তৌই। হায় চৎনীংবা লৈরগস্নু ঐঙোন্দা হায়রম্লগা চৎলদি ফদবা। তাক্লমদনা চৎখ্রিসিবু হৌনত্রা? ঐস্নু মীনিনা ইতোমতা চৎ য়েংলগা লোইরসিবো।

ইতোমতা ভায়রস্নু চোং চোংছনা চৎলগা লোইরে খল্লি। খনবগা চোংখিবগা মাম্নে। য়োংনা চোংবগুম চোংঙি মকুই চীংদে লাংজীং চীং তান। লাংজীংগী মতোন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অতুগী মখোঙ ময়াদা তাই। ঐনা হেক তাবগা হৈনৌ অমুনবা অমথক ঐগী খোঙ ময়াদা মাঙদা পোপ তারকই। হৈনৌদু খুল্লগা চাথোক্লে। হৈদু চাবা লোইবগা অমুক পাইরগে নীংঙি। পাইগে নীংবগা পাইখিবনা হাল্লি। লাংজীংদৈ, মকুইচীং, মকুইচীংদৈ চীংছুম মচা অছুম মন্নী লৈরিছু চীংদোন অমদৈ চীংদোন অমা লান উচেককুম পাইরছনা চৎলি। ইরোই লোইবা পাইবদা খোঙাক লাইরেম্বীগী চীংদোন মতোনছ্র য়োরে।

মকম অত্তুদা ঐ কয়াম লাপনা পাইরক্লবগে হায়বদু তুং হন্না

য়েংন্তি। কয়াদা মুংশিনা উরিবা? লাংৗীং চীম্না মচা মও ময়াম মাঙ থাহল্লগা হোইহ্রনা পুবগুম মকুই চীং, অতৈ চীংচুম মচা মচাশিং অহুনা মাঙ থারগা মানা ভুং ইথং থং লাকলি থোঙাক লাইরেম্বী মশাইকোন তম। হংজে ইতোমতা করিগীনো লাংজীংদা উপাল অনীতা হৌরিবা। অনীজুম্মু চাউবা মান্নদে। চীংগী মতোম্দা হৌরিবা অহুনা হেল্লি। ময়ায়রাইদা হৌরিচুনা খরা পীকথে। উপাল অনীচু মশা য়াম্না পানদে। মনা পুংদে, মকুই চীংদদি উপাল মরী মঙা হৌই। মনা পুংডি য়েংবদা মুংঙাই অতুগা চীংতুম মচাশিংচু মথং মথং পীকখরকই। অমুম য়েংচুনা লেপলি থোঙাক লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মই মশাইকোন লাঙোল চীংগীদি চীংনিঙ চীংদোন অহুদা।

খঙহৌদে মুপী অমা ইমাঙদা লেপ লৈরম্মী। মশক্ক অঙকপা ফংনা ককে নীংখিজে। তীংদা য়াঙদ: ফজে চুং কিয়ান চায় চঙখোল্লি। মুপীচু ইমা ইবেম্মা থোঙাক লাইরম্বী মশামক্তি হায়গুমম্মু ভৌই। থ্বাংজেংনা কুমজিংবী মপাল নাইবী অমা থোক্লি। নমথাঙম অঙৌবা তবাবী লমথাং খুল্লক্লী। লিক্লা তেকথমথে থোক্লি ঙকশমদা। শল্লেনবী পরেং, কৈন্নাই থাম্ববী পরেং, কিয়াম লিক্কফাং অমত্তা চিংথরা লৈতে। খুজীনা সনা খুজী পোপচাত্তবী।

ইমা লাইরেম্বী অহুনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা অমুম্না তাক পীরকই, "লাড় ইবেম্মা ইমাক নাক্লা চঙশিল্লকউ ইমা রা হায়গে।" ঐমু ক্রিবোই করিবোই তৌরুনাই খোঙথাং অমা অনীতমক থাং-জিল্লি। কিহুনা পংনকুমক্তি অকুশিল্লদে। মথা তাথরকই ':নঙ নহা থক্ক ওইস্রিকো। ইমাগীশিঙি নঙনা লৈগদবা মতম ওইত্রিকো।

মতম য়াম রাৎলি। য়ৌরকলা মতমতুদনে ইমানা নঙবু শোয়দনা কৌরককনি। মতম অতুদা নহাক্কে লাক্কবা সুপয়া য়ারোইকো। ঙসিগীদি নঙ চৎপ্রোকো। য়েংঙু ঐনা খুদোম্বী থিলিসিদা। উরিসে মসি খোঙহাম পাৎনি মসিদনে নখোঙ নখুৎতো শেংনা হামদোকলে হায়রগা নয়ুম চৎখিদবনি।" রাহয়শিং অসি হায়রম্লগা মুপীতু খ্বাই মাঙথোকপ্রে।

ঐ কিবনা থক থক নীক কোকচাউবী ফুঙ ফুঙ কায়। ইমা ইবেম্মা অতুনা তাকপীরম্বা মতুং ইন কিবোই খংবোই খংচোং চোংঙি। খোঙহামপাৎতা তাই। ইমা লাইরেম্বীনা তাকপীরকপা মতুং ইন খুংলৈ থুনা খোঙ খুৎ হামলগা য়ুম তান্ন চেল্লকই। ঐগা য়ুম লোম্নন। লৈবা অন্নাং থংবা ইংখোলতুদনি। য়োংচাক পাম্বী চাউপ্রবা অমা হৌই। মশা মরেং য়াম্না লোঙঙি। চরু তেল্লপ তেল্লপ করুগা মপুন মচা মচা পুল্লগা মপুন মচাতু ৪/৫ অমুক পুন্না পুনশিল্লি অতুগা উশাশিং অতুদা চরোং চরোং য়ালি। পাখং মচা অমনা য়োংচাক পাম্বীতু কারগা মথক্কই নীকথরকই। নীকপৈ মখোল খ্বাই খ্বাই লাউনা তাই। অদৈ চরু মপুন চরোং অমা তারকই কেন্দুনা। মতু ঐখোয়গী থোঙ্গাল মমুংদা তাখি।

মিকপ থোকলে। মিং খংপাঙ পা[illegible]থোকখ্রেতু। [illegible] হুং হুং ঐনা চৎলুরিবা লমদমতুবু কদায়দনো? [illegible] লম্বী হায়তুরা? [illegible]মকু মঙ হায়বতু ওইবা তাই। নত্তেনে শি[illegible] চৎকদবা লম্বী. লম ঙা[illegible]নিনে ঐনা চৎলুরিদো।

হুঁ শিদবা মপু[illegible]বিয়ুকো নমোমাবে।

———

